# গরুড় পুরাণ্

## প্রেত খণ্ডম্

মণিপুরী ভাষা অনুবাদ

অহানবা শরুক

লাইরিক অসি মণিপুরী ষ্টেট কলা একাডেমীনা তেংবাংবীদুনা অমসুং মণিপুর সরকারনা শেন্গী তেংবাং পীরবীদুনা থোকখ্রি।

---


প্রকাশক :-

শ্রীসেরাম উদ্ধব সিংহ

খোংনম মোইরাং পণ্ডিত লৈকাই।

অহানবা থুংলম

মার্চ ১৯৮১ ইং

কোপী ১০৫০

লাইরিক ফংফম :-

১। "শর্মা বুক এজেন্সী"

পাওনা রোড ইম্ফাল

কৈশামপাৎ খোং মনাক

২। "গীতা বুক স্টোর্স"

পাওনা রোড ইম্ফাল

কৈশামপাৎ খোং মনাক

(মচা পুথনক লাইরিক ইথাগীদি)

মমল রুপা ১৩.০০ (তরাহুমদোই)

---

নকম :—ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম মাইবুল পুলিশলেন, ইম্ফাল।

মহর্ষি বেদব্যাস প্রণীত

# গরুড় পুরাণ্

## প্রেত খণ্ডম্

মণিপুরী ভাষা অনুবাদ

( অহানবা শরুক )



অনুবাদ তৌরবা

শ্রীঅনৌবম লালকাহাই দেব শর্ম্মা জ্যোতিষী
উরিপোক অহল্লেম লৈকাই ইম্ফাল
মণিপুর।





## “ [illegible]বয়ল উচ্চবা ”

মহর্ষি বেদ ব্যাসনা ইবারম্বা অষ্টাদশ মহাপুরাণগী মঙ্গংচনবা “গরুড় পুরাণ্” গী শেষ “ প্রেত খণ্ড ” অসি সংস্কৃত লোন্দগী মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌজনুনা, মণিপুরী সাহিত্য লেকোন্নুংগী লৈচন অমতং ওইনবগী মরমদা শ্রীযুক্ত এন্. তোম্বী সিংহ এম্, এম,পি, কংগ্রেস উরিপোক, শ্রীযুক্ত এল্. ইন্দ্রজিৎ সিংহ প্রপ্রাইটর ইষ্ট এণ্ড কোটেপ্রাকিক ষ্টোর্স শ্রীযুক্ত কে কীর্ত্তিচান্দ সিংহ থাংবৈবন্দ শ্রীযুক্ত সেয়াম উদ্দব সিংহ খোংমন, শ্রীযুক্ত খাড়েম্বম মানিহার সিংহ উরিপোক লৈবা ভদ্রলোকশিং অসিনা মথৌ কয়াদা, তেংবাংবিন্দুনা অমদি:—শ্রীআরিবম ব্রজবাসি শর্ম্মা প্রোপাইটর “ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম ” য়াইস্কুল, শ্রীখুমন্থেম ইবোবী সিংহ হেড কম্পোজিটরনা লাইরিক অসি নমগী অবাবা দায়ী কয়া লৌবিদুনা লাইরিক পুথোকচবা ঙমজবিবনি। উক্ত ভদ্রলোকশিং অসিগী মরমদা শিংবা লোইরমাইদবা নুংশিবা, অমা তোনাশকরে।

লাইরিক অসিগী মশাদা বাহৈ-বাত্তা বানামচিংবা লৈরবা, কম্পোজদা লানাখবা, মরেক তাদবনচিংবা পুম্নমক পাবিরিবাশিংনা শেংদোক শাজিনবিদুনা পাবীনবগীদমক খুং লোয়জরি। মতুংগী চেকোংদা অরাং-অশা অয়ান-অশোয় পুম্নমক চুংথোকচগনি। ইতি

লাইরিক ইবা

## "ৱাহৈ অমত্তং"

ঐনা মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌজবা "গরুড় পুরাণ্" শেষ প্রেত খণ্ড অহানবা শরুক অসি ঐগী শিক্ষা গুরু (ওজারকপা ওবা) শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মানা অচুম অরান খুদনক শেম্বী-শাবিরগা পীনবীরকপা পত্রগী কোপী মখাদা ইজরি। লোইননা অমগী মঙাল পীনবীরিবা শ্রীগুরুগী চরণ্ খবালদু মতম খুদনক্তা কোকখক্তা হাপচরি।

লাইরিক ইবা

## "থাগৎ ৱাহৈ"

মহর্ষি বেদ ব্যাসনা ইবিরবা অষ্টাদশ মহাপুরাণগী মনুংচনবা গরুড় পুরাণ্ শেষ খণ্ডগী প্রথম অধ্যায়দগী হৌরগা শরুক অমি থোক্না (তোম্যাম্ অমি থোক্না) মণিপুরী লোন্দা ইথোক্নুনা শ্রীলালকাহাই শর্ম্মানা কোংদোক্লি। লাইরিক অসিগী মচুংদা ইরিবসি মীওইবগী শিরমদাইগী মতমদা অমসুং শিরবগী মতমদা অমদি শিরবগী মতুংদা তৌকম থোকপা থবকশিং অমু, জীবগী কান্নবগীদমক তৌকম থোকপনি হায়না ইরি। মশিদা সংস্কৃত হায়বা লোল অসি থংবা মীশিংদি য়ামক্লুবালিনা অরাখনদি থংদবা তারবনি অমুমু অনুবাদন্ অসিনা সর্ব্বসাধারণগী কান্নবগীদমক মণিপুরী লোন্দা ইন্দোক্নুনা পুথোক্লকপসিদা, ঐনা ওমথৈ লৈতনা হরাওরে। মচুংদমক অসিগুম্বা থবক অসি তৌনুনা লৈবাকী উপকার তৌবা ওবা ঈশ্বরনা পীনবীসনু হায়না প্রার্থনা তৌজরি। ইতি

হিতৈষী<br>
শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা<br>
কাব্য ব্যাকরণ্ স্মৃতি তীর্থ<br>
ব্রহ্মপুর মহাবম।

ইম্ফাল,<br>
তাং ১৮ । ৩ । ৮১ ইং

## " কচ্চরবা "

ভক্তি প্রেমগী থংবদা          লৈশি লৈথোকলগী হৈজদা,
পাংলবা ঙাম লৈজরবা          শাওবা থাবল্ চেরবা,
মীওইনা পোকপা মপোক্নি।
অচুম্ অয়াম্ব থংজদা          পুকনিংদা লাকপা থাহৈনা,
মাপপুরী চয়োল্বা ইজরবা          মেতৈগী ইরৎ ওইজানংবনা,
রাহৈ লৈচল্লি চাদনা।
পেরজকুবা লৈরাং শাচোম্,          গরুড় পুরাণ্ কৌবসে,
শ্রীশ্রীরাধাবঙ্কবিহারী          ইষ্টদেব ইবুঙোগী চরণা,
কচ্চরি মনাইনা লৌবয়ু।
শ্রীচরণ্ থবাপ অহৎদা          কচ্চরুবা গীতের্ নির্মাল্য,
মণিপুরী গরুড় পুরাণ্দু          লৈচল্ চাজরবা মচেদু
লৈরাং পুদেল্ তমজরি
পচেঙ্গু ইৎ অপোকপী          থুঙ্গিজরবী ইম' নচোম্ব,
অমুক্ থয়া কচ্চরি          ইমা নংগী কোকথকী,
লৈচেং ওইনা লৌবয়ু।
গীতের্ নির্মাল্য অসিবু          মচাগী পুদোল্ অসিবু,
লৌবিয়ুনা ইমা মহাক্না          ওইবীয়ুকো শমজিহন্ মনি,
কচ্চরিনে পাংজরবা মচানা।



# " থ্রা.হাদোক "

মহর্ষি বেদ ব্যাসনা লেংবা "গরুড় পুরাণ্ " কৌবা লাইরিক অসি ঐনা মমাংঙৈদা পাথংমচা ওইরকপা চহি ( ১৮ ) তরানিপান-লোম শুরকপা ১৯৪২ ইংগী কালেন থাদা মণিপুরদা জাপানী বোম থাদহুনা, অমুক মুংখিদদি মী পুরমক মা মাগী হিংনবা মোম্বা, শু চংপা তৌরুরবস্থ মুমিদাংদি য়াম্না চেকশিন্না লৈনবা মতাংনি। সরকারগী হকুমদগী মুমিদাংদা চংথোক চংশিন য়াদে, মুংদাং পুং তরুকগী অমুকী পুং দরুক কাওবা সরকারনা কায়রিক্টি হকুম্না মী পোং অমণ্ডা চংথোক চংশিন তৌবা য়াদবা মতম অসিমতুদা ঐনা মুমিদাং মুমিদাং মতম লেনবা ওইনা লাইরিক কয়া পাহুনা লৈখি। মতম অসিমতুদা "গরুড় পুরাণ্" অসি ঐনা পাজখিবদা লাইরিক অসিমক মণিপুরী ইরোল্দা লৈজরবদি মী কয়াগী কান্নগনি খল্লখি। অদুবু মতমহুদদি থোইনা তমজুদে, তৌপে হায়নমু খঃবে, পুকনিংদদি মুৎপা মাইরয়োইদব' দাহ্ অমা কক্তুনা থম্মুস্না লৈখি। থোক ১৯৭৮ ইংগী অক্টোবর থাদা নোংমা সম্মানণীয় শ্রীএম, তোম্বী সিংহ এম, পি ( কংগ্রেস ) মা মহাক্তী অমবার খুদিংগী শ্রীগোপালমহন্ত্রেমাম অসি পাঠ তৌবিয়ু হায়রুনা ঐনা হেক হেক পাঠ তৌই মহু হেক লোইরকপা মতমদা গরুড় পুরাণ্গী শেষ খণ্ড অসি হন্দক্তা নৌমা ছাপা তৌবনি ঐনা দিদিদা থেংমহুনা লৈরকপনি, মশি মুনা তৌবিয়ু হায়রুনা, মপুকনিং মথবাই হকচাং য়াওনা ব্রাহ্মণ দান তৌজরবনি হায়না দক্ষিনাগা লোইননা ঐতোল্দা দান তৌরে। মতাং অসিমক্তদা ঐগী অমুক নৌহৌমা মমাংগী বা নিংশিংলক্তুনা অমদি ভদ্রলোক অসিগী মপুকনিং থবাই হকচাং য়াওবা মতৌ অসি উবদা ঐনা মশিমক

অমুকং মণিপুরী লোন্দা ইবা ভমজরবদি হায়না থমগ্রে। ইশান্দা মতম কয়া শংজদবা ওইবগা য়ায়া য়ানা ওকিসকি লক্ষ মতমগুবদা অমদি মুখিদাং অথেংবদা শ্লোক থয় থয়দং ইজহুনা শ্রেত থগী শরুক অসি মীওইবগী অয়োইবা মতমদা করি করম তৌবা হৌনবঃ অমদি শিরগনা কদায়দা চৎপা, কয়বা মকমদা লৈরুগদবা, মকমমুদনা করি করম তৌরুগদবা, কয়বা কন্তবা থবক তৌরুরগা করি অয়াবা ফংবা, মচু কোক্রবা প্রতিকায়না করি তৌগদবা, পুণ্য চেনবশিংনা করি করম তৌবা মতুংদা লৈবা হায়বসিদং তাইবং মী ওইবা ঐথোইবা থংজয়বদি পাপ পুণ্যগী মশক থংজবা ভম-জগনি। মশিংনা মযাজ মুশায় তৌবদা মতেং থয়দমু পাংগক্রা থজহুনা তাং ২০'১১ ১৯৭৮ ইং শকাব্দ ১৯০০ চতুর্থ অগ্রহায়ণগী ইবা হৌজখি। শ্রীগরুড় পুরাণ্গী শরুক অহুম খোক্লা থাইরি পূর্ব্বাখণ্ড, উত্তর খণ্ড, শেষ খণ্ড অমুয়া, মখকী খণ্ড অনিসিদি য়ামমু চাওগ্রে অচুপা হিদাক-লাংথক, অশেং-অমাং, মন্ত্র-যন্ত্র প্রায়শ্চিত্তনচিংবগী য়া ডাকনি। অকোনবগী শেষ খণ্ড অসিদা থয়মু পিকই পাপ পুণ্যগী মরীদা তাইবং জীবগীদমক্তা থনুহনা ইজবনি। মসি মণিপুরী জাতী ঐথোইগী ইরল অমা ওইনা লৈজহৌমা পামজবতগী অচুক ইরুবনি। মশিনা মযাজগী খিজং কায়বা ফংলবদি ঐগী অয়ামন ফংজয়ে অমমুং সম্মাননীয় উক্ত ভদ্রলোক এন, তোম্বী সি হ এম, পি ( কংগ্রেস ) অসিগী তৌবিমন লম্মন থরদং শিংজবা ভমজয়বমক্লি, পামজয়িবা অসিদংবু শ্রীভগবান বিষ্ণুনা মপুং কাহনবিশহ। ইতি

ইজখিবা
শ্রীএ, লালকাহাই দেব শর্ম্মা জ্যোতিষী
উরিপোক, ইম্ফাল।

# য়াওকম তক্‌পা



----

## “ বরিগুম্বা অমতং ”

খংজদবা, হৈজদবা, অপংবা, পণ্ডজান ওইবা, মতিক চাজত্রবা ঐনা শেব'লো সমূত্র শিংকে থৌরাংবগুম, অস্তুক মতিক মগুন নৈবা লাইরিক আসত্ব মণিপুরী লোন্দা ইথোক্তে খন্নুবা ইতিক নত্তনা ঈশন হাপ্পনি, অচুমকপু থাই তয়ানা খংজত্রিখনি অপংবনি খন্না তাকপিগনি। লাইরিকী মগুন্না হকথিবগা উন তোংবা শাবা তাইবংগী ৰকচাং ওইবগা, করিগুম্বা অয়'ন্-অহই (ফুল) য়াওরম্নবস্তু তাকপিরকপা ভদ্রলোকশিংগী কৃতজ্ঞতা উংচরি অমম্বুং মতুংগী সংস্করণদা চুমথোকচগনি।

শ্রীএ, লালকাহ'ই দেব শর্ম্মা জ্যোতিষী
উরিপোক, ইম্ফাল।

# গরুড় পুরাণ্

## শেষ খণ্ডম্

শ্রীবিষ্ণবে নমঃ

'অথ গরুড় পুরাণ্ মণিপুরী অনুবাদ প্রারভ্যতে

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ

"মঙ্গলাচরণম্"

শ্রীবঙ্কবিহারী দেবং
নত্বা চানুষ্ঠতে ময়া
গারুড়াখ্যং পুরাণং হি
লালকাহ্নাই শর্ম্মনা।
নারায়ণং নমস্কৃত্য
নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং
ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥

---

ইষ্টদেব (নিংজরিবা ঈশ্বর) শ্রীভগবান্ রাধাবঙ্কবিহারীবু খুরুমজরুনা লালকাহ্নাই শর্ম্মা ঐহাক্না শ্রীবিষ্ণুগী শ্রীমুখদগী শিন্দ্রকপা অমৃতগী মশক ওইরবা, বেদ ব্যাসনা লেংখ্রবা গরুড় পুরাণ্ কৌবা পুরাণশ্রু মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ (হন্দোকচবা) তৌজরি। শ্রীনারায়ণবু, শ্রীনর কৌবা ইবুঙোবু শ্রীনরোত্তমবু, ইমা দুর্গা দেবীবু, সরস্বতী কৌবী মহৈগী মবেম্মবু, ভগবান্ বেদব্যাসবুসু খুরুমজরুনা জগৎকি মঙ্গলগীদমক গরুড় পুরাণ্ অসিবু অনুবাদ তৌজরি ॥

ধর্ম্মদৃঢ়বদ্ধমূলো বেদস্কন্ধঃ পুরাণ শাখাঢ্যঃ।
ক্রতুকুসুমো মোক্ষফলো মধুসূদনপাদপো জয়তি॥১॥
নৈমিষে নিমিষ ক্ষেত্রে ঋষয়ঃ সোনাকাদয়ঃ।
সত্রং স্বর্গায় লোকায় সহস্রসমমাসত॥২॥
ত একাদা তু মুনয়ঃ প্রাতর্হুতহুতাগ্নয়ঃ।
সৎকৃতং সুতমাসীনং প্রপচ্ছুরিদমাদরাৎ॥৩॥
ঋষয়ঊচু ঃ–
কথিতো ভবতা সম্যগ্‌দেবমার্গঃ সুখপ্রদঃ।
ইদানীং শ্রোতুমিচ্ছামো যমমার্গম্ ভয়প্রদম্॥৪॥

---

ধর্ম্মগী মশক ওইদুনা জগৎ সংসারবু চেৎনা পুনশিন্নিবা, বেদনা মাগী লেংবানগী মশক হায়বদি মশা লোংকমগী মশক ওইরিবা, পুরাণ্ খিবিক্না উশা মরামগী মশক ওইরিবা, যজ্ঞনা মাচোন্দগী শাৎলকপা মপাল (লৈ) গী মশক ওইরিবা, মোক্ষনা মহুদগী মান্নকপা মহৈগী মশক ওইরিবা, শ্রীমধূসূদন কৌবা ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণা জয় ওইরি॥১॥

নৈমিষারণ্য কৌবা শ্রীবিষ্ণুগী ক্ষেত্র (মফম) দা শৌনকু'চিংবা ঋষি শিশিং অমনা স্বর্গলোক ক'নবগীদবক চহি লিশিং অমা চুপ্পা তৌবা যজ্ঞ অমা হৌগৎলম্মই॥২॥

মোংমা শৌনকুচিংবা ঋ'ষিশিংনা অয়ুক্কী মৈদা তৌগদবা হোমচিংবা তৌ'রবৈদা শ্রীসুতমুনি লাকখি, মহু উরগা ঋষিশিং'না য়াম্না ব্যবহার তৌনা হংখি॥৩॥

ঋ'ষিশিংনা হায়'খি হে সুতমুনি, সংসারসিদা সুক্তাইবা ফংনবা লাইগী ওইবা লম্বীগি মহাক্না ঐখোইদা নিংথিনা তাকপিরে, হৌজিক্কি অকিবগী মশক ফংলবা যমগী লম্বী অদুবু তাবা পামই, মদুবু নংনা হায়বিয়ু॥৪॥

তথা সংসারদুঃখানি তৎক্লেশক্ষয় সাধনম্।
ঐহিকামুস্মিকান্ ক্লেশান্ যথাবদ্বক্তুমর্হসি ॥৫॥

সূত উবাচঃ—

শৃনুধ্বং ভো বিবক্ষ্যামি যমমার্গ সুদুর্গমম্।
সুখদং পুণ্যশীলানং পাপিনাং দুঃখদায়কম্ ॥৬॥
যথা শ্রীবিষ্ণুনা প্রোক্তং বৈনতেয়ায় পৃচ্ছতে।
তথৈব কথয়িষ্যামি সন্দেহচ্ছেদনায় বঃ ॥৭॥
কদ চিৎ সুখমাসীনং বৈকুণ্ঠে শ্রীহরিং গুরুম্।
বিনয়াবনতো ভুত্বা প্রপচ্ছ বিনতাসুতঃ ॥৮॥

---

মচুনা ময়ম ওইরগনা সংসারগী অৱাবা অমদি যমগী যাতনাবু (অৱাববু) কোক্লবগী উপায় অমসুং হৌজিক হিংলিঙৈ অমদি শিরগা কংলুপদবা লোকী অৱাবমুস্থ নংনা ঐঙোদা হায়বীয়ু ॥৫॥

শ্রীসুতমুনিনা হায়খি :—হে ঋষিশা হৌজিক্ ঐনা নখোয়দা অচুম্বা অৱাবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বী অচুবু হায়গে, মচমক্তি পুণ্যচেনবশিংগী নুংঙাইবগী মশক, পাপ চেনবশিংগীনা অৱাবগী মশক ওইবনি ॥৬॥

হে ঋষিশা নখোয়না ঐঙোন্দ হংলিবা মস্তৌ অসুম্বা গরুড়না হংজরবদা শ্রীভগবান বিষ্ণুনা গরুড়দা তাকপিখিবা অচুম্বা নখোয় ঋষিশিংগী চিংনবা কোক্লবগীদমক ঐনা যমগী লম্বী (শিরগা চৎলুপদবা লম্বী) অচুবু হায়গে ॥৭॥

মতম অমদা বৈকুণ্ঠলোকতা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না ফানথোইদুনা লৈন্নিঙৈদা গরুড়না য়াম্না নোঙ্মুকপগা লোইননা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দা হংজখি ॥৮॥

গরুড় উবাচঃ—

ভক্তি মার্গো বহুবিধঃ কথিত ভবতা মম।
তথা চ কথিতা দেব ভক্তানাং গতিরুত্তমা ॥৯॥
অধুনা শ্রোতুমিচ্ছামি যমমার্গ ভয়ংকরম্‌।
ত্বদ্ভক্তিবিমুখানাং চ তত্রৈব গমনং শ্রুতম্‌ ॥১০॥
সুগমং ভগবন্নাম জিহ্বা চ বশবর্ত্তিনী।
তথাপি নরকং যান্তি ধিগ্‌ধিগস্তু নরাধমান্‌ ॥১১॥
অতো মে ভগবণ্‌ ব্রুহি পাপিনাং যা গতির্ভবেৎ।
যমমার্গস্থ দুঃখানি যথাতে প্রাপ্নুবন্তি বৈ ॥১২॥

---

গরুড়না হায়ঃ—হে ভগবান নংনা থৌজানবীহনা মখল কয়াগী ওইবা ভক্তি মার্গ ( ভক্তিগী লম্বী ) বু তাকপিরে, অদুগুম্বা ভক্তিগী লম্বীদা চৎলগা ফংলুগদবা উত্তমগতি ( অথোইবা লম্বী ওইবা ) মকমবুসু নিংখিনা তাকপিরে ॥৯॥

হৌজিক্তি ঐনা অকিবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বীবু তাজনিংই, হায়রদি নহাক্কী ভক্তিবু মাই ওন্থোকপা মীশিংনা অদুগুম্বা অরাবগী মশক ওইরবা লম্বীদা চৎলিবনি ॥১০॥

নহাক্কী নামবু শোঙবনা লকচবনা অকবা লম্বী চচ্চরিবনি, মৈএং অসিবুসু কত্তবা লম্বীদগী কগ্গবা ঙমজরিবনি অদুগুম্বা নংগী নাম শোন্নিংদবা মী অদুদি অতোনবনি, মখোয়দুনা নরকী লম্বীদা চৎলিবনি ॥১১॥

হে ভগবান মরম অসিদগী অদুগুম্বা পাপি অদুগী লম্বীনা অসিনি, মখোয়না যমগী লম্বীদা চৎলগা অদুম অদুগুম্বা অরাবদু ফংলুগদবনি হায়রবা পুম্নমক অদু ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ॥১২॥

শ্রীভগবানুবাচ ঃ—

বক্ষ্যেঽহং শৃণু পক্ষীন্দ্র যমমার্গ চ যেন বৈ।
নরকে পাপিনো যান্তি শৃণ্বতামপি ভীতিদম্ ॥১৩॥
যে হি পাপরতাস্তার্ক্ষ্য দয়া ধর্ম্মবিবর্জ্জিতাঃ।
দুষ্টসঙ্গাশ্চ সচ্ছাস্ত্রসৎসঙ্গতিপরাঙ্মুখাঃ ॥১৪॥
আত্মসম্ভাবিতাঃ স্তব্ধা ধনমান মদান্বিতাঃ।
আসুরং ভাবমাপন্না দৈবী সম্পদ্বিবর্জ্জিতাঃ ॥১৫॥
অনেকচিত্ত বিভ্রান্তা মোহজাল সমাবৃতাঃ।
প্রসক্তাঃ কামভোগেষু পতন্তি নরকেঽশুচৌ ॥১৬॥

---

শ্রীবিষ্ণু ভগবাননা হায়ঃ—হে উচেক লিংথৌ গরুড়, নংনা হংবগী মতুংইন্না ঐনা হৌজিক যমগী লম্বীবু হায়রগে, অদুগুম্বা হেক তাবক্তদা অকিবগী মশক ওইরবা, পাপীশিংগী লম্বী অদু তারো ॥১৩॥

হে গরুড়ঃ—অদুগুম্বা পাপকী থবক্তা তৌদুনা দৈবা দান ধর্ম্ম তৌদবা, ফত্তবা মীতগা সঙ্গ তৌবা শাস্ত্রগী অথোইবা বাবু থাজদবা, সাধু সঙ্গগী লম্বীদা মাই ওন্থোক্লবা ॥১৪॥

অমসুং মশানা মশাবু তৌবগুম্বনি অথোইবনি থনবা, ঐনা পুন্নমক্তগী অচৌবনি থনবা, লন অমদি লম্যানগী ম্যাপন্দা তাওবা, মহাক অদুদি হিংচা য়াইত্তবগী মওং কংদুনা লাইনা পীবা সম্পত্তি (সাত্ত্বিক ভাব) ক দবা ওই ॥১৫॥

অমসুং যাগী থম্মোইনা কয়ামুক ওইবা কত্তবা থবক্তা মাই ওনশিনবা, মতম পুন্নমক্তা অংকপগী লাংদ থুরিবা, অপাম্বা (কামনা) হুংশিব, হুপা হুপীগী বাথলতদা (ভোগ বিলাস) পুক্নিং চংবা মীশক অদুদি অকিবগী মশক ওইরবা নরকতা তাই ॥১৬॥

যে নরা জ্ঞানশীলাশ্চ তে যান্তি পরমাং গতিম্।
পাপশীলা নরা যান্তি দুঃখেন যমযাতনাম্॥১৭॥
পাপিনামৈহিকং দুঃখং যথা ভবতি তচ্ছৃণু।
ততস্তে মরণং প্রাপ্য যথা গচ্ছন্তি যাতনাম্॥১৮॥
সুকৃতং দুষ্কৃতং বাপি ভুক্ত্বা পূর্ব্বং যথার্জ্জিতম্।
কর্ম্মযোগাত্তদাতস্য কশ্চিদ্ব্যাধিঃ প্রবর্ত্ততে॥১৯॥
আধিব্যাধিসমাযুক্তং জীবিতাশা সমুৎসুকম্।
কালোবলীয়ান হিবদজ্ঞাতঃ প্রতিপদ্যতে॥২০॥
তত্রাপ্যজাত নির্ব্বেদো ভ্রিয়মাণঃ স্বয়ং ভৃতৈঃ।
জরয়োপাত্তবৈরুপ্যো মরণাভিমুখো গৃহে॥২১॥

---

অদুগুমদুনা পাপী ওইবা মীশক অদুনা যমগী অরাবা কংদুনা য়াম্না অরাবা থাংই॥১৭॥

হে গরুড়ঃ- পাপ চেনবশিংনা হৌজিক ওইরিবা মপোক অসিদগী অরাবা কংই মদু হায়রগে তাও॥১৮॥

মী মো অদুনা নহানমূকী মপোক্তা তোজরকপা অকনা কম্ম অদুগা মরী (সম্বন্ধ) লৈনবদগী মীওইবনা মশাদা অকিবগী মশক ফংলবা অরা অনা কয়া কংলরি॥১৯॥

অদুগুম্বা অন.বা অদুনা পরম ওইরদুনা পূক্নিং বাবা অমদি অন.বনা থুদুম চনবা ওইরবা কা.লবদা করকথিগনি, অমুক হায়রগী মতৌগুম করকথিংনি পুনশিথিনি হায়রবা আশা অদু তৌদুনা লিংই॥২০॥

অদুম ওইদুনদু মহাক্না মদুমগী মূপী, মচা মশু থাদোকনিংবা লৈতে, অমম্বুং মচা মশুনচিংববু য়োক-থাদুনা লৈ, অদুদগী অহল ওইরক্লবদা মশক মতৌ থিজিনক্লে অমম্বুং মমুম অদুদা অনাবনা থুদুম চম্বুনা লৈ॥২১॥

আস্তেহবমতোপন্যস্তং গৃহপাল ইবাহরন্।
আময়াব্য প্রদীপ্তাগ্নিরল্পাহারোহল্প চেষ্টিতঃ ॥২২॥
বায়ুনোৎক্রমতোত্তারঃ কফসংরুদ্ধনাড়িকঃ।
কাসশ্বাসকৃতায়াসঃ কণ্ঠে ঘুরঘুরায়তে ॥২৩॥
শয়ানঃ পরিশোচাস্তঃ পরিবীতঃ স্ববন্ধুভিঃ।
বাচ্যমানোপি ন ব্রূতে কালপাশবশং গতঃ ॥২৪॥
এবং কুটুম্বভরণে ব্যাপৃতাত্মাহজিতেন্দ্রিয়ঃ।
ম্রিয়তে রুদতাংস্বানাং গুরুবেদনয়াহস্তধীঃ ॥২৫॥

---

হুইগী মতোগুম্না মাইথীবা ওইদুনা মচা-মতনা পীজবা থরম্ চাদুনা লৈ, অঙ্গবু অনাবা অদুনা চারিবা অঙ্গস্থ নিংথিনা তুমদ্রে মরম অদুনা থরম্‌ংতা মচাগ্নে মদুনা মপাজল অদু লোংম লো মগী শোন্দ্ররকই ॥২২॥

মুংশিং মরম চুম্নজবদগী নিং কুম্না কাওবা রারকই, লোক হেনগৎলকংনা শীংলি ফুজিনকই, লোক থুবদগী খর হোনবদা অবাব অমা ওইরকই, লোক অদুন খোত্তীদা গর গর থেরকই ॥২৩॥

অসুম্না কমুংদগী হোপংপা ওমজহুনা মশিরগত্র হায়বগী চিন্তা তোরকই, মরী-মতা মরুপ-মপাং পুম্নমক্না ইকোই কোইনা ফম্লে, মতম অদুদা কাল কোবা লাইগী লাংদা থুরবা ওংদুনা মরী-মতা মরুপ-মপাংশিংনা কৌবা তাংবা পুম্নমক খুবা তাংবা রারক্লে ওমজরে ॥২৪॥

অসুম্না মাগী মচা-মশু শাগৈ-মাতৈবু য়োক্লম থাম্লগা, ইন্দ্রি লাকশিনবা ওৎদবা পাপ চেনবা ওইবনা অনাবগী মৈচাক থাংবা ওমদবদগী বুদ্ধি জ্ঞান পুম্নমক মাংলদুনা কপিগুথা অমত্তা তাংশকপা ওৎদনা মরী-মতাশিংনা কপ-লাওবগা লোইননা শি ॥২৫॥

তস্মিন্নন্তক্ষণে তার্ক্ষ্য দৈবী দৃষ্টিঃ প্রজায়তে।
একীভূতং জগৎসর্ব্বং ন কিঞ্চিদ্বক্তুমীহতে॥২৬॥
বিকলেন্দ্রিয় সংঘাতে চৈতন্যে জড়তাং গতে।
প্রচলন্তি ততঃ প্রাণা যাম্যৈর্নিকটবর্ত্তিভিঃ ॥২৭॥
স্বস্থানাচ্চলিতে শ্বাসে কল্পাখ্যোহ্যাতুরক্ষণঃ।
শতবৃশ্চিকদংষ্ট্রস্য যা পীড়া সাহনুভূয়তে॥২৮॥
ফেনমুদ্গিরতে সোহথ মুখং লালাকুলং ভবেৎ।
অধোদ্বারেণ গচ্ছন্তি পাপিনাং প্রাণবায়বঃ॥২৯॥
যমদূতৌ তদা প্রাপ্তৌ ভীমৌ সরভসেক্ষণৌ।
পাশদণ্ডধরৌ নগ্নৌ দন্তৈঃ কটকটায়তৌ॥৩০॥

---

হে গরুড় অদুগুম্বা মতম অদুদদি মরুগুম্বা মীশক অদুগী মিৎয়েংদা দিব্যদৃষ্টি ( পূম্নমক উবা ঙংবা ) ওইরকপা মরমদগী সংসার জগৎ অসিবু অমত্তা ওইবা মশক ওইনা উরক্নে, ত্তোইগুম্বসু করিমত্তা ঙাংবদি ঙমদে ॥২৬॥

মশাগী ইন্দ্রিয় পূম্নমক শিজিন্নবা ঙমদবা, পুক্নিংতদি লৈবনা থংবগী শক্তিদি লৈবা ওই, মতম অসিদা মনাক্তা লেপ্লিবা যমদূতশিংনা মশাদগী থবাইবু চিংথোকই ॥২৭॥

হকচাংদা লৈবা শ্বসগী মশক ওইবা দুংশিংনা মপান্দা থোক্লকই, রাখিবনা চিকুপ অমবু কল্প অমগুম্বা শাংনা থদুনো অরাবদু হোৎথবা ঙাইহুন' লৈ, মতমদুদা বৃশ্চিক লিশিং অমনা অমুক্তা চীকপগুম্না অরাবা অনাবদু ফংই ॥২৮॥

মতম অদুদা মবাদগী ভিন কোজোম্নচিংবা তারকই, অরাবা থাংবদা মমাই মখিৎ ঙাংশং ঙাংই, অমসুং পাপ চেনবা মীনা মথবাই অদু অনেম্বা ( মথাগী ) থোংদা থোকখি ॥২৯॥

মতমসিদা লাক্লিবা যমদূত অনিদু থাকিথগী মশক্নি, মখিৎ অনি ঙাংশং ঙাংই, মপুক্তা পাশ দণ্ড ( শউন থোরী কণ্ড কৌবা

ঊর্দ্ধকেশৌ কাককৃষ্ণৌ বক্রতুণ্ডৌ নখায়ুধৌ।
স দৃষ্ট্বা ভীতহৃদয়ঃ শকৃন্মূত্রং বিমুঞ্চতি ॥৩১॥
অঙ্গুষ্ঠমাত্রঃ পুরুষো হাহাকুর্ব্বন্ কলেবরাৎ।
তদৈব গৃহ্যতে দূতৈর্যাম্যৈঃ পশ্যন্ স্বকং গৃহম্ ॥৩২॥

যাতনাদেহমাবৃত্য পাশৈর্বদ্ধ্বা গলে বলাৎ।
নয়তো দীর্ঘমধ্বানং দণ্ড্যং রাজভটা যথা ॥৩৩॥
তস্যৈবং নীয়মানস্য দূতাঃ সংতর্জয়ন্তি চ।
প্রবদন্তি ভয়ং তীব্রং নরকাণাং পুনঃ পুনঃ ॥৩৪॥

---

চৈ ) প য়, মশাদা কি-বোল ইয়াও য়াওদে, ময়া ক্রক ক্রক চীকই ॥৩০॥

মপম মনা চপ চপ য়ুংই, কুচুনা কাকী মতৌগুম মুই, মচিন মথা কৈরেং কৈরেং চিংই, খুজিমা খুৎলাইগুমা শিজিন্নবা য়াগদবগুম তোই, অদুগুম্বা যমদূতশিংবু উবগা কিবনা থমোই অদু থক থক নিকই. কিখিবনা মশাদগী মলমূত্র ( অমাংবা ঈশিং —থী য়ুং ) শিথৈ ॥৩১॥

অদুগুম্বা খুৎপীমরুমতা চাওবা থবাইগী মশক ওইবা জীব অদুনা হা হা অরাবনি হায়বা বাহোস হায়রদুনা মাগী মহুম ওইবা ( দেহ ) বু অমুক্তং য়েংলগা কায়রবা হকচাংদগী মপান থোরকই, মতমদুদা যমদূতশিংনা জীব অদুবু কাজল্লি ॥৩২॥

মতম অদুদা যমগী যাতনা কংবদা মতিক চাবা হকচাং অদুবু যমদূতশিংনা কোইশিল্লগা জীব অদুবু মতকপমদা পাশ কোৎনা ( খোরী ) না ফুল্লগা শাংলবা যমগী লম্বীদা পুহনা চৎলি ॥৩৩॥

মতৌ অসুম তৌনা পুরকপা মতমদা অদুগুম্বা জীব অদুবু যমদূতশিংনা য়াম্না কিহন থংবসুনা মিপাইবা অরান পীদুনা

শীঘ্রং প্রচল দুষ্টাত্মন্ যাস্যসি ত্বং যমালয়ম্।
কুম্ভীপাকাদি নরকান্ ত্বাং নয়ামোঽদ্য মাচিরম্ ॥৩৫॥
এবং বাচস্তদা শৃণ্বন্ বন্ধুনাং রুদিতং তথা।
উচ্চৈর্হাহেতি বিলপংস্তাড্যতে যমকিংকরৈঃ ॥৩৬॥
তর্জ্জনৈর্ভিন্নহৃদয়স্তর্জনৈর্জাত বেপথুঃ।
পথিশ্বভির্ভক্ষ্যমাণ আর্তোঽঘং স্বমনুস্মরন্ ॥৩৭॥
ক্ষুত্তৃট্পরীতোঽর্কদাবানলানিলৈ সন্তপ্যমানঃ পথি
তপ্তবালুকে।

---

কিহ'ল্ল, অমস্তুঃ কল্লা হল্ল নরক তাবগী অকিবা অৱাবা অমদি জীব অহুনা যমপূর্ ম্যৌরগা ৱাক্লগদবা, তাক্লগদবা নয়কী অৱাবা খিবিকপূ হায় হায়হুনা কিহল্লুনা যমপূর্ ম্যৌনবা চৎলি ॥৩৪॥

মতম অদুদা যমহুতশিংনা হয় ঃ—হে কত্তব, থুনা চৎলু, নং যমালয় তাম্না চংকদৌরিবনি, ঐখোইনা নংবু কুম্ভীপাক্লচিংবা নরকতা পুগদৌরিব'নি, কম্না চৎলু খিন্থবা তৌগনু ॥৩৫॥

মতম অদুদা অহুগুবা জীব অহুনা যমহুতশিংগী কল্লবা য়া'ক্লব' ৱাহৈশিংহু তানা তানা অমদি মাগী মমুমদা মক্লী-মত', মপ-মমা মচা-মশু, বন্ধু বান্ধবশিংনা লাও-খোংনা কপ্পগী মখোলশিংহু ত চুন য়াম্না বাব্রিবৈ মতমহুমক্তা অমুকনু যমহুতশিংনা ফু-চৈবগী অৱাব থা'হুনা চৎলি ॥৩৬॥

অসুয়া যমহুতশিংনা ফু-চৈহুনা কিহনবনা মশা থক্ থর লিকলবা, অমদি শাংলবা লম্বীহু চৎপদা হুই-চিংবন অমুকং চীকপগী খোইদে ক্লা অৱাব ওইহুনা বানা তৌবিব, মমাংগী পাপশি অহু নিংশিং নিংশিংনা য় ম্না বানা যমালয় ম্যৌনবা চৎলি ॥৩৭॥

অয়াম থৌরাংবগী অৱাবগা, নুমিৎকি মৈশানা শাবগা বন্দ লমৈ চাক্লবগী মৈশা অমদি গুংশিংনহু অশাবা মৈশা পুহুন

কৃচ্ছ্রেণ পৃষ্ঠে কেশয়া চ তাড়িতশ্চলত্য শক্তোপি
　　　　　　　　　　　　　নিরাশ্রমোদকে ॥৩৮॥

তত্র তত্র প•শ্র-শ্রান্তো মূর্চ্ছিতঃ পুনরুত্থিতঃ।
পথা পাপীয়সা নীতস্তমসা যমসাদনম্ ॥৩৯॥
ত্রিভির্মুহূর্তৈর্দ্বাভ্যাং বা নীয়তে তত্র মানবঃ।
প্রদর্শয়ন্তি দূতাস্তা ঘোরা নরকযাতনাঃ ॥৪০॥
মুহূর্তমাত্রাত্ত্বরিতং যমং বীক্ষ্য ভয়ং পুমান্।
যমাজ্ঞয়া সমং দূতৈঃ পুনরায়াতি খেচরঃ ॥৪১॥

---

শিংলকপগা নৈগোই অশাবদা চৎপনী রাবগা ঔশিং থৌরাংথৈনা থ্রক থ্রক কংলবা চ জকম নৈত্রবা অকিবা কংলবা লম্বীদা, যমগী দূতশিংনম্থু নমগদা। শগেল শাজৈনা নৈমক কুমকপদগী খোং থা·দুন· চৎপা ওমত্রবা মতম ওইনম্থু চণ্ডবা মাদবনা থাংদুনা চৎপা তাখি ॥৩৮॥

মকম মকম খুদিংদা চোকথবনা অমুক তুই, অমুক মাহৈ অদুবু অমুক হৌগত্নুনা পাপী অদুবু য দূতশিংনা, পাপাকি মীশক ওইবা, অমমনা তল্লবা লম্বী অদুদা যমলোক মৌমবা পুদুনা চৎলি ॥৩৯॥

য দূতশিংনা মুহূর্ত অনি নত্রগা মুহূর্ত অহমগী মতুংদা যম-লোক য়ৌনবা পুদুনা চৎলি, অদুদগী একম অদু য়ৌরগা নরকী মায়া অকিবা অরাবা মওং মতৌ অদুবু উৎলি ॥৪০॥

অদুদগী অমুক মুহূর্ত অমতংগী মতুংদা পাপি অদুবু যমগী অয়া-অমা অমদি যম নিংথৌবুম্থু উৎলগা, যমরাজগী য়াথং পুদুনা যমদূতশিংনা আকাশকি লম্বীদা চত্নুনা মৃত্যু ( মর্ত্তলোক ) লোকতা অমুক হল্লকই ॥৪১॥

নাভুক্তং ক্ষীয়তে কর্ম্ম কল্পকোটিশতৈরপি।
অভুক্ত্বা যাতনাং জন্তুর্মানুষ্যং লভতে নহি ॥৪৬॥
দদ্যাৎসুতস্ততঃ পিণ্ডান্ দিনেষু দশসু দ্বিজ।
প্রত্যহং তে বিভজ্যন্তে চতুর্ভাগৈঃ খগোত্তম ॥৪৭॥
ভাগদ্বয়ং তু দেহস্য পুষ্টিদং ভূতপঞ্চকে।
তৃতীয়ং যমদূতানাং চতুর্থে সোপি জীবতি ॥৪৮॥
অহোরাত্রৈশ্চ নবভিঃ প্রেতঃ পিণ্ডমবাপ্নুয়াৎ।
জন্তুর্নিষ্পন্নদেহশ্চ দশমেবলমাপ্নুয়াৎ ॥৪৯॥

---

কারনশিনো হায়বদা মচা মশুশিংনা পিণ্ডদানচিংবা কর্ম্ম তৌরক্তবদগী অৱাবা কম্না কংচুনমু কল্প কোটি চাম হৌখিচুনমু কর্ম্মগী ফল হায়বসিদি ভোগ তৌদনদি ( চাদনদি ) লোইবা লৈতে, অচুনা কর্ম্মগী মহৈদি চাবা তাবনি, অচুনা পাপচেনবশিংনা যম যাতনা ( যমগী অৱ ব ) বু চাদনা কংদনা মীওইবগী মপোক ফংবা ঙমদে ॥৪৬॥

মরম অসিদগী হে গরুড় মপা মপুগী শিরবা মতমদা মচা মশুনা পিণ্ডদানচি বা তৌবা হায়বসি তৌগদবনি, অহুমবা মীশক অচুনা মপা মপুগীদমক নুমিৎ তরানি কাণ্ডবা পিণ্ডদান তৌগদবনি, অমসুং নুমিৎ খুদিংগী পীরিবা পিণ্ড অচুবুসু শরুক মরি থোক্লা অমুক খাইদোকনি ॥৪৭॥

নুমিৎ খুদিংগী পীরিবা পিণ্ডদান অচুগী শরুক অনি অমনা পঞ্চভূত হায়বদি পৃথ্বী, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ আকাশকী মশক ওইবা হকচাংবু মপুং ফাহনবনি, শরুক অমনা যমদূতশিংনা ফংই, মরিশুবা শরুক অমচুনা প্রেত অচুনা চাই ॥৪৮॥

মতৌ অমুম তৌনা অহিং নুংথিল যাপল চুপনা পিরকপা পিণ্ডশিং অচু প্রেত ( শিরিবা ) অচুনা ফংচুনা পিণ্ডশিং অচুনা

দগ্ধদেহে পুনর্দেহঃ পিণ্ডৈরুৎপদ্যতে খগ।
হস্তমাত্রঃ প্রমাণেন পথি ভুংক্তে শুভাশুভম্ ॥৫০॥
প্রথমেঽহনি যঃ পিণ্ডস্তেন মূর্ধা প্রজায়তে।
গ্রীবাস্কন্ধৌ দ্বিতীয়েঽহ্নি তৃতীয়াদ্ধৃদয়ং ভবেৎ ॥৫১॥
চতুর্থেন ভবেৎপৃষ্ঠং পঞ্চমাম্নাভিরেব চ।
ষষ্ঠেন চ কটী গুহ্যং সপ্তমাৎসক্থিনী ভবেৎ ॥৫২॥
জানুপাদৌ তথা দ্বাভ্যাং দশমেঽহ্নিক্ষুধা তৃষা ॥৫৩॥

---

শাবা হকচাংবু কংই অমত্তং তম্নাশুবা হ্নমিৎকি পিণ্ডনা পাদ৽ (বল) গী শরুক কংই ॥৪৯॥

হে গরুড় অহানবগী হকচাং অচুনা উৎ ওইপ্রবদা অমুব হম্না পিণ্ডশিং অহুদগী পিণ্ডনা শাবা হকচাং অচুবু কংই, অচুগ অংকোনবদা কংলিবা পিণ্ডনা শাবা হকচাং অচুদি খুৎপ অমতমব শাংই, অচুশুখা দেহ (হকচাং) অচুনা যগী লম্বী চৎপদা অক৽ কত্তবা কর্মগী মহৈ অচু কংই ॥৫০॥

ইহান হাপবা হুমিত্তা পীরিবা পিণ্ড অচুনা প্রেত অচু মকোক ওই, অনিশুবঃ পিণ্ডনা খৌম্নী অমপুং লেংবান ওই, অহু শুবা পিণ্ডনা প্রেতগী হৃদয় (থমোই) ওই ॥৫১॥

মরিশুবা পিণ্ডনা প্রেতগী নজল ওই, মঙাশুবা পিণ্ড প্রেতগী খোইদৌ ওই, তরুকশুবা পিণ্ডনা প্রেতগী থ্বাং অম হকচাংগী অথুম্না মকম ওই, তরেৎশুবা পিণ্ডনা নিংজোল অ ওই ॥৫২॥

নিপানশুবা অমদি মাপনশুবা পিণ্ড অনিনা কৈপল খো৽ চিংবা ওই, তরাশুবা হ্নুমিৎকি পিণ্ডনা প্রেতগী হকচাংদা অ৽ খৌম্নাংমনচিংবা পোকই ॥৫৩॥

পিণ্ডজং দেহমাশ্রিত্য ক্ষুধাবিষ্টস্তৃষার্দ্দিতঃ।
একাদশং দ্বাদশং চ প্রেতো ভুংক্তে দিনদ্বয়ম্ ॥৫৪॥
ত্রয়োদশেঽহনি প্রেতো যন্ত্রিতো যমকিঙ্করৈঃ।
তস্মিন্মার্গে ব্রজত্যেকো গৃহীত ইব মর্কটঃ ॥৫৫॥
ষড়শীতি সহস্রাণি যোজনানাং প্রমাণতঃ।
যমমার্গস্য বিস্তারো বিনা বৈতরণী খগ ॥৫৬॥
অহন্যহনি বৈ প্রেতো যোজনানাং শতদ্বয়ম্।
চত্বারিংশত্তথা সপ্ত দিবারাত্রেণ গচ্ছতি ॥৫৭॥
অতীত্য ক্রমশো মার্গ পুরাণীমানি ষোড়শ।
প্রযাতি ধর্ম্মরাজস্য ভবনং পাতকী জনঃ ॥৫৮॥

---

অদুগুম্বা পিণ্ডদগী ওইবা হকচাংবু ফংলবদা প্রেত অদুনা অরাব খোৱাংবনা থুহুম চল্লনা। তরামাথোই অমদি তরানিথোই-গুম্বা নুমিৎ নিনি অসিদা প্রেতনা চায় ॥৫৪॥

তরাহুমদোইগুম্বা নুমিত্তাদ যমদূতশিংনা প্রেত অদুবু অমুক পাস (শউন যোয়্যী) না পুম্লে, অমমুং অদুগুম্বা যমগী লম্বী অদুদা মথন্তা মতৌ অমুম তৌনা চৎলি, মদুদি কনাগুম্বা য়োং-অগোই শাহনবা মীনা পুন্দুনা পুবা য়োংগুম্বা পুন্দুনা পুই ॥৫৫॥

হে গরুড়! অদুগুম্বা যমলোকী লম্বী অদু বৈতরণীবু থাকদনা যোজন (৮৬,০০০) লিশিং মরিফুৎরুক শাংই ॥৫৬॥

অদুগুম্বা লম্বী অদুদা অহিং নুংথিল থাকনা নোংমদা যোজন (২৪৭) চনি লিফুতরেৎকী চাংদা পোথাবা কৈতনা প্রেত অদুবু চৎহল্লি ॥৫৭॥

মতৌ অমুম তৌরদুনা লম্বীদা মথং মথং পুর (লাইশিংগী লৈকয়) তরাতরুক লাম্বোক্লবা মতুংদা পাপ চেনবা মীশক অদুনা ধর্ম্মগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা যমগী পুরবু কংই ॥৫৮॥

সাম্যং সৌরিপুরং নগেন্দ্রভবনং গন্ধর্বশৈলাগমৌ।
ক্রৌঞ্চংক্রূরপুরং বিচিত্রভবনং বহ্বাপদং দুঃখদম্।
নানাক্রন্দপুরং সুতপ্তভবন রৌদ্রং পয়োবর্ষণং।
শীতাঢ্যং বহুভীতি ধর্মভবনং যাম্য পুরং চাগ্রতঃ ॥৫৯॥
যাম্যপাশধৃতঃ পাপী—হাহেতি প্ররুদন্ পথি।
স্বগৃহং তু পরিত্যজ্য পুরং যাম্যমনুব্রজেৎ ॥৬০॥

---

অচুগুবা পুর তরাতরুক অদুগী মমিংদি (১) সৌম্যপুর (২) সৌরিপুর (৩) নগেন্দ্রভবন (৪) গন্ধর্ব্বপুর (৫) শৈলাগমপুর (৬) ক্রৌঞ্চপুর (৭) ক্রূরপুর (৮) বিচিত্রভবন (৯) বহ্বাপদ (১০) দুঃখদপুর (১১) নানাক্রন্দপুর (১২) সুতপ্তভবন (১৩) রৌদ্রপুর (১৪) পয়োবর্ষণপুর (১৫) শীতাঢ্যপুর (১৬) বহুভীতিপুর অমসুং মশি লান্থোক্লগা ধর্মগী ভবন ওইবা যমরাজগী পুর য়োনবা চৎলি ॥৫৯॥

যমরাজগী পাশ ( শউন খৌরী ) না পুনবা অচুগুবা পাপী অদুনা মাগী যুম থাদোক্লগা যমগী লম্বীদা য়াম্না ক্লানা অক্লাবা খৗনা কপ্ল-কপ্লদুনা যমরাজগী পুরী ভায়া চৎলি ॥৬০॥

ইতি শ্রীসবোদ্ধারে গরুড় পুরাণে
যমমার্গ নিরূপণে প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী প্রেত কল্পগী শরুক ওইবা যমমার্গ নিরূপণদা প্রথম অধ্যায় লোইরে ॥

———

## অথ দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।

গরুড় উবাচঃ—

কীদৃশো যমলোকস্য পন্থা ভবতি দুঃখদঃ ।
যত্র যান্তি যথা পাপাস্তন্মে কথয় কেশব ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচঃ—

যমমার্গং মহাদুঃখপ্রদং তে কথয়াম্যহম্ ।
মম ভক্তোপি তচ্ছ্রুত্বা ত্বং ভবিষ্যসি সাম্পিতঃ ॥২॥
বৃক্ষচ্ছায়া ন তত্রাস্তি যত্র বিশ্রমতে নরঃ ।
যস্মিন্মার্গে ন চান্নাদ্যং যেনপ্রাণান্ সমুদ্ধরেৎ ॥৩॥

---

প্রথম অধ্যায়দা হৌজিক ওইরিবা লোক অমদি শিয়গা কাংলুপদবা লোক অনিগী শন্নবা হায়রে, হৌজিক গরুড়না হংজরবদা ভগবাননা মহাক্না অমুক তাকপিরকই ।

গরুড়না হায় ঃ—

হে কেশব যমলোকী লম্বীনা কমদোনা অৱাবগী মশক ওই-রিবনো অমসুং মহুদা পাপীশিংনা কমদোনা চৎপগে মহু পুন্নমক ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥১॥

শ্রীভগবাননা হায় ঃ—

হে গরুড় অৱাবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বীবু ঐনা নঙোন্দা হায়গে, মহাক্বু তাবগা নংনা, ঐগী ভক্তমক ওইরবসু কিবনা নিকনি ॥২॥

অদুগুম্বা লম্বীদুদা কপ্পিতুবা উপাগী অমত্তগী উচ্চুম লৈতে, পোথাকম লৈতে, অনাবা কেংকবা কপ্পিতুবা চিজাক অমত্তসু লৈতে ॥৩॥

ন জলং দৃশ্যতে ক্বাপি তৃষিতোঽতীব যঃ পিবেৎ।
তপ্যন্তে দ্বাদশাদিত্যাঃ প্রলয়ান্তে যথা খগ ॥৪॥
তস্মিন্ গচ্ছতি পাপাত্মা শীতবাতেন পীড়িতঃ।
কণ্টকৈর্বিধ্যতে ক্বাপি ক্বচিৎ সর্পৈর্মহাবিষৈঃ ॥৫॥
সিংহৈর্ব্যাঘ্রৈঃ শ্বাভির্ঘোরৈর্ভক্ষ্যতে ক্বাপি পাপকৃৎ।
বৃশ্চিকৈর্দংশ্যতে ক্বাপি ক্বচিদ্দহ্যতি বহ্নিনা ॥৬॥
ততঃ ক্বচিন্মহাঘোরমসিপত্রবনং মহৎ।
যোজনানাং সহস্রে দ্বে বিস্তরায়ামতঃ স্মৃতম্ ॥৭॥
ক কোলুকবট গৃধ্র সরঘাদংশ সংকুলম্।
সদাবাগ্নি চ তপ্তৈস্ব শ্চিন্নভিন্নঃ প্রজায়তে ॥৮॥

---

মফম অদুদা থোয়াংবা কোক্নবা ঈশিং উদে, হে গরুড় মফম অদুদা প্রলয়গী মতমদা থোকদবা হুমিৎ তরানিথোইনা পুন্না থোক্লগা প্রলয়গী নৈশাগুম্না শায় ॥৪॥

অমুকস্তু ইংবনা থাংবদা য়ায়বা মওংদা অস্নিংবা নুংশিৎ শিৎপনা থোইদোক্না য়াহল্লিবা পাপী অদুনা লম্বী অদুদা য়ানা চৎলি, করিগুম্বদা তিংথংনা থিনগাইবগী অয়াবা, অমস্তুং মতু কল্লবা লিন্দগী অয়াবস্তু ফংই ॥৫॥

করিগুম্বদা অকিবগী মশক ফংলবা বনগী শা-কৈ লোংশা অমদি হইশিংনা চিকপগী অয়াবস্তু ফংই, অমস্তুং মতু কল্লবা বৃশ্চিক কৌবা তালনা চিকপগী অয়াবস্তু ফংই, করিগুম্বদনা মৈনা কাংনা চান্নবা মৈদগীস্তু অয়াবা ফংই ॥৬॥

মতুদগী থয়া চৎলগা অসিপত্র ( থাংশাংগুম্বা মনা পানবা ) কৌবা বন লৈ, মতু যোজন (২০০০) লিশিং অনি শাংবা লৈ ॥৭॥

মফম অদুদা কাক, মকু, বট কৌবা উ থোংনাং পাম্বীনা মংলবা শোংলবা লাংজা, হরিংথোই অমদি অজলগী অচৌবা

ক্বচিৎপতত্যন্ধকূপে বিকটাৎ পর্ব্বতাৎকচিৎ।
গচ্ছতি ক্ষুরধারাসু শঙ্কুনামুপরি ক্বচিৎ ॥৯॥
স্খলত্যন্ধে তমস্যগ্রে জলে নিপততি ক্বচিৎ।
ক্বচিৎ পঙ্কজলৌকাঢ্যে ক্বচিৎ সংতপ্তকর্দ্দমে ॥১০॥
সংতপ্তবালুকাকীর্ণে ধ্মাততাম্রময়ে ক্বচিৎ।
ক্বচিদঙ্গারবাশৌ চ মহাধূমাকুলে ক্বচিৎ ॥১১॥

---

কাংনর্চিংবন ছিল্লবা মকথনি, বনগী লৈশ্মৈনশু অকিবা ফংনা চাক্লা লে, মকম অঙুদা থাংশাংগী মতৌগুম্না পাকথ, মনাশিং অঙুনা প্রেতগী মশাদা য়াম্লৎ তুপথংলি ॥৮॥

অঙুদগী করিগুম্বদা অমম্বগী মশক ওইরবা নাপী কুপশিন্সুনা লৈবা কুহা, য়েংবদদি কুহা লৈবগী মং উত্রগা অঙুগুম্বা কুহাদা তাই, করিগুম্বদনা য়াম্না য়াংলবা চীংদগী ওইম্নে, করিগুম্বদনা থাংগী থোয়রবা শম্নাদা চৎহল্লি, করিগুম্বদনা য়োংপিগী মচিন অত্থুবদা চৎহল্লি ॥৯॥

করিগুম্বদনা অকিবা ফংনা মন্নবা মকমদা ছুই, করিগুম্বদনা ঈশিংদা তাই, করিগুম্বদনা ভিনকা কাকৈনা থল্লবা লৈথোকদা তাই, অমসুং করিগুম্বদনা পৃথীগী মনিম্না কুট কুট শোরবা শংরবা লৈথোকদা তাই ॥১০॥

করিগুম্বদনা শুংশাগী,মৈশানা চাক্লবা শারবা লৈতোই মসুংদা পুথৈ, করিগুম্বদনা চাক্লবা শারবা কোরৌগী লবেল মৎকা চৎহাল্লি, অমসুং করিগুম্বদনা অচাকপা মৈতালগী মপৈ মথক্তা চৎহাল্লি, অমসুং মৈখুনা পুম্নম মমলবা শম হোনবদা বারবা মকমদা চৎহল্লি ॥১১॥

ক্বচিদংকার বৃষ্টিশ্চ শিলাবৃষ্টিঃ সবজ্রকা।
রক্তবৃষ্টিঃ শস্ত্রবৃষ্টিঃ কচিদুষ্ণাম্বুবর্ষণম্ ॥১২॥
ক্ষারকর্দ্দমবৃষ্টিশ্চ মহানিম্নানিচ কচিৎ।
বপ্রপ্ররোহণং ক্বাপি কন্দরেষু প্রবেশনম্ ॥১৩॥
গাঢ়ান্ধকারস্তত্রাস্তি দুঃখারোহাঃ শিলাঃ কচিৎ।
পূয়শোণিতপূর্ণশ্চ বিষ্ঠাপূর্ণাং হ্রদাঃ কচিৎ ॥১৪॥
মার্গমধ্যবহাত্যুগ্রা ঘোরা বৈতরণী নদী।
সা দৃষ্টা দুঃখদা কিংবা যস্যা বার্ত্তা ভয়াবাহা ॥১৫॥

---

করিগুম্বদনা প্রেত অদুগী মথক্তা অচাকপা মৈত্তামগী নোং চুথহল্লি, অমসুং বজ্রগা লোইননা মুংহমগী নোং চুথহল্লি, করিগুম্বদনা ঈগী নোং চুথহল্লি, করিগুম্বদনা খুৎত খুৎপাইগী নোং চুথহল্লি, অমদি শারবা ম্রোং ম্রোং শৌরবা ঈশিংনা প্রেত অদুগী মথক্তা নোংগুম্না চুথহল্লি ॥১২॥

করিগুম্বদনা ক্ষরীগুম্বা মাক্কব নৈখোমগী নোং চুথহল্লি, করিগুম্বদনা অকিবা কংলবা কোংকুৎতা তাই, করিগুম্বদনা বাংল বাংলবা লৈপুং লৈতোং অমদি চোংথক্তা কাহল্লি অমসুং করিগুম্বদনা চোংসুংদা হৎচিনবা শূরুংগুম্বদা চংহল্লি ॥১৩॥

অদুগুম্বা লম্বীদা য়াম্না অমম্বা অকিবগী মশক ওই, অমসুং য়াম্না কল্লবা নুংখৌনা থল্লবা বাংলবা মকমদা অমদি, মকম অমদা তুকচ্চরবা হঙ্গে.ইমবা ইপুম-নাইপুমগী অমদি অমাং অশোইগী চাওর-চাওরবা পুখ্রম লৈ ॥১৪॥

মতৌ অম্মুরা চৎনা চৎনা অসিগুম্বা লম্বী অসিদা লৈরিবী, খোইদোক্না অকিবগী মশক ওইরবী বৈতরণী তুরেল ফৌরকলে,

শতযোজনবিস্তীর্ণা পূয়শোণিতবাহিনী।
অস্থিবৃন্দতটা দুর্গা মাংসশোণিতকর্দ্দমা ॥১৬॥
অগাধা দুস্তরা পাপৈঃ কেশশৈবালদুর্গমা।
মহাগ্রাহ সমাকীর্ণা ঘোরপক্ষিশতৈর্ব্বৃতা ॥১৭॥
আগতং পাপিনং দৃষ্ট্বা জ্বালাধূমসমাকুলা।
ক্বথতে সা নদী তার্ক্ষ্যকটাহান্তর্ঘৃতং যথা ॥১৮॥
কৃমিভিঃ সংকুলা ঘোরৈঃ সূচীবক্ত্রৈঃ সমন্ততঃ।
বজ্রতুণ্ডৈর্মহাগৃধ্রৈর্বায়সৈঃ পরিবারিতা ॥১৯॥

---

তুরেল অসিগী বা তাবতদা থোকপোক্না অকিবগী মশক ওইরবদা করিগুম্বা উরবদি কয়াগী মতিক ফিকম থোকপগে, হায়রবদি তাবতদা অকিব ওইরিবদু উরবদি করি ওইকম থোকপগে ॥১৫॥

বৈতরণী তুরেল হায়রবসি যোজন চাম চাওই, ঈশিদা চেংলবসি ইপুব মাইপুব তাজনি, লৈমাই অসিনা শক্ত চায়না তাজনি, মাবু শাহোকপদি য়াম্না অয়াবগী মশকনি অমত্তুং ঈ মতুম শত্রুমনা থল্লবনি ॥১৬॥

পাপ চেনবশিংনা লানতথত্রবনি, থংবৈ লৈরবনি, অম-নামা ঊশিং কংগুম তাওরিবনি, লানবদা অয়াবগী মশকনি, চাওর-চাওরবা লাইরেন, অকিবগী মশক ওইরবা উচেক চাম চামনা শিন্দুংনা লৈরিবনি ॥১৭॥

হে গরুড় লাকপিবা পাপী অতুবু উবগা তুরেল অসিনা অচাকপা মৈগুম্ অমদি মৈখুমগু পুম্নম মমই অতুগা চেরিবা ঈপুব মাইপুব অতুনা থাংবা থীনা শোৎবগুম্না শোয়কই ॥১৮॥

মচিনা যেথুপ্পুক তুমবা ভীনশিংনা অকিবগী মশক ওইনা মাইকৈ মরিদা থনা লৈ, মতক মনা পৈরবা চাওর-চাওরবা লাংঙা, কাকশিংনা থনা লৈ ॥১৯॥

শিশুমারৈশ্চ মকরৈর্জলুকামৎস্য কচ্ছপৈঃ।
অন্যৈর্জলস্থ জাবৈশ্চ পুরিতা মাংসভেদকৈ ॥২০॥
পতিতাস্তৎপ্রবাহে চ ক্রন্দন্তি বহুপাপিনঃ।
হাভ্রাতঃ পুত্র তাতেতি প্রলপন্তি পুনঃ পুনঃ ॥২১॥
ক্ষুধিতাস্তৃষিতাঃ পাপ পিবন্তি কিল শোণিতম্।
সা সরিদ্রুধিরাপূর্ণা বহন্তী ফেনিতং বহু ॥ ২॥
মহাঘোরাতিগর্জন্তী দুনিরীক্ষ্যা ভয়াবহা।
তস্যা দর্শনমাত্রেণ পাপস্থ গতচেতনাঃ ॥২৩॥
বহুবৃশ্চিকসংকীর্ণা সেবিতা কৃষ্ণপন্নগৈ।
তন্মধ্যে পতিতানাং চ ত্রাতা কোপি ন বিদ্যতে ॥.৪॥

---

শহুম চাবা অচাং হাংপা তীগ শিশুমার কৌবা তা কিয়োং, তিনকা, তা, থেঙ্গু অমন্নং ঐশিংদা নৈবা জীব কয়ামুক্রা কোয়না নৈ ॥২০॥

অহুগুবা তুয়েল অহুগী ঐচেলদা তাবৰা পাপিশিং অহুনা হা ইপা, হা ইয়াবা ইনাও, হা ইচা অগুয়া লাও-খোংহুনা হমা হমা কমী লাও-খোংই ॥২১॥

অয়াম খৌয়াংবনা খাংবা উয়ক্ত্রুনা চেঁয়বা ইপুম নাইপুম অহু থকই, অসিগুবা বৈতরণী তুয়েল আসদা ইপুম নাইপুমগী কোলোল কয়ামুকস্থ তাওরি ॥২১॥

অসিগুবা তুয়েল অসিদি য়ায়া অকিবগী মগকমি, অমন্নং য়েংমু উকবদা খোইদোক্কা অয়াবগী মগকলি তুয়েল অসি য়ায়া হোনা ভংট, মাবু য়েংউ উকবতদা পাপী অহু জ্ঞান মাংই অমন্নং নিংশিংবগী শক্তি মাংই ॥২৩॥

অহুগুবা বৈতরণী কোবা আসদা কয়ামুক ওইবা মহ কয়বা বৃশ্চিকশিংনো থমা নৈ, চাওর চাওরবা অমুবা লিয়া যাগী ঐথক্তা

আবর্ত্তশতসাহস্রৈঃ পাতালে যান্তি পাপিনঃ।
ক্ষণং তিষ্ঠন্তি পাতালে ক্ষণাদুপরি বর্ত্তিনঃ ॥২৫॥
পাপিনাং পতনায়ৈব নির্মিতা সা নাহ খগ।
ন পারং দৃশ্যতে তস্যা দুস্তরা বহুদুঃখদা ॥২৬॥
এবং বহুবিধক্লেশে যমমার্গেঽতিদুঃখদে।
ক্রোশন্তশ্চ রুদন্তশ্চ দুঃখিতা যান্তি পাপিনঃ ॥২৭॥
পাশেন যন্ত্রিতাঃ কেচিৎ কৃষ্যমাণাস্তথাঙ্কুশৈঃ।
শস্ত্রাগ্রৈঃ পৃষ্ঠতঃ প্রোতৈর্ণীয়মানাশ্চ পাপিনঃ॥২৮॥

---

ত ওন্থনা লৈ, অদুগুম্বা বৈতরণী তুরেলদা তারবা পাপীশিংবু কনবিনবা কনাদ্রূ লৈতে ॥২৪॥

অদুগুম্বা বৈতরণী তুরেলগী উরু-উরু লৈবা ঈরৈ অদুনা চা-লিশিং কয়ামুক লৈদুনা লৈ, লৈরিবা ঈরৈ অদুনা পাপী অমবু পুদুনা মীকুপ খরনা পাতাল য়োনা অমুক পুই, মীকুপ খরনা অমুক মথক্তা পুথলক্লুনা পাপীশিংবু য়াহল্লি ॥২৫॥

হে গরুড় অসিগুম্বা তুরেল অসি পাপ চেনবশিংগী তানবগী লুপ্পবগীদমক্তা শেমগ্রবনি, পাপ চেনবশিংনা মাবু লানথিবা উথিদ্রি, পাপ চেনবশিংবু অবাবা পীননবগী মশক ওইরবা লানতমখবা বৈতরণীনি ॥২৬॥

মতৌ অসুম তৌরদুনা মথল কয়ামুক্তা ওইবা অরা-অনা পীবা যমগী লম্বী অদুদা পাপ চেনবা জীবনা খাপ্পা রানা লাও খোংদুনা, কপ্লুনা চৎলি ॥২৭॥

কনাগুম্বা পাপী অমবুনা যমদূতশিংনা পাস (শক্তিন খৌরী) না পুন্দুনা পুই, অদুগা খরা অমবুনা অঙ্কুশ (খুদেৎপী মওং মাখবা

তথাপি স ব্রজন্মার্গে পুত্র পৌত্র ইতি ব্রুবন্।
হাহেতি প্ররুদন্নিত্যমনুতপ্যতি মন্দধীঃ ॥৩৩॥

মহতা পুণ্য যোগেন মানুষং জন্ম লভ্যতে।
তৎপ্রাপ্য ন কৃতো ধর্ম্মঃ কীদৃশং হি ময়া কৃতম্ ॥৩৪॥

ময়া ন দত্তং ন হুতং হুতাশনে তপো ন তপ্তং
ত্রিদশা ন পূজিতাঃ।
ন তীর্থসেবা বিহিতা বিধানতো দেহিন্ কাচিন্নিস্তর
যত্ত্বয়া কৃতম্ ॥৩৫॥

---

মতৌ অদুম্না য়াম্না যানা চৎলিঙৈদা পাপী অচনা হা ইচা, হা ইও, অদুম্না মচা মগুশিংবু কৌরা কৌরদুনা লাও থোংলদুনা য়াম্না নিংগ্লকবা মওংদা কপ লাওই ॥৩৩॥

পাপী অদুনা য়াম্না নিংগ্লকবা অদুমক্তনা অদুম্না খল্লকই, অয়াবনি মীওইনা পোকপা হায়বদি পুণ্য কয়াম্নুক তৌরগা কংলক-ইবনি, অদুগুম্বা মীওইনা পোকপা মপোক অদুবু কংলবদা ঐনা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তম্ তৌখিদ্রে, অয়াবনি মতৌ করম্না ফজ্রবা খবক ডাকা তৌগ্রবনো ॥৩৪॥

ঐদি করিগুম্বদা দান অমত্তম্ তৌখিদ্রে, মৈদা হোম অমত্তম্ তৌখিদ্রে, করিগুম্বদা ঈশ্বরবু তপস্যা তৌদৌদ্রে, অমম্লং লাই অমত্তবু পূজা তৌখিদ্রে, হৌনবা চৎনবীগী মতুংইন্না তীর্থম্ চৎহৌদে অদুনা হে ঐগী আত্মা নংনদি করিগুম্বদা খবক্তদা পুকনিং চংখিবনিনা নংনা তৌজবা কর্ম্মগী ফল অদু নংনা কংজবনি মদু নং তোপ্পু তৌ ( মচুগী মহৈ চাও ) ॥৩৫॥

ন পূজিতা বিপ্রগণাঃ সুরাপগা ন চাশ্রিতা সৎপুরুষা
ন সেবিতাঃ।
পরোপকারা ন কৃতাঃ কদাচন দেহিন্ কচিৎ নিস্তর
যত্নয়া কৃতম্ ॥৩৬॥
জলাশয়ো নৈব কৃতোহি নির্জলে মনুষ্যহেতোঃ
পশুপক্ষিহেতবে।
গোবিপ্রবৃত্ত্যর্থমকারি নাপ্যপি দেহিন্ কচিন্নিস্তর যত্নয়া
কৃতম্ ॥৩৭॥
ন নিত্যদানং ন গবাহ্নিকং কৃতং ন বেদ শাস্ত্রার্থবচঃ
প্রমাণিতম্।

---

ঐনদি ব্রাহ্মণ অমত্তগী পূজাসু তৌখিদ্রে, গঙ্গাস্নান হায়বতুনা করিনো খংদ্রে, সাধুজন ( অকবা মীগী ) সেবাসু তৌখিবা নৈংতে, করিতবদসু মীগী মতেংসু পাংখিবা নৈতে অহুনা কে ঐগী অ।ত্মা, ইশান্না তৌজবা কর্ম্মগী হৈহ ইশান্না কংকন থোকপনি মহু নং চাও ॥৩৬॥

মী, শা, উচেক্বীদমক ঈশিং নৈতবা মকমদা অরাম থৌরাংবা কোরুবা ঈশিং তুংকম পুষি কুহানচিংবা অমত্তসু ঐনা থৌরাং তৌখিবা নৈতে. মগ ব্রাহ্মণশিংগী হুত্তাইনবা পেনবা, তৌবা হৌনবা বৃত্তি অর্চ্চা পূজানচি বা তৌকম থোকপা অমত্তসু ঐনদি তৌখিবা নৈদ্রবনিমা নংনা ঐনা তৌজনা কত্তবা কর্ম্মগী মহৈহু নংনা কংউ ॥৩৭॥

নিত্তিগী তৌবা হৌনবা দানসু তৌহোদ্রে, নোংমতং ওইরবসু মগগীদমক পেনবা নাগী মনা অমত্তসু দান তৌখিদ্রে, বেদ শাস্ত্রগী

শ্রুতং পুরাণং ন চ পুজিতোজ্ঞো দেহিন্ কচিদ্বিত্তর
যত্বয়া কৃতম্॥৩৮॥

ভর্ত্তুর্ময়া নৈব কৃতং হিতং বচঃ পতিব্রতং নৈব কদাপি
পালিতম্।

ন গৌরবং বাপি কৃতং গুরূচিত্তং দেহিন্ কচিৎ
নিত্তর যত্বয়া কৃতম্॥৩৯॥

ন ধর্ম্মবুদ্ধয়া পতিরেব সেবিতো বহ্নিপ্রবেশোন কৃতো
মৃতে পতৌ।

বৈধব্যমাসাধ্য তপো ন সেবিতং দেহিন্ কচিন্নিত্তর
যত্বয়া কৃতম্॥৪০॥

---

অমদি ধর্ম্মগী মতুংইন্না সন্ধ্যা তর্পনচিংবস্থ তৌখিবা লৈত্রে, বেদ শাস্ত্রগী বাবু লৌবা, পুরাণবু তাবা, পুরাণবু পাখিন্নবা তাকাপ তিকপিন্নিবা মীবুস্থ পূজা তৌখিবা লৈত্তে অহুনা নংনা তৌজবা অহুদি হে জীব নংনা থংজবা তাবনি ॥৩৮॥

অবাবদি হুপীগী মপোক্তা পোক্লবা ঐনা কদৌহুংদা লৌখিদে, ওয়া চংখিদে অমসুং পতিব্রতা ধর্ম্মবু (মপুরোইবগী অকবতা থনবা, হুতাইনবতা (হাংবনবু) ভাক্না চংখিত্রে, ইকু, ইনেম, ইতৈনচিংবদা তৌবা য়াবা সম্মান ব্যবহারনচিংবস্থ তৌখিত্রে অহুনা হে ঐগী আত্মা ওইবা জীব নংনা তৌজখিবহুগী কংগদবস্তু কংউ ॥৩৯॥

মপুরোইবগী সেবা তৌবা হায়বদ হুপীগী ধর্ম্মনি, অস্তুন্না থংহুনা কনিওবদা ঐনা ইপুরোইবগী সেবা তৌখিত্রে, অমসুং ইপুরোইবনা শিন্নবদা মতি ওইবীনা তৌগদবা মপুরোইবগী

মাসোপবাসৈর্ন বিশোষিতং ময়া চান্দ্রায়ণৈর্বা নিয়মৈঃ
সবিস্তরৈঃ।
নারী শরীরং বহুদুঃখভাজনং লব্ধং ময়া
পূর্ব্বকৃতৈর্বিকর্ম্মভিঃ ॥৪১॥
এবং বিলপ্য বহুশো সংস্মরণ্ পৌর্ব্বদৈহিকম্।
মানুষত্বং মম কৃত ইতি ক্রোশণ্ বিসর্পতি ॥৪২॥
দশসপ্তদিনান্যেকো বায়ুবেগেন গচ্ছতি।
অষ্টাদশদিনে তার্ক্ষ্য প্রেতঃ সৌম্যপুরং ব্রজেৎ ॥৪৩॥

---

তুংইনবা ( মপুরোইবগী লোইশনবা মৈ থাবা ) হায়বতন্না তৌহৌত্রে, অদুগা লুপ্রাবী ওইনা লৈয়বদসু তৌবা হৌনবা তপস্যা অমত্তসু তৌবিত্রে মরম অসিদগী হৌজিক্তি নংনা তৌজবনা নং'না কংজকম থোকলে ॥৪০॥

থা অমমমগী মসুংদা তৌনরিবা ব্রত উপবাস (চয়াহেনবনচিংবা) চন্দ্রায়ণ ব্রত অমদি বিস্তারগী লোইশনবা নিয়ম ঙাক্না হকচাংবু মহেং তাহনবা—কংশিলহনবা তৌখিদে, অরাবনি অসুম্বা দুপীগী হকচাং হায়বসিদি ওন্থোক্না অরাবতগী মশক ওইবনি অদুগা মমাংগী মপোক্তা তৌখিবা কত্তবা কর্ম অদুগী মহৈতনা দুপীগী মপোক অসি ফংলয়বনি ॥৪১॥

অসুম্না মথস মথলগী অবা-অনাগী তেংথা নাওইদুনা মমাংগী মপোককী তৌজখিবগী কলনা কংবা হকচাং অদুনা মা-মানা তৌখিবা কর্ম শিংবু নিংশিংদুনা অদুগুম্বা পাপ চেনবা জীবদুনা "হৌজিক ঐনা মতৌ করম্না মীওইবগী মপোক অদু ফংগদগে" অসুম্না লাও-খোংদুনা চৎলি ॥৪২॥

অসুম্না হুমিৎ তরাতরেৎনি চুপা সুংশিৎকি পাজম্না মতোমতা কোইপাম পায়দুনা লৈরুরগা তরানিপানিগুবা হুমিদা প্রেত অদুনা সৌম্যপুরদা থুংই ॥৪৩॥

তস্মিন্ পুরবরে রম্যে প্রেতানাঞ্চ গণো মহান্।
পুষ্পভদ্রা নদী তত্রন্যগ্রোধঃ প্রিয়দর্শনঃ ॥৪৪॥
পুরে তত্র স বিশ্রামং প্রাপ্যতে যমকিংকরৈঃ।
দারাঃ পুত্রাদিকং সৌখ্যং স্মরতে তত্র দুঃখিতঃ ॥৪৫॥
ধনাদি ভৃত্যমাত্রাণি সর্ব্বং শোচতি বৈ যদা।
তদা প্রেতাস্তু তত্রত্যাঃ কিংকরাশ্চেদমব্রুবন্ ॥৪৬॥
ক্ব ধনং ক্ব সুতা জায়া ক্ব সুহৃৎ ক্ব চ বান্ধবাঃ।
স্বকর্ম্মোপার্জ্জিতং ভোক্তা মূঢ় যাহি চিরং পথি ॥৪৭॥

---

অদুগুম্বা সৌম্যপুর হায়বদো য়েংবদা নিংথিবৈ অতৈ, মদুদা প্রেত মশাং লৈ, পুষ্পভদ্র কৌবা কনম্বা তুরেল অমম্ চেনি, অমসুং থোংবাং বা পাম্বী অমমু হৌরি, মদু য়েংবদা য়ু-থৈ নৈতবা অতৈ অমত্তং নিংথিবৈ ॥৪৪॥

যমদূতশিংনা পাপীশিংবু অদুগুম্বা খুনং অদুদা পুরগা ঙাইহাক পোথাহল্লি, মতম অদুদা প্রেত অদুনা মাগী নুপী মাগী মচামচিংবা নৈহোরিবা নিংশিংদুনা মপুক নিংদা থোইদোক্না কাপি ॥৪৫॥

মতম অদুদা মহাকী নৈহৌবা ময়াম মথুম মীনাই-মীপাল, মপাঙ্গী হায়বা নৈহৌবা পোং থিথিক নিংশিংথ, মতৌ অদু উবদা সৌম্যপুরদা লৈবা প্রেতশিং অমদি যমদূতশিংনা অসুম্না হায়খি ॥৪৬॥

হে অপংবা কদাইদগী নংগী লম্বনো, কনানুনা মচানো, কনানুনা নংগী নুপীনো, নচিন নমাও মরুপ মপাংবা কদায়দো, হৌজিক নংগী হায়বদু নংনা তৌজখিবা কর্ম্মগী মহৈ অদুতনা নংগী ওইরবনি, মদু নংনা চানুনা পাংজবা থবগী লম্বী অদিদা মতম কুইনা চৎলু ॥৪৭॥

অত্র দত্তং সুতৈঃ পৌত্রৈঃ স্নেহাদ্বা কৃপয়াঽথবা।
ম সিকং পিণ্ডমশ্নাতি ততঃ সৌরিপুরং ব্রজেৎ ॥৫১॥
তত্র নাম্নাস্তি রাজা বৈ জঙ্গমঃ কালরূপধৃক্।
তং দৃষ্ট্বা ভয়ভীতোঽসৌ বিশ্রামে কুরুতে মতিম্ ॥৫২॥
উদকং চান্নসংযুক্তং ভুংক্তে তত্র পুরে গতঃ।
ত্রৈপক্ষিকে বৈ দত্তং স তৎপুরমতিক্রমেৎ ॥৫৩॥
ততো নগেন্দ্রভবনং প্রেতো যাতি ত্বরান্বিতঃ।
বনানি তত্র রৌদ্রাণি দৃষ্ট্বা ক্রন্দতি দুঃখিতঃ ॥৫৪॥

---

লৌগৎ অমুক চেন তৌরিবৈদা পান কৌবা থুংলাইমা কান্নবা অমুক চিংশিন্ন ॥৫০॥

মতম অসিদা মচা মশুমা মপা মমা ওইবগী নুংশিবা প্রেমা পীরকপা থা থাগী ওইবা পিণ্ড অদু প্রেতনা চাই মতুংদা অমুক নপাকল ওইদুনা প্রেতগা সৌরিপুর তাদা চংলি ॥৫১॥

অদুগুম্বা সৌরিপুর অদুদ কালগী মশক ওইবা ( কাল কৌবা নাইগী মশক ওইব ) জঙ্গম কৌবা নিংথৌ অমা লৈ. মাদু উবগা প্রেতদু য়াম্না কিয়দুনা মফম অদুদা পোথাদুনা লৈনবগীদমক খাঙ্গা তৌই ॥৫২॥

প্রেত অদুনা সৌরিপুরদা চংলগা, মাদা শিথিবগী অহুমশুবা পক্ষগীদমক মচা মশুমা পীরকদবা হায়বদি ঊশরদ কংলন্নিবা চক উশংনচিংবা অদু মাদা কংজুই চাক্কই। অদুগী তুংদা সৌরিপুর অদু লেপ্লগা অমুক চংশিলহল্লি ॥৫৩॥

অমুক প্রেত অদুবু মাদা থুনা নগেন্দ্র ভবন কৌবা পুম হৌরবা চংহল্লি, মফম অদুদা ঙকিবগী মশক ওইরবা ফদল অমা লৈ, মদুদু উবগা প্রেত অদু কিবনা কপ লাওই ॥৫৪॥

ভুক্ত্বা পিণ্ডং জলং বস্ত্রং দত্তং যদ্বান্ধবৈরিহ।
কৃষ্যমাণঃ পুনঃ পাশৈর্নীয়তেঽগ্রে চ কিংকরৈঃ ॥৫৬॥
মাসে তৃতীয়ে সংপ্রাপ্তে প্রাপ্য গন্ধর্বপত্তনম্।
তৃতীয় মাসিকং পিণ্ডং ভুক্ত্বা তত্রাপসর্পতি ॥৫৭॥
শৈলাগমং চতুর্থে চ মাসি প্রাপ্নোতি বৈ পুরম্।
পাষাণাস্তত্র বর্ষন্তি প্রেতস্যোপরি ভূরিশঃ ॥৫৮॥
চতুর্থে মাসিকং পিণ্ডং ভুক্ত্বা কিঞ্চিৎসুখং ভবেৎ।
ততো যাতি পুরং প্রেতঃ ক্রৌঞ্চং মাসেঽথ পঞ্চমে ॥৫৯॥

---

মতম অদুবা য়ুংশিদৈহেত্রব। যমদূতশিংনা মকম অদুদা চিংদুনা পুই, মহাক্না থাংবদা রাজুনা প্রেত অদু য়াম্না কপ লাওই, অদুবা অ৺শিংবা থাগী থরোইবা মতমদা মকম অদুগী থরোইবা মকম অদু য়ৌবা ঙমই ॥৫ ॥

মকম অশিদা মরুপ-নপাং মচা-মতমা পীরকপা পিণ্ড ঐশিং কিনচিংবগু প্রেতনা কাংই, অশিগী তুংদা যমদূতশিংনা অদুক হয়া পাস কৌবা শঙ্গন থৌরীনা অদুক পূদুনা চিংদুনা পুই ॥৫৬॥

থা অহুম চংলকপদা প্রেত অদু গন্ধর্বপুর য়ৌরদুনা মচা-মতমা পীরকপা থা অহুমগী পিণ্ড অদু চারগা অদুক হয়া চংশি ॥৫৭॥

মরিশুবা থাদা অদুক শৈলাগম কৌবা পুরদা য়ুংই, মফম অদু য়ৌগদা প্রেতগী মথক্তা নোং চুবগুম্না নুংশা প্রেতগী মথক্তা থিবথরকই ॥৫৮॥

মতম অশিদা মচা-মতমা পীরকপা মরিশুবা থাগী পিণ্ড অদু চারগা থিবং পোথাবা হুৎহাইবা কাংই, অদুগা মঙাশুবা থাদা প্রেত অসিনা ক্রৌঞ্চপুরদা য়ৌরকই ॥৫৯॥

হস্তদত্তং তদা ভুংক্তে প্রেতঃ ক্রৌঞ্চপুরেস্থিতঃ
যৎপঞ্চমাসিকং পিণ্ডং ভুক্ত্বা ক্রূরপুরং ব্রজেৎ ॥৬০॥
সার্দ্ধৈকৈঃ পঞ্চভির্মাসৈর্ন্যূনষাণ্মাসিকং ভবেৎ।
তত্র দত্তেন পিণ্ডেন ঘটেনাপ্যায়িতঃ স্থিতঃ ॥৬১॥
মুহূর্ত্তার্দ্ধং তু বিশ্রম্য কম্পমানঃ সুদুঃখিতঃ।
তৎপুরং তু পরিত্যজ্য তর্জ্জিতো যমকিংকরৈঃ ॥৬২॥
প্রয়াতি চিত্রভবনং বিচিত্রো নাম পার্থিবঃ।
যমস্যৈবানুজো ভ্রাতা যত্র রাজ্যং প্রশাস্তি হি ॥৬৩॥
তং বিলোক্য মহাকায়ং যদা ভীতঃ পলায়তে।
তদা সম্মুখ আগত্য কৈবর্ত্তা ইদমব্রুবন্ ॥৬৪॥

---

অদুম্না প্রেতনা ক্রৌঞ্চপুরদা লৈরিঙৈদা মচা-মশুনা পীরকপা মঙাশুবা থাগী পিণ্ড অদু চারগা ক্রুরপুর হৌনবা চৎলি ॥৬০॥

থা মঙ মথাইগী মতমদা অহানবগী ষাণ্মাসিক ( অহানবা চহিগী তথাই ) ওই, মশিবু হিন্দুস্থানীশিংনা "ছমাই" কৌই আসগুম্বা অহানবা ষাণ্মাসিকী মতমদা পীবা পিণ্ড দানদগী অমদি ঘটদানচিংবদগী প্রেতনা অপেনবা পুথাইবা ওই ॥৬১॥

অসিগুম্বা অহানবা ষাণ্মাসিক আসিগী ঘট দান অমদি পিণ্ডদান অদুনা মুহূর্ত্ত তখাই অমত্তা লোখারগা লৈমৈদা যমদূতশিংনা অমুক কিহন থোৎকনবদগী অদাবা কংই, কিযহুমক্তনা নিকই ॥৬২॥

মশিদগী অমুক চৎলগা বিচিত্রভবন কৌবা পুরদা য়োই, মকম অদুদা নিংথৌ অমা পাল্লই, মহাক অদু যম নিংথৌগী মনাওনি অমস্তং বিচিত্রপুর অদুগী নিংথৌনি ॥৬৩॥

অদুগুম্বা বাং চাওবগা নিংথৌ অদু উরগা প্রেত অদুনা কিবনা কোইচেন চেল্লি, মদু উববা নিংথৌ অদুনা লাকপা মথাদ হায়রক্লিবা ফালি হায় ॥৬৪॥

বয়ং তে তর্ত্তুকামায় মহাবৈতরণীং নদীম্।
নাবমাদায় সংপ্রাপ্তা যদি তে পুণ্যমীদৃশম্ ॥৬৫॥
দানং বিতরণং প্রোক্তং মুনিভিস্তত্ত্বদর্শিভিঃ।
ইয়ং সাতীর্য্যতে যস্মাত্তস্মাদ্বৈতরণী স্মৃতা ॥৬৬॥
যদি ত্বয়া প্রদত্তা গোস্তদা নৌরুপসর্পতি।
নান্যথেতি বচস্তেষাং শ্রুত্বা হা দৈব ভাষতে ॥৬৭॥
তং দৃষ্ট্বা ক্বথতে সা তু তাং দৃষ্ট্বা সোঽতিক্রন্দতে।
অদত্তদানঃ পাপাত্মা তস্যামেব নিমজ্জতি ॥৬৮॥

---

হে প্রেত ঐনা নংগীদমক বৈতরণী তুরেল লানবা হি পুরক্লুনা লৈরে, যদি নংগী পুণ্যনা কংজরবদি ॥৬৫॥

অসুমা হায়রক্লুনা বৈতরণী তু'রনগী অর্থ হ য়ক্লুনা তাহল্লি, তত্ত্বদংবা মুনিশিংনা দান তৌবা হায়বসিগী মমিংবু "বিতরণ" (লাম্বে কপ) অসুম্না হায়, দান তৌবতনা অসিগুম্বা তুরেন অসি লানব ঙমই, মরম অসিদগী তু'রেন অসিগী মমিং "বৈতরণী" অসুম্না ওইখি খংনখি ॥৬৬॥

হে প্রেত মরম অসিনা নংনা হগ দান তৌরবদি বৈতরণী লানমদাইদা হি অসি নংগীদমক লাক'ই, নংনা যগ দান তৌখিদ্রবদি হি অদি লাকলোই, অসিগুম্বা বা অসি তাবদা প্রেত অদুনা হা ঈশ্বর নংগী সোংদম (২) অসুম্না হায়খি ॥৬৭॥

অদুগুম্বা পাপাচারবা প্রেতবু উরগা বৈতরণী কৌবী তুরেলদুমু মথুম মরাং কোয়কই ইর'ওথোল হেনংলকই, মহু উরগা প্রেত অদুনা কিবনা শাও খোংনা কপ্পা, দান তৌদ্রবা পাপী অদুনা ঈচেল অদুদা দুম্বী ॥৬৮॥

তন্মুখে কণ্টকং দত্ত্বা ভূতৈরাকাশসংস্থিতৈঃ।
বাড়শেন যথা মৎস্যস্তথা পারং প্রণীয়তে ॥৬৯॥
ষাণ্মাসিকং চ যৎপিণ্ডং তদ্ভুক্ত্বা প্রসর্পতি।
মার্গে স বিলপত্যতি বুভুক্ষাপীড়িতোহলম্ ॥৭০॥
সপ্তমে মাসি সংপ্রাপ্তে পুরং বহ্বাপদং ব্রজেৎ।
তত্র ভুংক্তে প্রদত্তং যৎ সপ্তমে মাসি পুত্রকৈঃ ॥৭১॥
তৎপুরং তু ব্যতিক্রম্য দুঃখদং পুরমৃচ্ছতি।
মহদ্দুঃখমবাপ্নোতি খে গচ্ছন্ খেচরেশ্বরঃ ॥৭২॥
মাস্যষ্টমে প্রদত্তং যৎপিণ্ডং ভুক্ত্বা প্রসর্পতি।
নবমে মাসি সম্পূর্ণে নানাক্রন্দপুরং ব্রজেৎ ॥৭৩॥

---

মতম অহুদা চুভাশ না অথেবা লেপ্পগা প্রেত অহুগী যম্মাদা, ঙা কাবশিংবা যম্মাদা লেংহনা কাবা ঙাগুং যম দা অকোনবা থোংবা। লেংহনা তুবেল অহুবু লাম্নবা চংই ॥৬৯॥

অহুম তৌনা তৌনা তরুকগুবা থাগী মচা মগুনা পীরকপা পিণ্ডবু চাদুনা চৎলি, মহুনম্ব প্রেত অহুদা অংপেনবা মুহাইবা যপুংকাবা ওইদবনা, অয়াম থৌয়াংবগী যৈনা খোইদোক্ল। অয়াবগা লোইননা কপ-লাওহুনা লম্বী অহু চৎবা য়াদবনা চৎলে ॥৭০॥

তরেৎতবা থাদা প্রেত অহুনা বহ্বাপদ কৌবা পুরদা চৎলে, মকম অহুদা মচা-মগুনা পীরকপা তরেৎতবা থাগী পিণ্ড অহু চাই ॥৭১॥

অহুদগী পুর অহু লাম্বোক্লগা দুঃখদপুর কৌবা মকমদা চৎলি, মকম অহুদদি প্রেত অহুনা আকাশকি লম্বীদা চৎপা মতমদা যাম্না অবাবা কংই ॥৭২॥

মকম অহুদা মচা মগুনা পীরকপা নিপানতবা থাগী পিণ্ডহু চারগা চৎলি, অহুদগী থা মাপল চুপ্পা চৎলক্লগা "নানাক্রন্দপুর" কৌবা পুরদ থোই ॥৭৩॥

নানাক্রন্দগণান্ দৃষ্ট্বা ক্রন্দমানান্ সুদারুনান্
স্বয়ং চ শূণ্যহৃদয়ঃ সমাক্রন্দতি দুঃখিতঃ ॥৭৪॥
বিহায় তৎপুরং প্রেতস্তর্জিতো যমকিংকরৈঃ।
সুতপ্তভবনং গচ্ছেদ্দশমে মাসি কৃচ্ছ্রতঃ ॥৭৫॥
পিণ্ডদানং জলং তত্র ভুক্ত্বাপি ন সুখী ভবেৎ।
মাসিচৈকাদশে পূর্ণে পুরং রৌদ্রং স গচ্ছতি ॥৭৬॥
দশৈকমাসিকং তত্র ভূংক্তে দত্ত সুতাদিভিঃ।
সার্দ্ধৈচৈকাদশে মাসি পয়োবর্ষণ মৃচ্ছতি ॥৭৭॥

---

মকম অহুদা স্নক্কিবগী মশক ওইবা মতৌ অহু উবদা প্রেত অহু য়াম্না লাও·থোংই, মকম অহুদা মথল মখেলগী মীকপ মীয়াওঃথাল তৌহনা কপ'লবশিং অ্ উয়গা মশা মথন্তা করিম্ লৈত্রবা মঙ'দা য়াবনা কপ্পী ॥৭৪॥

মকম অহুদা যমহুত শিংনা য়াহন্নিবা কিহ'ন্নবা পুম্নমক অহু থাদোক্লগা তরাশুবা থাদা য়াম্না য়ানা সুতপ্তভবন কৌবা নগরদা থু ই ॥৭৫॥

মকম অহু যৌরবদা মচা মশুনা পীরকপা তরাশুবা থাগী পিণ্ডদান অমদি জলদান অচু কংই, অহুম ওইনমক মহুবু চায়গা ১দি থক্লপা প্রেত অমনা অপেনবা মুত্তাইবা হায়বহৃদি মপু কানা ওইবা ভমদে। থা তরামাথোইনা মপুং ফাররুবা মতমদা রৌদ্রপুর কৌবা মকমদা থু ই ॥৭৬॥

মকমহুদা থুংলবদা তরামাথোইশুবা থাগী পিণ্ড চিংবা চায়, মসিগী মতুংদা থা তরামাথোই মথাই শুররুবদা "পয়োবর্ষণ" কৌবা পুরদা থুংই ॥৭৭॥

মেঘাস্তত্র প্রবর্ষন্তি প্রেতানাং দুঃখদায়কাঃ।
ন্যূনাব্দিকং চ যচ্ছ্রাদ্ধং তত্র ভুংক্তে স দুঃখিতঃ ॥৭৮॥
সম্পূর্ণে তু ততো বর্ষে সীতাঢ্যং নগরং ব্রজেৎ।
হিমাদ্দশগুণং তত্র মহাসীতং পতত্যপি ॥৭৯॥
শীতার্ত্তঃ ক্ষুধিতঃ সোঽপি বীক্ষতেঽপি দিশো দশ।
তিষ্ঠতে বান্ধবঃ কোপি যো মে দুঃখং ব্যপোহতি ॥৮০॥
কিংকরাস্তে বদত্যত্র ক তে পুণ্যং হি তাদৃশম্।
ভুক্ত্বা চ বার্ষিকং পিণ্ডং ধৈর্য্যমালম্বতে পুনঃ ॥৮১॥

---

পয়ে বর্ষণ কৌবা থূল অদুদদি প্রেতবু বাহল্লবা অকনবা নোং চুথহ'ল্ল, নোং মরক অদুদা য়াম্না বানা থা তরামাথোই মথ ইগী ওইবা "দ্বিতীয় ষাণ্মাসিক" শ্রাদ্ধগী মচা মগুনা পীরকপা পিণ্ডন-চিংবদু অমুক চাই ॥৭৮॥

মদুদগী অমুক চৎলকপনা চহি অমা কায়কলবা মতমদা "সীতাঢ্যপুর" কৌবা নগরবু য়ৌই। মফম অদুদি উদ্দগী শরুক চাম হেন্না কৈ বা "মহ শীত" কৌবা অইংবনা ওই ॥৭৯॥

মফম অদু য়োরবদা ইংমনখিবনা য়াম্না বানা অমদি মবুক লাম্বনা রারবা চোকথরবা ওইদুনা প্রেত অদুনা মাইকৈ তরাদা কোইনা য়েংই। কনাগুম্বা মরুপ-মপাং অমত্তং কৈরমদুনা ঐগী অবাব'স কোকপিরবদি অদুরা খন্দুনা মাইকৈ তরাদা কোইয়েং য়েংই ॥৮০॥

মতম অদুদা যমদূতশিংনা হায়রকই :—ওদ্দোকপনি নংগী অদুগুম্বা পুণ্য অহং কদাইদগী লাকনি, নংনদি তৌখিদবনা নংবু চাকপিনবা নৈরোই। মতম অদিদা থা তরানিথোইগী পীরকপা পীরকপা পিণ্ড অদু চারগা থবা ইংথবা তপথবা কংই ॥৮১॥

ততঃ সংবৎসরস্যান্তে প্রত্যাসন্নে যমালয়ে।
বহুভীতিপুরে গত্বা হস্তমাত্রং সমুৎসৃজেৎ ॥৮২॥
অঙ্গুষ্ঠমাত্রো বায়ুশ্চ কর্ম্মভোগায় খেচর।
যাতনাদেহমাসাদ্য সহ যাম্যৈঃ প্রযাতি চ ॥৮৩॥
ঊর্দ্ধ্বদৈহিক দানানি যৈর্ন দত্তানি কাশ্যপ।
এবং কষ্টেন তে যান্তি গৃহীতা দৃঢ়বন্ধনৈঃ ॥৮৪॥
ধর্ম্মরাজপুরে সন্তি চত্বারাণি খেচর।

---

মতৌ অমুখ তৌনা চহি অমা হাম্লবগু কাম্লবদা যমালয় মনাক্তা "বহুভীতি" কৌবা পুন্দা প্রেত অদুনা পিন্ডনা লাবা পুক্ষপ অমা লাংবা হকচাং অদুবু থাদোকই ॥৮২॥

হে গরুড় পুবীমুক্তা চাওবা মুংশিংকি মশক ওইবা অদুগুম্বা জীবাত্মা (থবাই) অদুনা মশানা তৌখিবা কর্ম্মগী মহৈ চাবদা মক্তিক চাম্লবা হকচাং অমা ফংলগা যমদূতশিংগা লোইননা যম-লোকতা চৎলি ॥৮৩॥

হে গরুড় অদুগুম্বা মীশক অদুনা পরলোকীদমক ঊর্দ্ধ্বদৈহিক দানবু (শিগ্রগা কংলুপদবা হকচাংগীদমক্তা তৌবা দানবু) তৌদ্রবা মীশক অদুদি অশিত্তবা অৱাবত্তনা অকা অপুনবগা লোইননা যমলোকতা চৎলি ॥৮৪॥

ধর্ম্মরাজ যমগী পুরদা থোং মরি কাংলি, মহুগী মহুংদা গরুড় নত্তোন্দা মথা থংবা থোংগী মথমদা ঐনা তাকলিবগিনি হায়বদি ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌদবশিং অদুদি যমগী মথাথংবা থোংদা লাকনি ॥৮৫॥

তত্ৰায়ং দক্ষিণদ্বারে মার্গস্তে পরিকীর্তিতঃ ॥৮৫॥
অস্মিন্ পথি মহাঘোরে ক্ষুত্তৃষাশ্রম পীড়িতাঃ।
যথা যান্তি তথা প্রোক্তং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥৮৬॥

ইতি শ্রীসারোদ্ধারে গরুড় পুরাণে যমমার্গ
নিরূপণে দ্বিতীয় অধ্যায়ঃ ॥॥

---

অসিগুম্বা ধর্ম্মরাজ যমগী মথাখংবা খোংদা লাকলিবা পাপ-চেনবলিংগী লমীলিদি মাম। অমাম খোমাংবগী থবাবা অকি-অথংবা ছিজবা লমীনি মশিমু ঐনা গরুড় নতোক্ষা বর্ণন্ তৌরে হায়রে, হৌজিক নং অমুক করি তাদিংলিবগে ॥৮৬॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরানগী প্রেতকল্পগী মরুক ওইবা যমমার্গ নিরূপণ্দা অসিগুবা অধ্যায় লোইরে ॥



# অথ তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ :—

যমমার্গমতিক্রম্য গত্বা পাপী যমালয়ে।

কীদৃশীং যাতনাং ভুংক্তে তন্মে কথয় কেশব ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ :—

আদ্যন্তং চ প্রবক্ষ্যামি শৃণুষ্ব বিনতাত্মজ।

কথ্যমানেপি নরকে ত্বং ভবিষ্যসি কম্পিতঃ ॥২॥

চত্বারিংশত্তোজনানি চতুর্যুক্তানি কাশ্যপ।

বহুভীতিপুরাদগ্রে ধর্মরাজপুরং মহৎ ॥৩॥

---

গরুড়না হায় :—

হে কেশব অচুম্বা পাপচেনবশিং অহুমা শাংলবা যমগী লম্বীদু লাম্বোক্লগা যমালয়দা থোরবা মতমদা করম করম্বা অবা-অনাবু খংবগে মহু ঐহোন্দ হায়বিয়ু ॥১॥

শ্রীভগবাননা হায় :—

হে বিনতাগী মচানুপা গরুড় হৌজিক ঐনা নরকী অবাবু হৌবদগী লোইবা কাওব হায়বগে তাও তোইঙ্গুবস্তুং নরক হায়বসি য়ায়া অকিবগী মশকনি অদুনা মহুবু হায়বা তারগা নংসু কিবনা লিঙ্গনি ॥২॥

হে গরুড় " বহুভীতি " কোবা নগরদগী চৎলগা ধর্মরাজগী চাওরবা নগর লৈ, নগর অসি মরাকময়ুংদা যোজন নিফুমরি চাওই ॥৩॥

হাহাকার সমাযুক্তং দৃষ্ট্বা ক্রন্দন্তি পাতকী
তৎক্রন্দিতং সমাকর্ণ্য যমস্য পুর চারিণঃ ॥৪॥

গত্বা চ তত্র তে সর্ব্বে প্রতীহারং বদন্তি হি।
ধর্ম্মরাজ প্রতীহারস্তত্র তিষ্ঠতি সর্ব্বদা ॥৫॥

স গত্বা চিত্রগুপ্তায় ক্রতে তস্য শুভাশুভম্।
ততস্তং চিত্রগুপ্তোপি ধর্ম্মরাজং ন্যবেদয়ৎ ॥৬॥

নাস্তিকা যে নারাস্তাক্ষ্য মহাপাপরতাঃ সদা।
তাংশ্চসর্ব্বান্ যথাযোগ্যং সর্ব্ব জানাতি ধর্ম্মরাজ ॥৭॥

---

ধর্ম্মরাজ যমগী পুর অদুদা পাপীশিংনা কপ-লাওবগী খোজেলনা নিল্লিবহ্র তারগা অমদি উরগা পাপ্ খেল্লবা প্রেত অদুনা কিবনা লা:ও-খোংই কপই, মখোইগী কপ-লাওল্লিবহ্র তারগা যমগী নৈবাক্তা কোইচৎ চৎলিবা ॥৪॥

যমগী দুতশিং অদুনা খোংঙাল্লিবশিংদা হায়, কল্লিদগীনো হায়রবদা ধর্ম্মরাজগী খোংঙাকপশিং অদুদি মতম পুম্নমক্তা মাগী মাগী মকম থাদোক্তনা লৈ ॥৫॥

অদুদগী খোংঙাকপশিং অদুনা চিত্রগুপ্তগী নাক্তা চত্তুনা হায়, চিত্রগুপ্তনা মখোইগী অক-কত্ত কর্ম্ম পুম্নমক যমরাজদা অমুক হন্দংলি ॥৬॥

হে গরুড় অদুগুম্বা ঈশ্বরবু থাজদবা নাস্তিক ওইবা মীশক ১মুং মতম পুম্নমক্তা পাপকী থবক্তা পুকনিং চংবমচিংবা পুম্নমক অদুগী মতিক চবা পুম্নমক্তু ধর্ম্মরাজনা খংই ॥৭॥

তথাপি চিত্রগুপ্তায় তেষাং পাপং স পৃচ্ছতি।
চিত্রগুপ্তোপি সর্ব্বজ্ঞঃ শ্রবণান্ পরিপৃচ্ছতি॥ ৮॥
শ্রবণা ব্রহ্মণঃ পুত্রাঃ স্বর্ভূপাতাল চারিণঃ।
দুরশ্রবণ বিজ্ঞানাদ্দূরশ্রবণ চক্ষুষঃ॥ ৯॥
তেষাং পত্ন্যস্তথাভুতাঃ শ্রবণ্যঃ পৃথগাহ্বয়াঃ।
স্ত্রীণাং বিচেষ্টিতং সর্ব্বতাশ্চ জানন্তি তত্ত্বতঃ॥ ১০॥
নরৈঃ প্রচ্ছন্ন প্রত্যক্ষং যৎপ্রোক্তং চ কৃতং চ যৎ।
সর্ব্বমাবেদয়ংত্যেব চিত্রগুপ্তায় তে চ তাঃ॥ ১১॥

---

অচুম অয়ান লক-কণ্ড পুন্নমক অহু ধর্ম্মরাজনা কম থংঙনসু চিত্রগুপ্তদা মখোই মখোইগী পাপশিং অহু হংই অমসুং পুন্নমক থংলবা চিত্রগুপ্তনসু "শ্রবণ" কৌবা ব্রহ্মাগী মচাশিংদা অমুক হংই॥ ৮॥

শ্রবণ কৌবা ব্রাহ্মণশিং অসি ব্রহ্মাগী মচাশিংনি, মখোই অসি স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল কৌবা মরোল অহুম অসি শিন্দুনবা কোইনা চৎনি, অথাপ অথাপ্পা বা পাওবু থংই ত্তাই হায়বগী মথক মখোইগী মমিং শ্রবণ কৌগ্রিবনি॥ ৯॥

মখোইশিং অসিগা চপ মান্নবা মখেইগী নুপী কয়ামু লৈ, মখোইগী মমিংসু "শ্রবণী" কৌই, হায়রবা নুপীশিং অসিসু মরোল অহুম্বশিংদা হেক তৌরিবা থবকী অচুম অয়ান পুন্নমক থংই॥ ১০॥

অহুনা মীওইবনচিংবনা জগৎ অসিদা হেক তৌরিবা থবক পুন্নমক তাংলিবা না পুন্নমক অদু মখোইনা থংবনিনা মখোইগী মমিংনা উবা মনানা ভাবনচিংবহ চিত্রগুপ্তদা হায়॥ ১১॥

চরান্তে ধর্ম্মরাজস্য মনুষ্যাণাং শুভাশুভম্।
মনোবাক্কায়জং কর্ম্ম সর্ব্বং জানন্তি তত্ত্বতঃ॥ ১২॥
এবং তেষাং শক্তিরস্তি মর্ত্ত্যাধিকারিণাম্ ততঃ।
কথয়ন্তি নৃণাং কর্ম্ম শ্রবণাঃ সত্যবাদিনঃ॥ ১৩॥
ব্রতৈর্দানৈশ্চ সত্যোক্ত্যা যস্তোষয়তি তান্নরঃ।
ভবন্তি তস্য তে সৌম্যাঃ স্বর্গমোক্ষপ্রদায়িনঃ॥ ১৪॥
পাপিনাং পাপকর্ম্মাণি জ্ঞাত্বা তে সত্যবাদিনঃ।
ধর্ম্মরাজ পুরঃ প্রোক্তা জায়ন্তে দুঃখ দায়িনঃ॥ ১৫॥

---

হায়রিবা ব্রহ্মাগী মচা শ্রবণশিং অসি ধর্ম্মরাজগী চুত চাক্লনি, মখোই অসিনা খ দবা উদবা লৈতে, পুকনিংনা খঙাংনা, হকচাংনা তৌরিবা মীওইবগী কর্ম্ম পুম্নমক মখোইনা খংদবা লৈতে, নিংথিনা খংই ॥ ১২ ॥

মী নাই পুম্নমকনা হেক তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমকপু খংবা তমগী শক্তি অচু মখোইদা লৈ, মরম অসিনা ওইদবা রা ঙাংত্রবা অচুম্বা ঙাংলবা শ্রবণশিং অসিনা চিত্রগুপ্তদা মীনা হেকতৌরিবা থবক পুম্নমক হায়রিবনি ॥ ১৩॥

ব্রত তৌবা, দান তৌবা, অচুম্বা ঙাংবশিং অদুবু শ্রবণশিংনা হরাওই, মুংঙাই মখোই অদুদা অপেনবা মুঙাইবা ওইদুনা স্বর্গ কাবা মোক্ষ ফংবনচিংবা থুম্ভম পী হায়বদি ব্রত দানচিংবা তৌবশিং বু স্বর্গনচিংবা থুম্ভম ফংহন্নি ॥ ১৪ ॥

পাপকি থবক তৌবশিংগীদি অচুম্বা ঙাংবা শ্রবণশিং অসিনা মা মাগী মতিকচাব অয়াবা পীবা হায়বচু ওইবনা পাপচেনব-শিংগীদি অয়াবা পীবা হায়বহ শ্রবণশিং অসিনা ওইরে ॥১৫॥

আদিত্য চন্দ্রাবনিলোহনলশ্চ দ্যৌর্ভূমিরাপো হৃদয়ং মনশ্চ।
অহশ্চ রাত্রিশ্চ উভে চ সন্ধ্যে ধর্ম্মশ্চ জানাতি নরস্য বৃত্তং ॥
১৬ ॥

ধর্ম্মরাজশ্চিত্রগুপ্তঃ শ্রবণা ভাস্করাদয়ঃ।
কায়স্থং তত্র পশ্যন্তি পাপং পুণ্য চ সর্ব্বশঃ ॥ ১৭ ॥

এবং সুনিশ্চয়ং কৃত্বা পাপিনাং পাতকে যমঃ।
আহুয়তাগ্নিজং রূপং দর্শয়ত্যপি ভীষণম্ ॥ ১৮ ॥

পাপিষ্ঠাস্তে প্রপশ্যন্তি যমরূপং ভয়ঙ্করম্।
দণ্ডহস্তং মহাকায়ং মহিষোপরি সংস্থিতম্ ॥ ১৯ ॥

---

শ্রবণশিং অসিভা নত্তনা সূর্য্য, চন্দ্র, নুংশিৎ, মৈ, আকাশ, পৃথ্বী, ঈশিং, থমোই, ঙুকনিং, অহি', নুংথিল, সন্ধ্যা অনি ধর্ম্ম কৌবা লাই মথোইশিং অসিন্সু থবাইপানবশিংনা হেক তৌরিবা, তাংলিবা পুন্নমক্পু খংই, উই, তাই॥ ১৬ ॥

মরম অসিনা ধর্ম্মরাজ যম, চিত্রগুপ্ত, সূর্য্যনচিংবা মথক্তা হায়ব্রিবা লাই তরাহুমদোই, শ্রবণশিং পুন্নমকনা জীবগী মশাদা নৈবা পাপ পুন্নমক, পুণ্য পুন্নমক উই খংই ॥ ১৭ ॥

অহুম এইনমক যমরাজনা পাপচেনবশিংবু মাগী মাগী পাপকি মত্তিকচাবা পিগদবা দণ্ডিনু কেপ্পগা, মহাক্কী মনাক্তা পাপচেনবা-শিংবু কৌশিন্নগা অকিবনা থলবা মশাগী অকিবা রূপ হায়রবদি যমগী অকিবা মশকপু উহল্লি ॥ ১৮ ॥

পাপচেনবশিং অতুনা যমগী মশক অহু উরগা ম ঙ্গা কি, খুত্তা দণ্ড পায়, হকচাং অহ য়াম্না চাওশাংই, ইরোই থরোবী তোংই ॥ ১৯ ॥

প্রলয়াম্বুদনির্ঘোষং কজ্জলা চ লসন্নিভম্ ।
বিদ্যুৎ প্রভায়ুধৈর্ভীমৈঃ দ্বাত্রিংশদ্ভুজ সংযুতম্ ॥ ২০ ॥
যোজনত্রয়বিস্তারং বাপীতুল্যবিলোচনম্ ।
দংষ্ট্রাকরালবদনং রক্তাক্ষং দীর্ঘনাসিকম্ ॥ ২১ ॥
মৃত্যুজ্বরাদিভির্যুক্তশ্চিত্রগুপ্তোপি ভীষণঃ ।
সর্ব্বে দূতাশ্চ গর্জ্জন্তি যমতুল্যাস্তদন্তিকে ॥ ২২ ॥
তং দৃষ্ট্বা ভয়ভীতস্তু হাহেতি বদতে খলঃ ।
অদত্তদানঃ পাপাত্মা কম্পতে ক্রন্দতে পুনঃ ॥ ২৩ ॥

---

প্রলয়গী মতমদা নোংবা থাক-লাওবা নুংবগুম ওংই, মিত্তা হাপনবা মুরবা কাজলগী মচাগুম মুরবা কুচুনি ; নোংথাংগুম লংলবা খুজু খুৎলাই পায়রবা অকিবগী মশক যংলবা পাযোম কুস্থানিথে ই পানি ॥ ২০ ॥

ধর্ম্মরাজগী চাওরবা হকচাংদু যোজন অহুম বাংচাওই, মিৎনা অতাও অকৈমা মেংবগুবা মিৎয়েংনা, মেংবা অকিবা-কাপলবা মায়থোংনি, মিৎ তাংলং ওংই মাতোমা চাওখাংলব মওংনি ॥২১॥

মতো অসিগুবা অকিবগী মশক যংলবা চিত্রগুপ্তনি, মৃত্যু কৌবা লাই ( অশিবা ) জ্বর কৌবা লাই ( অনা-অয়েক ) হায়বদি অশিবা অনাবা পীরিবা লাইশিংনা মনাক্তা ইকোই কোইশিন্না লৈরিবনি, যমরাজগা চপ মান্নবা মথোই পুম্নমক লাও-খোঙলি ওংলি ॥ ২২ ॥

দান তৌদ্রবা, অকবা কর্ম্ম তৌদ্রবা মীশক পাপচেনবদুদি অদুগুম্বা যমরাজ অমদি চিত্রগুপ্তবু উরগা য়াম্না ওকিবা ওই, কিবনা মশাদু থক থক নিকই অমসুং কপ লাওই ॥ ২৩ ॥

ততো বদন্তি তান্ সর্বান্ ক্রন্দমানাংশ্চ পাপিনঃ।
শোচন্তঃ স্বানি কর্ম্মাণি চিত্রগুপ্তো যমাজ্ঞয়া॥ ২৪॥
ভো ভো পাপা দুরাচারা অহঙ্কার প্রদূষিতাঃ।
কিমর্থমর্জিতং পাপং যুষ্মাভিরবিবেকিভিঃ॥ ২৫॥
কাম ক্রোধাদ্যদ্ভূৎপন্নং সঙ্গমেন চ পাপিনাম্।
তৎ পাপং দুঃখদং মূঢ়াঃ কিমর্থং চরিতং জনাঃ॥ ২৬॥
কৃতবন্তঃ পুরা যূয়ং পাপান্যত্যন্তহর্ষিতাঃ।
তথৈব যাতনা ভোগ্যাঃ কিমিদানীং পরাঙ্মুখাঃ॥ ২৭॥
কৃতবন্তঃ পুরা যূয়ং পাপান্যদুঃখস্য কারণং বয়ং জনাঃ॥২৮॥

---

অদুম্না কপ্লিবা পাপচেনবা, মশা মশানা তৌজখিবা কন্থবা কর্ম্মবু নিংশিংলিবা অদুগুম্বা পাপচেনবশিংদা যমগী মাথংদগী চিত্রগুপ্তনা হায়রকই॥ ২৪॥

হে পাপচেনবা, লমচৎ কন্থব', তৌরোইদ্রবদ্বা তৌবা, মাপল চাওবশা, নখোইনা অক-কত ব থল ইখন থদ্বদনা কন্থবা থবক্তা তৌদুনা করি মরমদগী পাপকি মপেবু ফুংশিন্নুরিবা॥২৫॥

হে অপংবশা! অপাম্বা এমদ্রুং অশাওবদগী ওইবা, অমদি পাপচেনবশিংগা তিন্নরুবদগী ওইবা, অন্বাবগী মশক ওইবা "পাপ" হায়বশিদু নখোইনা করম্না তৌরুরিবনো? ॥ ২৬॥

নখোইনা মাম' হরাওবা দুথাইদবগা লোইনম্না পাপ তৌরিবা অদুগুমদনা হৌজিক্তি মদুগী মহে ওইনা, মদুনা পীবা অন্নাবা কংগদবনি, মাসদা করিগী নমাই লৈখোক্লগে॥ ২৭॥

নখোইনা তৌজখিবা পাপশিং অদুনা নখোইদু অন্নাবা ফংহনবগনি. হায়বদি ঐখোইনা নখোইদু অন্নাবা পীবা নত্তে নশানা তৌখিবা পাপ অদুনা নশাদা অন্নাবা পীংগনি॥ ২৮॥

মূর্খেপি পণ্ডিতে বাপি দরিদ্রে বা শ্রিয়ান্বিতে।
সবলে নির্ব্বলে বাপি সমবর্ত্তি যমঃ স্মৃতঃ॥ ২৯॥
চিত্রগুপ্তস্যেতি বাক্যং শ্রুত্বা তে পাপিনঃ সদা।
শোচন্তঃ স্বানি কর্ম্মাণি তূষ্ণীং তিষ্ঠন্তি নিশ্চলাঃ॥ ৩০॥
ধর্ম্মরাজোপি তান্ দৃষ্ট্বা চৌরবন্নিশ্চলান্ স্থিতান্।
আজ্ঞাপয়তি পাপানাং শাস্তিং চৈব যথোচিতাম্॥ ৩১॥
ততস্তে নির্দয়া দূতাস্তাড়য়িত্বা বদন্তি চ।
গচ্ছ পাপিন্ মহাঘোরান্নরকানতিভীষণান্॥ ৩২॥
যমাজ্ঞাকারিণো দূতাঃ প্রচণ্ড চণ্ডকাদয়ঃ।
একপাশেন তান্বদ্ধা নয়ন্তি নরকান্ প্রতি॥ ৩৩॥

---

ধর্ম্মরাজ যমদ্‌, মূর্খ ওইশহ্‌, পণ্ডিত ওইশহ্‌, দাইরশহ্‌, ইনাবধুনশহ্‌, পাজল কমশহ্‌, শোনশহ্‌ চপমান্না যেংলিমদি ॥ ২৯॥

চিত্রগুপ্তী অনিগুম্বা রাইেসি ত বদা, পাপীশিংহুনা তুমিন তুমিন্না মা-মানা তৌখিবা কগুবা কর্ম্মাশিং অজু মিংশিংহুনা থন্দুনা চপ লেপতুনা নৈখি॥ ৩০॥

ধর্ম্মরাজস্ত হয়ানবগুম চপ লেপ্তুনা নৈন্নিবা পাপচেমবশিং অজুম্ মাশী মাশী পাপ'ক মতুংইয়া দণ্ড পীনবনীদমক অচুগুবা হুতশিং অহুদা য়াথং পী॥ ৩১॥

মতম অজুদা যীপুংশি থংত্রবা যমদুত অজুমা টৈ-টৈহুমা পাপ চেনবশিং অহুদা হায়, হে পাপচেমবা হৌখিজ মংমা মংমা তৌজখিবনী মতুংইয়া অকিবনী মথক বংলবা মরকতা হেহুনা।॥৩২॥

অমুয়া হ'মরহুনা ব-নী দূত প্রচণ্ড কোবা চণ্ডক কোবা হুতশিংমা, যমরাজনী য়াথং মতুংইয়া শুঙনথোমীমা পুরুহুমা পাপীশিংহু মরকতা পুই॥৩৩॥

তত্র বৃক্ষো মহানেকো জ্বলদগ্নি সমপ্রভঃ।
পঞ্চযোজন বিস্তীর্ণ একযোজনমুচ্ছ্রিতঃ ॥ ৩৪ ॥
তদ্ বৃক্ষে শৃঙ্খলৈর্ব্বধ্বাঽধোমুখাস্তাড়য়ন্তিতে।
রুদন্তি জ্বলিতাস্তত্র তেষাং ত্রাতা ন বিদ্যতে॥ ৩৫ ॥
তস্মিন্নেবৈশাল্মলীবৃক্ষে লম্বন্তেঽনেক পাপিনঃ।
ক্ষুৎপিপাসা পরিশ্রান্তা যমদূতৈশ্চ তাড়িতাঃ॥ ৩৬ ॥
ক্ষমধ্বং ভোপরাধং মে কৃতাঞ্জলিপুটা ইতি।
বিজ্ঞাপয়ন্তি তান্দূতান্ পাপিষ্ঠাস্তে নিরংশ্রয়াঃ ॥ ৩৭ ॥

---

মফম অদুদা চাওরবা উপাম্বী অমা লৈই মচু অচাকপা মৈগা মান্নৈ, যোজন মঙা পাক চাওবা শাঙ্গোকই যোজন অমা বাংই ॥৩৪॥

উ অদুদা পাপীশিংবু যোংহ্নিংনা পুন্সুনা মথক মথা ওননা য়াক্লগা হায়বদি মখোংবু মথক মকোক্কা মখাথংবা হাক্লগা যৈ-চৈদুনা লাকৃয়ি, অদুগা উ অদুগী মৈশাবা চাকতুনা অরাবা কাংলিবা অদুদগী কনবীনবা কনাম্মু লৈত্তে ॥৩৫॥

অদুগুম্ব শাল্মগী (চৌংমু) পাম্বী অদুদা পুন্সুনা লৈরিবা অদুকরাম্বা পাপচেনবশিং অদু অরাম থোয়াংবনমু থোইদোক্না বাংবগা য চুক্লশিং অদুনমু অমুকা কু চৈদুনা লাকৃয়ি ॥৩৬॥

মতম অদুদা চংজকম লৈত্রবা পাপচেনবশিং অদুনা মখুৎ লোমদুনা যমদুতশিংদা হায়জরি, হে যমদুতশা ঐখোয়গী অপরাধ অদু ডাকপীয়ু ঐখোই অমুকহন্না পাপ তৌজরোই ॥৩৭॥

পুনঃ পুনশ্চ তৈস্তৈর্হন্যন্তে লোহযষ্টিভিঃ।
মুদ্গরৈস্তোমরৈঃ কুন্তৈর্গদাভির্মুশলৈর্ভৃশম্ ॥ ৩৮ ॥
তাড়নাশ্চৈব নিশ্চেষ্টা মূর্চ্ছিতাশ্চ ভবন্তি তে।
তথা নিশ্চেষ্টিতান্ দৃষ্ট্বা কিঙ্করাস্তে বদন্তি হি ॥ ৩৯ ॥
ভো ভো পাপাঃ দুরাচারাঃ কিমর্থম্ দুষ্টচেষ্টিতম্।
সুলভানি ন দত্তানি জলান্যন্নান্যপি ক্বচিৎ ॥ ৪০ ॥
গ্রাসার্দ্ধমপি নো দত্তং ন শ্ববায়সয়োর্ব্বলিম্।
নমস্কৃতা নাতিথয়ো ন কৃতং পিতৃতর্পণম্ ॥ ৪১ ॥

---

যমদূতশিংনা মখোয়না হায়রৈ হায়বদুমতাই দূতশিংনদি মখোয়দা য়োংকী চৈনা, মুদগর কৌবা পুংলাইনা তোমর কৌবা কুন্ত কৌবা পুংলাইনা গদানা, মুসল কৌবা পুংলাইনা হনা হনা য়েথি ॥ ৩৮ ॥

অদুম্না মুবদগী—পাপীশিংঅসু নিংশিংবা লৈতনা য়াম্বি, অদুম্না থংমুরিবশিং অসু য়েংলদুনা যমদূতশিংনা মখোয়দা হায়রি ॥৩৯॥

হে পাপচেনবশা হে ফত্তবা তৌবশা মখোয়না অদুম্বা ফত্তবা থবকপু করিগী তৌরিবনো, মখোয়না করিগুম্বদসু চাক, ঈশিংনচিংবগী দানদি কনাদসু তৌখিদেদো, হায়রিবা বাস অসিদি থোইদোক্না কমগুম্বা দাম্রি ॥ ৪০ ॥

মখোইনদি, চাক চখোম অমা কাওবা কনাগুম্বা দান্ তৌখিদে, কাক হুইনচিংবগী বলি (পিণ্ড-পীথক) সু তৌখিদে করিগুম্বদসু অতিথিশিংদা পিন্ড-পিথক তৌখিবসু-লৈতে অমসুং পিতৃলোকতগী পেম্বা তর্পণচিংবসু তৌখিদে ॥ ৪১ ॥

যমস্ত চিত্রগুপ্তস্ত ন কৃতং ধ্যানমুত্তমম্।
ন জপ্তশ্চ তং যমন্ত্রো ন ভবেত্তে ন যাতনা॥ ৪২॥
নাপি কিঞ্চিৎ কৃতং তীর্থং পূজিতা নৈব দেবতাঃ।
গৃহাশ্রমস্থিতেনাপি হন্তকারোপি নোদ্ধৃতঃ॥ ৪৩॥
শুশ্রূষিতাশ্চ নো সন্তো ভুঙ্ক্ষ পাপফলং স্বকম্।
যতস্ত্বং ধর্ম্মহীনোসি ততঃ সন্তাড়্যতে ভৃশম্॥ ৪৪॥
ক্ষমাপরাধং কুরুতে ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ।
বয়ং তু সাপরাধানাং দণ্ডদাহি তদাজ্ঞয়া॥ ৪৫॥
এবমুক্ত্বা চ তে দূতা নির্দ্দয়ং তাড়য়ন্তি তান্।
জ্বলদঙ্গার সদৃশাঃ পতিতাস্তাড়নাদধঃ॥ ৪৬॥

---

করিগুম্বদম্ব যমরাজ অমদি চিত্রগুপ্তপী পেমবা ধ্যানচিংবম্ব তৌদে যমরাজ অমদি চিত্রগুপ্তগী নামবু জপ তৌদুনা ওসি নখোইনা কংলিবা অবাবসিদগী কোম্বনম্ব তৌখিদে। অদুম তৌজগম্বখদি অহ্ৱবশিদগী কোকচগদবনিদো॥ ৪২॥

করিগুম্বদম্ব তীর্থস্নানচিংবম্ব তৌখিদে, দেংতা অমত্তবুম্ব পূজা তৌদে অমস্নং গৃহস্থাশ্রম (য়ুম পানবগী আশ্রম) দা লৈদুনম্ব জীবশিংদা বলি (পীজ-পিথক) তৌখিদে॥ ৪৩॥

নংমদি অকবা মীশক সাধুশিংগী পূজাস্ব তৌদেদো মসুম অসিদগী নংনা তৌজখবা পাপকী ফল নংনা চাজবনি, ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌত্রবা নংনি অদুনা নংবুদি ঐখোইনা য়ৈ চৈগনি॥৪৪॥

পুরমক্তী মবুদোত্তা শ্রীহরি ভগবানদি অপরাধ থিবিকপু থাকশিবনি, ঐখোইদি মাগী য়াথংদগী মরাল লৈবশিংদা দণ্ড পীখত্তনি॥ ৪৫॥

অদুগা হাথনদুনা যমদূতশিংনা য়াম্না নুংশিদৈতবগুম্বা পাপীশিং

পতনাত্তস্য পত্রৈশ্চ গাত্রচ্ছেদো ভবেত্ততঃ।
তানঘঃ পতিতান্ শ্বানো ভক্ষয়ন্তি রুদন্তি তে ॥ ৪৭ ॥
রুদন্তস্তে ততো দুষ্টৈর্মুখমাপূর্য্যরেণুভিঃ।
নিবধ্যে বিবিধৈঃ পাশৈস্তাড়্যন্তে কেচিন্মুদ্গরৈঃ ॥ ৪৮ ॥
পাপিনঃ কেপি ভিদ্যন্তে ক্রকচৈঃ কাষ্ঠবৎ দ্বিধা।
ক্ষিপ্ত্বা চান্তে ধরাপৃষ্ঠে কুঠারৈঃ খণ্ডশঃ কৃতাঃ ॥ ৪৯ ॥
অর্দ্ধংখাতাহবটে কেচিৎ ভিদ্যন্তে মূর্দ্ধ্নিসায়কৈঃ।
অপরে যন্ত্রমধ্যস্থাঃ পীড্যন্তে চেক্ষুদণ্ডবৎ ॥ ৫০ ॥

---

অদুবু ফুই অমসুং মৈতাল অগাকপগুম শাৱবা, কুহাগুম লুৱবা নেমলবা মকমদ ইদ্রে ॥ ৪৬ ॥

ড়ুৱবা মতমহুদা শান্নসী ( চীংগু ) গী মনা কেকপনা মশাদা থেংবদ খাংনা য়ানবগুম ককথৎলি তুগথৎলি। মখায়োম-দগীনা হইবু চীকহল্লি মথক্তগীনা য়াহৎলি তুপথৎলিন্নুনা থোই-দোক্লা কপ লাওখ ॥ ৪৭ ॥

পপীশিংনা কপ লাওরিবা সম্না অদুদা যমদুতশিংনা উকুল ইনশিল্লি অমসুং শত্তন থৌরিনা পুনসগা। যমদুত অমনা মুদ্গর কৌবা থুৎলাইনা ফুই ॥ ৪৮ ॥

কনাগুম্বা পাপচেনবা অমবুনা যমদুতনা উগী মতৌগুম্না হোয়াইনা মতুপ অনি থোক্লা শাদোকই, অদুগা কনাগুম্বা পাপী অমবুনা লৈবাক্তা উপাক থায়গা হিপহল্লগা শিংজংনা শীং থায়বগুম মতুপ মতুপ য়ানথৎলা বকথৎলি ॥ ৪৯ ॥

কনাগুম্বা পাপচেনবুনা লৈপাক্তা ইশুবগা নকোক্তা থৈনা কক্ই, অতেম্না কনাগুম্বা পাপীবুনা চু তম্বা কোলুদা চু তম্বগুম ইনশিন্নুনা অরাবা পী ॥ ৫০ ॥

কেচিৎ প্রজ্বলমানৈস্ত সাঙ্গারৈঃ পরিতো ভৃশম্ ।
উল্মুকৈর্বেষ্টিতা চ ধ্মায়ন্তে লোহপিণ্ডবৎ ॥ ৫১ ॥
কেচিৎ ঘৃতময়ে পাকে তৈলপাকে তথাপরে
কটাহক্ষিপ্তবটবৎ প্রক্ষিপ্যন্তে যতস্ততঃ ॥ ৫২ ॥
কেচিন্মত্তগজেন্দ্রাণাং ক্ষিপ্যন্তে পুরতঃ পথি ।
বদ্ধা হস্তৌ চ পাদৌ চ ক্রিয়ন্তে কেপ্যধোমুখাঃ ॥ ৫৩ ॥
ক্ষিপ্যন্তে কেপি কূপেষু পাত্যন্তে কেপি পর্ব্বতাৎ ।
নিমগ্নাঃ কৃমিকুণ্ডেষু তুদ্যন্তে কৃমিভিঃ পরে ॥ ৫৪ ॥
বজ্রতুণ্ডৈর্মহাকাকৈগৃধ্রৈরামিষগৃধ্নুভিঃ ।
নিষ্কৃষ্যন্তে শিরোদেশে নেত্রে বক্তে চ চঞ্চুভিঃ ॥ ৫৫ ॥

---

কনাগুম্বা পাপী অমবুনা চাক্রবা তৈহোন য়াওবা শীং মৈহক্না কোইশিল্লগা য়েং মতুম মৈ ইকপগুম লাকনৈ ॥ ৫১ ॥

কনাগুম্বা পাপচেনবা অমবুনা থৌমৈথক্তা থাংদা অ' ক্লং শোনা শামবা থীদা চানবা পোৎ হৌবগুম হৌই অমসুং কনাগুম্বা পাপচেনবা অমবুনা অশাবা থাওদা যোড়া হৌবগুম্বা থাদতুনা অরাবা পী ॥ ৫১ ॥

অতোপ্পা পাপচেনবা কনাবুনা লমীদা চৎপা শামুগী মথাংদা থমগা শামুগী অচৌবা মখোংবু লেৎথাইহল্লি, অদুগা কনাগুম্বা পাপচেনবা অমবুনা মখোং মখুৎ পুনশিল্লগা মমাই লুকথল্লগা তৈপাক্কা চিং শোন্দুনা শাইরে ॥ ৫৩ ॥

কনাবুনা লুখবা কুহাদা ইরে, কনাবুনা বাংলবা চিংনগী থাদৈ, কনাবুনা তীরা থলবা কোমদা ইরে, মকম অদুদা তাম্ব-বদা থাইরে মরিদগী তীলশিংনা চীকই ॥ ৫৪ ॥

কনাগুম্বা পাপীশিংগী মমিত্তা, মকোক্তা, মমাইদা, মকোক মমাই তৈনা পানবা চাওব চংওবা কাকশিংনা অমদি মখুম

ঋণং বৈ প্রার্থয়ন্ত্যন্যে দেহি দেহি ধনং মম।
যমলোকে ময়া দৃষ্টো ধনং মে ভক্ষিতং ত্বয়া॥ ৫৬॥
এবং বিবদমানানাং পাপিনাং নরকালয়ে।
ছিত্ত্বা সন্দংশকৈর্দূতা মাংসখণ্ডান্ হরন্তি চ॥ ৫৭॥
এবং সন্তাড্য তান্ দূতাঃ সংকৃষ্য যমশাসনাৎ।
তামিস্রাদিষু ঘোরেষু ক্ষিপ্যন্তে নরকেষু চ॥ ৫৮॥
নরকা দুঃখবহুলাস্তত্র বৃক্ষ সমীপতঃ।
তেষ্বস্তি যন্মহদ্দুঃখং তদ্বাচামপ্য গোচরম্॥ ৫৯॥

---

কনাগুম্বা পাপচেনবা অমদনা অতোম্না কনাগুবা পাপচেনবা অমনা মরন ভোনখিবা থৌম্নি, ঐগী ইয়ন পীয়ু, নংবু ঐনা হৌজিক যমলোক অসিদা উরে, নংনা ঐগী ইয়ন অদু লৌখ্রগা শিংখিদবনি ॥ ৫৬॥

মতৌ অসুম্না নরক কুণ্ডদা লৈনা লৈনা খংনখিবা পাপ চেনবশিং অদুগী মশাদগী যমদূতশিংনা মশা শদোং অদু কক্ কক্না "শে নংগী নরন অদুগীদমক মসি লৌয়ো" হায়দুনা পী॥ ৫৭॥

মতৌ অসুম্না যমদূতশিংনা মশাগী শদোং ককথংশিনবা পাপী অদুনা অমুকস্থ নৈ-চৈদুনা অমসুং যমরাজগী যাথংগী মতুং ইনা তামিস্রনচিংবা অকিবা কংলবা নরকা ইথৈ॥ ৫৮॥

মকম অদুগী লেখয়ুক্কগী মনাক্তা অবাবা পীবা মখল কয়াগী নরককুণ্ড যাম্না লৈ, মকম অদুগী অবাবাদু চিন্না হায়দোক্পা ঙাওবা অবাবনি ॥ ৫৯॥

চতুরাশীতি লক্ষাণি নরকাঃ সন্তি খেচর ॥
তেষাং মধ্যে ঘোরতমা ধৌরেয়াস্ত্বেকবিংশতিঃ ॥ ৬০ ॥
তামিস্রো লোহশঙ্কুশ্চ মহারৌরবশাল্মলী।
রৌরবঃ কুড্মলঃ কালসূত্রকঃ পূতিমৃত্তিকঃ ॥ ৬১ ॥
সঙ্ঘাতো লোহিতোদশ্চ সবিষঃ সংপ্রতাপনঃ।
মহানিরয়কাকোলৌ সঞ্জীবন মহাপথৌ ॥ ৬২ ॥
অবোচিরন্ধতামিস্রঃ কুম্ভীপাকস্তথৈবচ।
সংপ্রতাপন নামৈকস্তপনস্ত্বেকবিংশতিঃ ॥ ৬৩ ॥
নানাপীড়াময়াঃ সর্ব্বে নানাভেদৈঃ প্রকল্পিতা।
নানাপাকবিপাকাশ্চ কিঙ্করৌঘৈরধিষ্ঠিতাঃ ॥ ৬৩ ॥

---

হে গরুড় অসিগুম্বা নরক কুণ্ড অসি লাখ মরিফুমরিনি তোইগুবসু্ং মহুগী মমু্ংদগী মরু ওইবা অঁকি-অকিবা নরক কুণ্ড কুম্নাখোই থক নৈ ॥ ৬০ ॥

মখোই অহুগী মথিং দি তামিস্র (১) লোহসঙ্কু (২) মহা রৌরব (৩) শাল্মলী (৪) রৌরব (৫) কুড্মল (৬) কালসুত্রক (৭) পূতিমৃত্তিক (৮) সঙ্ঘাত (৯) লোহিতোদ (১০) সবিষ (১১) সংপ্রতাপন (১২) মহানিরয় (১৩) কাকোল (১৪) সঞ্জীবন (১৫) অবীচি (১৭) অন্ধতামিস্র (১৮) কুম্ভীপাক (১৯) সংপ্রতাপন (২০) তপন (২১) কৌবা কুণ্ড কুম্নাখোই অনিনি ।৬১,৬২.৬৩॥

মখোইশিং অসি মথল মথলগী অৱাবা পীবা নরক কুণ্ড চাকনি। মশানা তৌরু তৌরুবা মথলগী, মথল মথল ওইবা অৱাবা পীবা অমদি চাদবা মাত্রবা চাগদবা কলী মশক ওইবা নরকী কুণ্ড চাকনি, মশিমকপু মমগী চুতশিংনা কোইশিন্দুনা লৈরিবা চাকনি ॥ ৬৪ ॥

এতেষু পতিতা মূঢ়াঃ পাপিষ্ঠা ধর্ম্মবর্জ্জিতাঃ।
তত্র ভুঞ্জন্তি কল্পান্তে তাস্তা নরকযাতনাঃ॥ ৬৫ ॥
যাস্তামিস্রান্ধতামিস্রা রৌরবাদ্যাশ্চ যাতনাঃ।
ভুংক্তে নরো বা নারী বা মিথঃ সঙ্গেন নির্ম্মিতা॥৬৬॥
এবং কুটুম্বং বিভ্রাণ উদরম্ভর এব চ।
বিসৃজ্যেহোভয়ং প্রেত্য ভুংক্তে তৎফলমীদৃশম্ ॥ ৬৭ ॥
একঃ প্রপদ্যতে ধ্বান্তং হিত্বেদং স্বং কলেবরম্ ॥
কুশলেতরপাথেয়ো ভুতদ্রোহেণ যৎকৃতম্ ॥ ৬৮ ॥

---

অদুগুম্বা ধর্ম নৈতবা জীবশিং অদুনা অসিগুম্বা নরক অসিদা তাই অমম্বুং নরক অসিদা কপ্প অমা চুপা অদুগুম্বা নরকী অবাবত্ত কংদুনা লৈ ॥ ৬৫ ॥

লৌন-নৈনবা মাদবা মুপা মুপীনা লৌন লৈমন্নবদি মথোই অদু তামিস্র, অন্ধতামিস্র, রৌরবনাচিংবা নরক কুণ্ডদা তাদুনা মদুগী অবাবত্ত ফংই ॥ ৬৬ ॥

মতৌ অসুম্না মা মাগী মচামচা শাগৈ-নাইত্তে অমদি মশাগী হিংনবা হোৎনবা অতোপ্পা জীবগী য়েংদবা জীব অদুম্ব মথৈদা শাগৈ-নাইত্তে মতু-মচা অমদি মশাগী হকচাংবু থাদোক্লগা শিরবা তুংদা অসিগুম্বা অবাবা ফংই ॥ ৬৭ ॥

অসিগুম্বা জীবমু মংশিনবা জীবমু হন্না য়েংদবা পাপীনা শিরবা তুংদা মতোমতা, জীবশিংমু য়েরবা ওইবগী কত্তবা কর্ম্ম অদুগী মথৈ অদুনা অকিবগী মমক ওইরবা নরকতা তাই ॥৬৮॥

নৈবেনাসাদিতং তস্য শম্বলং নিরয়ে পুমান্ ।
ভুংক্তে কুটুম্বপোষস্য হৃতদ্রব্যইবাতুরঃ ॥ ৬৯ ॥

কেবলেন হ্যধর্মেণ কুটুম্বভরণোৎসুকঃ ।
যাতি জীবোহন্ধতামিস্রং চরমং তমসঃ পদম্ ॥ ৭০ ॥

অধস্তান্নরলোকস্য যাবতীর্যাতনাদয়ঃ ।
ক্রমশঃ সমনুক্রম্য পুনরত্রা ব্রজেচ্ছুচিঃ ॥ ৭১ ॥

ইতি শ্রীগরুড়পুরাণে সারোদ্ধারে ভগবদ্গরুড় সংবাদে
তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥

---

অহুগুবা অতোপ্পনি য়েংদবা মশাতপী য়েংবা জীবনা লোং-দবনা পীবা নরকী মশক ওইবা মহৈ চায়, মতুদি মীগী মরম হুরাগ্লুবা জীবনা কংবা অরাবা অহুওয়া যাম্ন কংই ॥ ৬৯ ॥

মওবা ধর্ম তৌদনা মতু-মচা থাকপা জীবনা খ্বাইদগী হেন্না ভয়বিবা অন্ধতামিস্র কৌবা নরক্তা তাই ॥ ৭০ ॥

হে গরুড়! মতৌ অনুপ্পা মথাদা অমুককী মতিক ওইবা নরকী অরাবশিং অসি কংলবা মতুংদা নপাপ অহু পেংলকই কোলকই, অদুগীতুংদা অমুক হন্না মীওইবগী হকচাংদু কংই।
॥ ৭১ ॥

মতাং অসিদা ভগবানগী গরুড়গা ঙাংনবা গরুড় পুরাণগী অহুমগুবা অধ্যায় লোইরে।

# অথ চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ—

কৈর্গচ্ছন্তি মহামার্গে বৈতরণ্যাং পতন্তি কৈঃ।
কৈঃ পাপৈর্নরকং যান্তি তন্মে কথয় কেশব॥ ১॥

শ্রীভগবানুবাচ—

সদৈবাঽকর্ম্মনিরতাঃ শুভকর্ম্মপরাঙ্মুখাঃ।
নরকান্নরকং যান্তি দুঃখাদ্দুঃখং ভয়াদ্ভয়ম্॥ ২॥
ধর্ম্মরাজপুরে যান্তি ত্রিভির্দ্বারৈস্তু ধার্ম্মিকাঃ।
পাপাস্তু দক্ষিণদ্বার মার্গেণৈব ব্রজন্তি তৎ॥ ৩॥

---

গরুড়না হায়ঃ—

হে কেশব যমগী মহামার্গ কৌবা লম্বীদা চৎলিবা মীশক অদুনা করম্বা পাপ তৌখিবনো অমসুং করম্বা পাপ তৌবা মীবনা বৈতরণী তুরেল্লা তারিবনো, অদুগা কনা কনানা করি করি পাপ তৌরুবদগী নরকতা তারিবনো। অদুত্তবা পাপকী লম্বীশিং অদু তাকপিয়ু॥ ১॥

শ্রীভগবাননা হায়ঃ—

হে গরুড় মতমলৈবা বিবিক্তা কত্তবা কর্ম্মদা মথাই তম-শিনবা, অকবা কর্ম্মদ। মথাই ওন্থোকপা মীশিংদুনা নরক অমদগী নরক অমদা যুথং মথং অবাবগী মথক্তা অব.বা, অকিবগী মথক্তা অকিবা কংই॥ ২॥

ধর্ম্ম লৈবা মীনা ধর্ম্মরাজগী কোন্নুংগী মাইকৈ অহুম হায়বদি নোংপোক অথাং নোংচুপ থোংদা চংই, অদুগা পাপ-চেনবা মীনা যমালয়গী মথা থোংদা চংই॥ ৩॥

অগ্নিরেব মহাদুঃখে মার্গে বৈতরণী নদী।
তত্র যে পাপিনো যান্তি তানহং কথয়ামি তে ॥ ৪ ॥

ব্রহ্মঘ্নাশ্চ সুরাপাশ্চ গোঘ্না বা বালঘাতকাঃ।
স্ত্রীঘাতী গর্ভপাতী চ যে চ প্রচ্ছন্ন পাপিনঃ ॥ ৫ ॥

যে হরন্তি গুরোর্দ্রব্যং দেবদ্রব্যং দ্বিজস্য বা।
স্ত্রীদ্রব্যহারিণো যে চ বালদ্রব্যহরাশ্চ যে ॥ ৬ ॥

যে ঋণং ন প্রযচ্ছন্তি যে বৈ ন্যাসাপহারকাঃ।
বিশ্বাসঘাতকা যে চ সবিষান্নেন মারকাঃ ॥ ৭ ॥

---

অসিগুম্বা মথাখোংদা লাকলিবা পাপীশিং অসিনা বৈতরণী তুরেলগী অৱাবা ফংই, অসিগুম্বা বৈতরণী তুরেলগী অৱাবা ফংলিবশিং অদুগী মা হায়রগে তাও ॥ ৪ ॥

অদুগুম্বা মীশক্না ব্রাহ্মণ হাৎপা, যুনচিংবা নিশা শিজিন্নবা শল হাৎপা, অঙাং হাৎপা, নুপী হাৎপা, অঙাং হৈথবা ( গর্ভ-পাত ) অমম্লুং অরোনবা পাপ তৌবা মীশকশিং অমনি ॥ ৫ ॥

গুরুগী মরল হুরানবা, লাইগী মরল হুরানবা, ব্রাহ্মণগী মরল হুরানবা, নুপীগী মরল হুরানবা, অঙাংগী মরল হুরাদ্বিবা মীশকশিং এসিনি ॥ ৬ ॥

মখোয় অহনা মীগী মরল পুরকপা শিংদবা, মীগী মপোৎ মচৈ মাংহনবা, মী অমগা লেপ্পুবা ৱাফম করিম্লু লৈতনা থনবা হায়বদি বিশ্বাস ঘাট তৌবা ( থাজব থদবা ), চিঙাকা হুনচিংবা চাবা মাদবা পোৎ হ.পচিন্নুনা অতোপ্পবু মথবাই মাংহনবশিং অসিনা যমগী মথাখংবা খোংদা লাকই, অমম্লুং বৈতরণীগী অৱাবা ফংই ॥ ৭ ॥

দোষগ্রাহী গুণাশ্লাঘী গুণবস্তু চ মৎসরাঃ।
নীচানুরাগিণো মূঢ়াঃ সৎসঙ্গতি পরাঙ্মুখাঃ ॥ ৮ ॥
তীর্থসজ্জন সৎকর্ম্মগুরুদেবাগ্নিনিন্দকাঃ।
পুরাণ বেদমীমাংসান্যায়বেদান্তদূষকাঃ ॥ ৯ ॥
হর্ষিতা দুঃখিতং দৃষ্ট্বা হর্ষিতে দুঃখদায়কঃ।
দুষ্টবাক্যস্তু বক্তারো দুষ্টচিত্তাশ্চ যে সদা ॥ ১০ ॥
ন শৃণ্বন্তি হিতং বাক্যং শাস্ত্রবার্ত্তা কদাপি ন।
আত্মসম্ভাবিতাঃ স্তব্ধা মূঢ়াঃ পণ্ডিতমানিনঃ ॥ ১১ ॥

---

কনাগুম্বগী অকায়বতা যেংবা, মরানতা মখিবা, মীগী অকবা মগুণ চেনববুদি থাগত্তবা, মীগী চাওখৎপা মুত্তাইবা উরগা কল্লকপা, হন্থবা মীতপা সদ ভোবা ( তিন্নবা ) অকবা মীশক ধর্ম্ম কর্ম্মদা পুকনিং চংবা মীশকদি তিন্নদবা, অদিগুম্বা পংলবা মীশকনা বৈতরণী তুরেলদা তাদুনা মহুপী অরাবা কংই ॥ ৮ ॥

অদুগুম্বা মীশক অচুনা তীর্থবু, লাই-তিন নিংবা অকবা সাধুশিংবু, ধর্ম্ম কর্ম্মগী ওইব খবকপু, গুরুবু লাইবু নিন্দা ভোবা অমম্বুং শাস্ত্রবু, পুরাণবু, মীমাংসাবু, বেদান্তনচিংবা শাস্ত্রবু মাদবা থাজদবা নিন্দা ভোবা মীশকনা অদুগুম্বা যমগী মথাখংবা থোংদা লাকই অমম্বুং বৈতরণীগী অরাবা কংই ॥ ৯ ॥

কনাগুম্বগী অব অনা উরগা মুত্তাইবা পেনবা অমম্বুং মীগী মুত্তাইববু উরগা কল্লকতুনা অরাবা পীনবা হোৎনবা, মতম লৈবা খিবিক্তা কত্তবা রাভাংত মত্তাংবা, মাগী মপুম্নিং অদুনা কত্তবতা মনিংবা অসিগুম্বা মীশক্কা বৈতরণীগী অরাবা কংই।
॥ ১০ ॥

থেদ শাস্ত্রগী বা, কান্নবা রাদি লৌদবা তাদবা, মশাতবু অচৌবনি অকবনি খন্নুনা চাওখোকপা, অসিগুম্বা য়াম্না লাপন

এতে চান্যে চ বহবঃ পাপিষ্ঠা ধর্ম্মবর্জ্জিতাঃ ।
গচ্ছন্তি যমমার্গং হি রোদমানা দিবানিশম্ ॥ ১২ ॥
যমদূতৈস্তাড্যমানা যান্তি বৈতরণীং প্রতি ।
তস্যাং পতন্তি যে পাপাস্তানহং কথয়ামি তে ॥ ১৩ ॥
মাতরং যেঽবমন্যন্তে পিতরং গুরুমেব চ ।
আচার্য্যং চাপি পূজ্যং চ তস্যাং মজ্জন্তিতে নরাঃ ॥ ১৪ ॥
পতিব্রতাং সাধুশীলাং কুলীনাং বিনয়ান্বিতাম্ ।
স্ত্রিয়ং ত্যজন্তি যে দ্বেষাৎ বৈতরণ্যাং পতন্তি তে ॥ ১৫ ॥

---

তৌবা, অমদি অথংবা ঐনি অশিংবা ঐনি খরিবা মীশকনা বৈতরণীদা তাই । ১১ ॥

হে গরুড় ঐনা নতোন্দা হায়রিবা মীশক পুম্নমক হায়বদি পাপচেনবা, ধর্ম্মদা মাই ওন্থোকপা পুম্নমকনা যমগী লম্বীদা অহিং মুংখিল চুপ্পা কপ-লাওদুনা চৎলি ॥ ১২ ॥

অসিগুম্বা পাপচেনবা জীবশিংবু যমগী দূতশিংনা হৈ-হৈদুনা পুথগা মতদুনা বৈতরণীগী অরাংবু থংহল্লি, অদুগুম্বাশিং কদুবু ঐনা নতোন্দা হায়গে নং তাও ॥ ১৩ ॥

অদুগুম্বা পাপচেনবা মীশক অহনা যমা মপা অমম্নুং গুরু পূজা তৌবদা মতিক চাবা মীশকশিংবু থোওইদবশিংনা বৈতরণী তুরেল্দা তাই ॥ ১৪ ॥

অদুগুম্বা নুপানা পতিব্রতা ওইবী হায়বদি মপুরোইবা নিংবী, পুকচেল কনবী, শাগৈ জাৎ অকবদা পোকপী, নোংলুকপগা লোইনবী নুপীবু য়েক্কবগী মাবু থাদোকপীরবা পাপী অদু বৈতরণী তুরেলদা শোয়দনা তাই ॥ ১৫ ॥

সৎপুরুষগুণেষ্বেবে দোষানারোপয়ন্তি যে।
নিন্দন্তি তান্ সদা দ্বেষাৎ বৈতরণ্যাং পতন্তি তে॥১৬॥
ব্রাহ্মণায়প্রতিশ্রুত্য যথার্থ ন দদাতি যঃ।
আহুয়নাস্তিয়ো ক্রয়াত্তয়োর্ব্বাসশ্চ সন্ততম্ ॥ ১৭ ॥
স্বয়ং দত্তাপহর্ত্তা চ দানং দত্বানুতাপকঃ।
পরবৃত্তিহরশ্চৈব দানে দত্তে নিবারকঃ ॥ ১৮ ॥
যজ্ঞবিধ্বংসকশ্চৈব কথাভঙ্গ করশ্চ যঃ।
ক্ষেত্রসীমাহরশ্চৈব যশ্চ গোচরকর্ষকঃ॥ ১৯ ॥

---

অথোইবা মুপাগী মতীক মগুণ, তৌবা গুবা মতিকপু উরগা কমক্ত্না য়েক্করিবা অমদি মথক্তা ওইদবা প্রচার তৌদ্বনা দোষ পীনবা হোৎনরিবা, মতম পুম্বমক্তা মাবু [ অথোইবা নিপাবু ] নিন্দা তৌরিবা মীশক অদো শোয়দনা বৈতরণীদা তাই ॥১৬॥

ব্রাহ্মণদা দান তোপনি হায়না বাশক্রপা, তৌপদৌরিবা দান অদুদি ইপি পীথোক্তবা, ব্রাহ্মণবু দান তৌগনি হায়না কোরগা কৌজিক্তি মদু কৈত্রে লোইথয়ে হায়না দানশী পোৎশক অদু পীত্রবা মহাক অদু শোয়দনা বৈতরণী তুরেলদা তাই ॥ ১৭ ॥

মশা'মা মশ বু দান তৌথোকলগা মদুবু হৌনবীগী মতুং-ইমা তৌদুনা মংবু থাদোকপা, দান তৌপ্রবা মতুংদা কোরা অমুক পাম্মুবকপা, অতোপ্পা মীগী মপূক ককপা, অমসুং কনা-গুবনা দান তৌববু মানা থিংবা অদুগুবা মীশকশিং অদু বৈতরণী তুরেলদা তাদুনা অয়াবা ফংই ॥ ১৮ ॥

যজ্ঞ মাংহনবা হায়বদি মশানদু যজ্ঞ তৌদবা মীবুদু তৌহনদবা, অকবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী বাবু নমথবা. লম কয়াথবা, শঙ্গাবুংগী

ব্রাহ্মণো রসবিক্রেতা যদি স্যাদ্বৃষলীপতিঃ।
বেদোক্তযজ্ঞাদন্যত্রং স্বার্থে পশুমারকঃ॥ ২০ ॥
ব্রহ্মকর্ম্ম পরিভ্রষ্টো মাংসভোক্তা চ মদ্যপঃ।
উচ্ছৃঙ্খল স্বভাবো যঃ শাস্ত্রাধ্যয়ন বর্জ্জিতঃ॥ ২১ ॥
বেদাক্ষরং পঠেচ্ছূদ্রঃ কপিলং যঃ পয়ঃ পিবেৎ।
ধারয়েৎ ব্রহ্মসূত্রং চ ভবেদ্বা ব্রাহ্মণোপতিঃ॥ ২২॥

---

লম্বু খোপর্ম স্নুগা পৌ উশিনবা মীশকশিং অদু বৈতরণী তুরেন্দা তাহনা মহুশী অরাবা কংই ॥ ১৯ ॥

কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ জাতিদা পোকপা মীশকনা রসশী পোৎশক হায়বদি ঘী, থাও, চিনি অচাংবা, শক্তোমনচিংবসি য়োন্নবা, ব্রাহ্মণনা শূদ্রনিঙোল লোবা, অমম্বং শূদ্র নিঙোলগা তিন্নবা (সংগম তৌবা), বেদনা তাকলিবা যজ্ঞনচিংবদু খৌওইদবা, মচিঞাক্তীদমক্তা শান্টচেক হাৎতুনা চাবা মীশক অদু বৈতরণীদা তাই ॥ ২০ ॥

ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লগা ব্রাহ্মণগী মথৌ সন্ধ্যা তর্পনচিংবা কর্ম্ম তৌত্রবা, শান্তা চাবা যুনচবা ময়াইকাবা চিঞাক চাথকপা, লমহেন-তুহেনবা, শাস্ত্র তমদবা মহাক অদো বৈতরণীদা তাই ॥ ২১ ॥

শূদ্র ওইনা পোক্লগা বেদ তম্বা পাবা, শল য়োংমানবীগী শঙোব থক্লবা, নোঙুণ থাংলবা, ব্রাহ্মণী লৌরবা মত্রগা ব্রাহ্মণীগা তিন্নবা (সংভোগ তৌরবা) শূদ্র অদু বৈতরণীদা তাই ॥ ২২ ॥

রাজভার্য্যাভিলাষী চ পরদারাপহারকঃ।
কন্যায়াং কামুকশ্চৈব সতীনাং দূষকশ্চ যঃ॥ ২৩॥
এতে চান্যে চ বহবো নিষিদ্ধাচরণোৎসুকাঃ।
বিহিত ত্যাগিনো মূঢ়াঃ বৈতরণ্যাং পতন্তি তে॥ ২৪॥
সর্ব্ব মার্গমতিক্রম্য যান্তি পাপা যমালয়ে।
পুনর্যমাজ্ঞয়াঽগত্য দূতাস্তস্যাং ক্ষিপন্তি তান্॥ ২৫॥
যা বৈ ধুরন্ধরা সর্ব্বঘোরেয়াণাং খগাধিপা।
অতস্তস্যাং প্রক্ষিপন্তি বৈতরণ্যাং চ পাপিনঃ॥ ২৬॥

---

লৈখোগী লম্বদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংনিংবা, অতোপ্পা মীগী মূপীদা মিৎয়েং নত্তবা য়ব, নুংহোংত্রিবী মপী নৈশাবীদা মিৎয়েং নত্তবা য়েংহনবা ধর্ম্ম কায়হনবা, মপুরোইবা নিংবী মপুরোইবা নৈবী মূপীগী সতীধর্ম্ম থুগাইরিবা মীশক অদুদা বৈতরণী তুরেন্দা তহনা অরাবা নংই॥ ২৩॥

হে গরুড় নঙোন্দা ঐনা হৌজিক তাকখিবশিং অদু, অমসুং শাস্ত্রনা য়াদবা কয়ামুক ওইবা কর্ম্মশু তৌরিবা অমদি শাস্ত্রনা যসি তৌগদবনি হায়না তাকলিবা থবক্তা তৌদবা অহেঙবা অপংবা মীশকশিং অদুনা বৈতরণীগী অরাবা ফংই॥ ২৪॥

অসিগুম্বা পাপচেনবশিংনা যমগী শাংলবা অমদি অরাবনা থল্লবা লম্বেলশিংবু লান্দুনা যমালয়দা য়ৌই, মতমতুদা যমগী য়াথংদগী যমদূতশিংনা লাকনা অমুক হন্না বৈতরণী তুরেলদা থাদে। ॥ ২৫॥

হে গরুড় নরক কুণ্ড পুরমক্তগী কুণ্ড কুম্মাথোইনা অথোইবনি, মথোইশিং অদুদগীসু অমুক বৈতরণী তুরেলনা অথোইবনি। মরম অসিদগী পাপচেনবশিংবু তুরেল অসিদা থাদুনা অরাবা পীরিবনি॥ ২৬॥

কৃষ্ণা গৌর্যদি নো দত্তা নোর্ধ্বদেহক্রিয়াঃ কৃতাঃ।
তস্যাং ভুক্ত্বা মহদ্দুঃখং যান্তি বৃক্ষং তটোদ্ভবম্ ॥ ২৭॥
কূটসাক্ষ্য প্রদাতারঃ কূটধর্ম্ম পরায়ণাঃ॥
ছলেনার্জ্জন সংসক্তাশ্চার্যাবৃত্ত্যা চ জীবনঃ॥ ২৮॥
ছেদয়ন্ত্যতিবৃক্ষাংশ্চ বনারামবিভঞ্জকাঃ।
ব্রতং তীর্থ পরিত্যজ্য বিধবাশীলনাশকাঃ॥ ২৯॥
ভর্ত্তারং দূষয়েন্নারী পরং মনসি ধারয়েৎ।
ইত্যাদ্যাঃ শাল্মলী বৃক্ষে ভুঞ্জতে বহুতাড়নম্॥ ৩০॥

---

শল অমূবীবু দান তৌদবা মীশক, অমদি শিরগা তৌবা হৌনবা পিণ্ডাদানচিংব ঔর্ধ্বদৈহিক ক্রিয়ানচিংবসু তৌদবা মীশক অদু বৈতরণী তুরেলদা কয়ামুক ওইবা অরাবা কংলবা মতুংদা বৈতরণী তুরেলগী মপান্দা হৌরিবা সেমর বৃক্ষগী মথাদা চত্তুনা মথল কয়াগী অরাবা কংই॥ ২৭॥

মীনদা সাক্ষী পীরুবা ( ওইরুবা ), বেদ শাস্ত্রমা যাদবা, ধর্ম্মগী মরীদা অকায়বা লম্বী চৎপা, মীতোপ্পা মীনমত্রুনা লন তানবা, চুয়াল-চিন্থিত্নুনা মবুক থমবা বোৎনবশিংসু বৈতরণীদা তাই॥ ২৮॥

পৃথিবীদা হৌবা অচৌ অচৌবা উবু মাংহৎপা, হৈকোল-লৈকোল অদলবু মাংহনবা, ব্রত তৌদবা, তীর্থ চত্তবা, বিধবা হায়বদি লুক্রাবী নুপীশিংগী ধর্ম্ম মাংহনবা মীশক অদো শোয়-দনদক বৈতরণী তুরেলদা অরাবা কংই॥ ২৯॥

অহুণবী নুপী অহুনা মপুবোইবসুনা দোষ অমা পীশিন্দুনা থৌওইরবা অতোপ্পা নুপাবু মপুকনিংদা পাম্বা ( থনবা ) নুপী অমদি নুপানসু মাগী মমণীবু ( নুপীবু ) থাদোক্লগা অতোপ্পী

তাড়নাৎ পতিতাস্মৃতাঃ ক্ষিপন্তি নরকেষু তান্।
পতন্তি তেষু যে পাপাস্তানহং কথয়ামি তে॥ ৩১॥
নাস্তিকা ভিন্নমর্য্যাদাঃ কদর্য্যা বিষয়াত্মিকাঃ।
দাম্ভিকাশ্চ কৃতঘ্নাশ্চ তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৩২॥
কূপানাং চ তড়াগানাং বাপীনাং দেবসদ্মনাম্।
প্রজাগৃহাণাং ভেত্তারস্তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৩৩॥

---

মুপীবু থম্লবদি মখোই অদু বৈতরণী মপান্দা হৌবা সেমর পান্দীগী মথ দা চত্তুনা মথল করাগী অরাবা কংই॥ ৩০॥

মখোই অদু যমগী দুতনা ফু-চৈবনা লৈমাইদা তুম্থনা লৈ, অদুদগী নরক কুণ্ডদা ইথৈ, অসুম্না পাপচেনবা কত্তবা কর্ম্ম তৌবা মখোইশিং অদুনা মাগী মাগী মতিকচাবা দণ্ড কংলিবশিং অদু নঙোন্দা হায়গে মদু পুম্নমক হে গরুড় নংনা লিংখিনা তাও॥ ৩১॥

ঈশ্বর থাজদবা, ঈশ্বরগী মরিদা পুকনিং চংদবা নাস্তিক ওইবা, অহন-লমন গুরুজন, মপা মপুনিংনা চৎনরবঃ শ নৈগেগী ওইবা মান্-মর্য্যাদাবু থ দোকপা, সংসারগী বিষয় ভোক্তা লুপং তুনা মশাগী, মতু-মচাগীতা মথনবা, মীগী হায়বা য়েংদবা, নাপন তৌবা, মীগী উপকার তৌগে নিংদবা, মীনা উপকার তৌবি-রকপবুসু শীংখাদবা মীশকশিং অদু নরক্তা চাই॥ ৩২॥

পুখ্রী, কুহা, খ্বাইগী ওইবা অচৌবা পুখ্রী, দেবমন্দির (লাইশং) অমদি মীগী য়ুম মকৈবু থুগাই থোকাইহনা মাংহল্লবা কত্তবা মীশকশিং অদু নরকতা চাই॥ ৩৩॥

বিসৃজ্যাগ্নন্তি যে দারাংশ্চ শিশূন্‌ভৃত্যাংস্তথা গুরূন্‌ ।
উৎসৃজ্য পিতৃদেবেজ্যাং তেবৈ নরক গামিনঃ ॥ ৩৪ ॥
শিবং শিবাং হরিং সূর্য্যং গণেশং সদ্‌গুরুং বুধম্‌ ।
ন পূজয়ন্তি যে মন্দাস্তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৩৫ ॥
শঙ্কুভিঃ সেতুভিঃ কাষ্ঠৈঃ পাষাণৈঃ কন্টকৈস্তথা ।
যে মার্গমুপরুন্ধন্তি তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৩৬ ॥
আরোপ্য দাসীং শয়নে বিপ্রো গচ্ছেদধোগতিম্‌ ।
প্রজামুৎপাদ্য শূদ্রায়াং ব্রাহ্মণ্যদেব হায়তে ॥ ৩৭ ॥

---

ইমুং মনুংগী অহল-লমন মপা-মপা, মতু-মচা, নোকর চাকরবুদি নিংথিনা পিজ-পীথক তৌদনা মশাতা অথুব অহাও মথল মাংথল চানবা তোংনবা মীশক অমদি লাইশিংগী বিশে দেবতাশিংগী, মশাগী ইষ্টদেব ওইবা বিষ্ণু ভগবানচিংবদি কংতনা মশাত চাংবগা লোইনে থম্মুনা চারিবা মহাক অদু নরকতা তাই ॥ ৩৪ ॥

কনাগুম্বা মহাদেববু, দুর্গাবু, শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু, গণেশ দেববু, সদ্‌গুরু হায়বদি গুরু মথল মতাবু, মহৈ লৈবা পণ্ডিতপু পূজা তৌদবা মখোইশিং অদু নরক তাই ॥ ৩৫ ॥

কনাগুম্বনা মীওইবনচিংবা জীবশিংনা চৎনবা লম্বীদা খোংদা য়োৎপী, উচুক, নুং, তিংথংনা মরম ওইদুনা লম্বী চৎপা য়াহন্দবা অমদি, হায়রিবা মকমশিং অসিদা জীববু অবাবা পীবশিং অদু নরকতা লোইদনা তাই ॥ ৩৬ ॥

ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লগা শূদ্র নিংতোলগা মজং ( তিন্নবা ) তৌরবদি ব্রাহ্মণ অদু নরক তাই, অদুগা শূদ্র নিংতোল অদুদা মচা-মচু পোক্লবদি মখোই ব্রাহ্মণ ওইবা গুণ অদু মযেং তাই ॥ ৩৭ ॥

ন নমস্কারযোজ্যো হি স কদাপি দ্বিজোঽধমঃ।
ন পূজয়ন্তি যে মূঢ়াস্তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৩৮ ॥
ব্রাহ্মণানাং চ কলহং গোযুদ্ধং কলহপ্রিয়াঃ।
ন বর্জ্জয়ন্ত্যনুমোদন্তে তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৩৯ ॥
অনন্য শরণন্ত্রাণ'মৃত্যুকালব্যতিক্রমম্।
যে প্রকুর্ব্বন্তি বিদ্বেষাত্তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৪০ ॥
যেপি গচ্ছন্তি কামান্ধা নরা নারীং রজস্বলাম্।
পর্ব্বস্বপ্স্ দিবা শ্রাদ্ধে তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৪১ ॥

---

অচগুবা শূদ্র নিংঙেল লৌবা ব্রাহ্মণ অদুদি মচোন্দা খুরুমদা মতিক চ'দ্রে, অমসুং লাইবু ব্রাহ্মণ মতিক মগুণ লৈববু খুরুমদ্রবা পুজা তৌদ্রবশিং অদুসু নরকতা লোয়দনমক তাই। ॥ ৩৮ ॥

খৎনে চৈনববু পাম্বা অমসুং ব্রাহ্মণ মশেন খৎনব অমদি, শন হাইনববু খামদ্রবা, মদুদ, নুঙাইবা পোকতুনা কুম্মু থে-লিবশিং অদু নরকতা তাই ॥ ৩৯ ॥

মপুরোইবা নত্তনা কনাদসু চ জবম লৈদ্রবী মুপীবু, মাগী ঋতুকালগী মতম মতমচানা পেলহন্দ্রবা মপুরোইবা, অমদি মপুরোইবা নিংবী মুপীবু ঋতুগী মতমদা পেলহন্দ্রবদি, ঋতুগী মতম ল'ঙ্গোকশ্রবদি মপুরোইবদু নরকতা তাই ॥ ৪০ ॥

কামগী মৈচাক্না ঙাওদুনা মমিৎ তাংনবা ওইদুনা ঋতুগী মতমদা ( ঋতু ওইরিবৈদা ) তিন্নবা, অমসুং পর্ব্বনচিংব দিন হায়রবদি চতুর্দ্দশী, অষ্টমী, অমাবস্যা, পুর্ণিমানচিংবা তিথিদা, অহল-লম্মনগী শ্রাদ্ধদিনদা, নৌশিংদা, নুংথিল্লা নুপীগা সংভোগ ( তিন্নবা ) তৌরবদি মখোই অদু লোয়দনমক নরকতা তাই। ॥ ৪১ ॥

যে শারীরং মলং বহ্নৌ প্রক্ষিপন্তি জলেপি চ।
আরামে পথি গোষ্ঠেবা তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪২॥
শাস্ত্রাণাং যে চ কর্ত্তারঃ শরাণাং ধনুষাং তথা।
বিক্রেতারশ্চ যে তেষাং তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৩॥
চর্ম্মবিক্রায়ণো বেশ্যাঃ কেশবিক্রয়কাঃ স্ত্রিয়ঃ।
বিষবিক্রয়িণঃ সর্ব্বে তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৪॥
অনাথং নানুকম্পন্তি যে সতাং দ্বেষকারকাঃ।
বিনাপরাধং দণ্ডন্তি তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৫॥
আশয়া সমনুপ্রাপ্তান্ ব্রাহ্মণানর্থিনো গৃহে।
ন ভোজয়তি পাকেপি তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৬॥

---

অদ্রুগুম্ব মীশক অচনা মশাগী কত্তবা অখোৎপা, ঈশিং (খী মু' বেদা, ঈশিংদা, লৈকোন্দ, লম্বীদা, শজো!ম্না শিস্তোক হংন্দাকপা তৌববা মী অদু শোয়দনমক নরক তাই॥ ৪২॥

খুজু খুংলাই শাবা লীকঃ ভেন শাবা মীনা মানা শারিবা খুজু খুংলাই অদু মমল লৌদুনা য়োল্লবদ নরক তাই॥ ৪৩॥

শাদগী মউং লৌরগা য়োল্লব, মশাবু মমল লৌদুনা য়োল্লিবী নুপী ( বেশ্যা ), মশম য়োল্লিবী নুপীগা শমগী লোনবী নুপী, হু য়োনবা নিপা মখোই অসি নরকত শোয়দনা তাই॥ ৪৪॥

অদুগুবা মীশক অদুনা য়োকপী থাকপিনবা লৈজত্রবা মীশক, অতোনবা মীশক, লাইরবা মীদা থৌজাল লৈত্রবা অমসুং অকবা সধু ওইবা মীশকপু য়েক্লরবা, মরাল লৈতত্রবা মীবু দণ্ড পীবা অদুগুবা মীশক অদু নরক তাই॥ ৪৫॥

মতুক লায়রবা, য়ুম য়ুম থুদিংগী অরাম্বা কোক্লবা নিজরিবা ব্রাহ্মণা চানবা চাকনচিংবা পোৎ লৈন-লৈনা দান তৌত্রবা মীশকতু শোয়দনমক নরকতা তাই॥ ৪৬॥

সর্ব্বভূতেষবিশ্চস্তাস্তথা তেষু বিনির্দ্দয়াঃ ।
সর্ব্বভূতেষু জিহ্মা যে তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৪৭ ॥
নিয়মান্সমুপাদায় যে পশ্চাদজিতেন্দ্রিয়াঃ ।
বিপ্র,পয়ন্তি তান্ভুয়স্তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৪৮ ॥
অধ্যাত্মবিদ্যাদাতারং নৈব মন্যন্তি যে গুরুম্ ॥
তথা পুরাণ বক্তারং তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৪৯ ॥
মিত্রদ্রোহকরা যে চ প্রীতিচ্ছেদকরাশ্চ যে ।
আশাচ্ছেদকরা যে চ তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৫০ ॥

---

কনাগুম্বনী মকমদা থাজবা থমজ্রবা অমসুং মীপুম থুদিংদা সুংশিহৈত্রবা পুকচেল চেনবা অমসুং মরৈ মরা তৌবা পুকচেলনা মাগী ওইবা মীশক, ফজ্রবা মহাক অদু শোয়দনা চৈয়াক কল্লবা যংগী নরক কোমদা শোয়দনমক তাই ॥ ৪৭ ॥

চরাহেনবনচিংবা ব্রত তৌরুরগা ইন্দ্রিগী সংযম তৌবা ঙম-লকতবনা ( পুক্লিং হকচাং শাকশিনবা ঙমদবনা ) মদুবু ব্রতনা-চিংবা তৌরম্বু থাদোকপা মীশক অদু নরকতা তাই ॥ ৪৮ ॥

মীশক অদুনা অধ্যাত্মবিদ্যা ( ইশাগী ওইবা ঈশ্বর ক'নবা লম্বী ) তাকপিরিবা গুরুবু অমসুং বেদ পুরাণ শাস্ত্রগী অর্থ তাকপিদুনা জ্ঞান পীবিরিবা ব্রাহ্মণবু অর্চ্চা পূজা অমদি পেন্নবা তৌদ্রবা মীশক অদু নরক তাই ॥ ৪৯ ॥

মীশক অদুনা ঃরুপ হাংপা হায়বদি মরুপকি মরক্তদা লৌনম্বা লমচৎ চৎপা, অমগা অমগা নুংশিনা চায় চিন্না লৈজববু থুগাইবা, কন'গুম্বগা হায়নখিবগী অরেপ্পা থমজ্রবা মীশক অদু শোয়দনমক নরক কুণ্ডদা তাই ॥ ৫০ ॥

বিবাহং দেবযাত্রাং চ তীর্থসার্থাদ্বিলুম্পতি।
স বসেন্নরকে ঘোরে তস্মান্নাবর্ত্তনং পুনঃ॥ ৫১ ॥
অগ্নিং দত্ত্বান্মহাপাপী গৃহে গ্রামে তথা বনে।
স নীতো যমদূতৈশ্চ বহ্নিকুণ্ডেষু পচ্যতে॥ ৫২ ॥
অগ্নিনা দগ্ধগাত্রোঽসৌ যদা ছায়াং প্রয়াচতে।
নীয়তে চ যদা দূতৈরসিপত্রবনান্তরে॥ ৫৩ ॥
খড়্গতীক্ষ্ণৈশ্চ তৎপত্রৈর্গাত্রচ্ছেদো যদা ভবেৎ।
তদোচুঃ শীতলচ্ছায়াং সুখনিদ্রাং কুরুষ ভোঃ॥ ৫৪ ॥
পানীয়ং পাতুমিচ্ছেদ্বৈ তৃষ্ণাতো যদি যাচতে।
পানার্থং তৈলমত্যুষ্ণং তদা দূতৈ প্রদীয়তে॥ ৫৫ ॥

---

কনাগুম্বগী লুহোং কৈহোংবা, লাই লেংথোক লেংশিন তৌবদা থুনাইবা অবেং অপন পীবা, তীর্থ চংপা মীদা লূট তৌবা, মনদি মপোৎ ময়মচিংবা মুন্দুনা অবাবা পীবা মহাক অত্তুদি অতিকপী মশক কংলবা নরকতা ভাই, অমমুং অদুগুম্বা নরক অতুনমী অমুক হন্নকপা যত্তমত্রে॥ ৫১ ॥

কনাগুম্বা যমুম মৈ থাবা, খুলংদা, বন্দা মৈ থাবা মীশক যমদূতশিংনা পুবগা মৈগী কুণ্ডদা লংথৈ॥ ৫২ ॥

মহমদ মশাক্তু মৈনা ঝাম্ভুনা উক্লম লাংবা অপ্নিংবা মকম থিন্নক্লবদা যমদূতশিংনা মাবু অসিপত্র কৌবা মনানা থাং গুম্বা থৌংবা মনা পানবা উগী বন্দা পুম্নুনা চৎলি॥ ৫৩ ॥

মতমদুদা উদগী কেল্লকপা থাংগুম্বা উনানা পাপীদুগী মশা দ মান্নং-তুপথৎলক্লবা মতমদা যমদূতশিংনা হায়, হে অপংবা মংনা ই লবা উক্লম অসিদা মুত্তাইনা তুমলো॥ ৫৪ ॥

যমদুদা ঈশিং থৌরাংবনা থাগুমত্রদুনা ঈশিং নিয়ক্লবদা যমদূতশিংনা শাবরা থাওবু থক্লবনীদমক পী॥ ৫৫ ॥

পীয়তাং ভুজ্যতাং পানমন্নমূচুস্তদেতি তে।
পীতমাত্রেণ তেনৈব দগ্ধান্তানিপতন্তি তে॥ ৫৬॥
কথঞ্চিৎ পুনরুত্থায় প্রলপন্তি সুদীনবৎ।
বিবশা উচ্ছ্বসন্তশ্চ তে বক্তুমপিনাশকন্॥ ৫৭॥
ইত্যেবং বহুশস্তার্ক্ষ্য যাতনাঃ পাপিনাং স্মৃতাঃ।
কিমেতৈর্বিস্তরাৎ প্রোক্তৈঃ সর্ব্বশাস্ত্রেষু ভাসিতৈঃ॥৫৮॥
এবং বৈক্লিশ্যমানাস্তে নরা নার্য্যঃ সহস্রশঃ।
পচ্যন্তে নরকে ঘোরে যাবদাভূতসংপ্লবম্॥ ৫৯॥

---

মতমত্তুদা যমদূতশিংনা পাপী অদুদা হায়রকই, থৌরাংলিবদু কৌরুবা ঈশিং অসি থকলো লামলিবাদু কোয়বা, চাক্চিংবা চানবা পোং অসি চারো হায়বদু তারগা ঈশিংশুম উহনা থাও অ° বদু থকল্লুবদগী গর্ভ মদুংদা চাকপা নৈচাক্ থাংবা ঙমদদুনা পৃথ্বীদা বান্থদুনা তাই॥ ৫৬॥

অদুম অদুম ওইনমক য়াম্না বানা হৌগৎলগা য়াম্না তোল্লবংশুম লাও-থোংনা ক°ই অমত্তুং তৌকম থংক্রদুনা ঙুংশা শর থবেৎ থবেৎ হোল্লুনা অরাবা থাংই অমত্তুং করিশুবা বাহৈ খনত্তম যমগী দূতশিং অদুদা হায়ুতবা ঙমদে॥ ৫৭॥

হে গরুড় মতৌ অমুম্না পাপীশিংবু যমগী যাতনা (যমগী অরাবা পীববু) শম্নোম্না হায়রি, মসিবু চয় চয় হায়রুবগী করি কায়গনি, মসিমক্তি শাস্ত্র পুম্নমক্তা অদুমক হায়রিবনি।
॥ ৫৮॥

মতৌ অমুম্না নুপা নুপী লিশিং লিশিংনা কপ ল ওদুনা প্রলয়গী মতম লোইত্রিবা কাওবা অকিবগী মশক ফংলবা নরকতা অরাবা থাংদুনা লৈ॥ ৫৯॥

তস্যাক্ষয়ং ফলং ভুক্ত্বা তত্রৈবোৎপদ্যতে পুনঃ।
যমাজ্ঞয়া মহীং প্রাপ্য ভবন্তি স্থাবরাদয়ঃ ॥ ৬০ ॥
বৃক্ষগুল্মলতাবল্লীগিরয়শ্চ তৃণানি চ
স্থাবরা ইতি বিখ্যাতো মহামোহসমাবৃতাঃ ॥ ৬১ ॥
কীটাশ্চ পশবশ্চৈব পক্ষিণশ্চ জলেচরাঃ।
চতুরাশীতি লক্ষেষু কথিতা দেহযোনয়ঃ ॥ ৬২ ॥

---

অতুগুম্বা পাপ কর্ম্মগী অমাং অতা লৈত্রবা মনবু চাত্তুনা অকিবগী মশক ওইরবা নরক অত্তদা লৈরম্লগা, প্রলয়গী মতুংদা যমরাজগী য়াথংদগী পৃথিবীদা লাকতুনা উপাম্বী উরীনচিংবগী মপোক্তা পোকলৈ ॥ ৬০ ॥

উপাম্বী গুল্ম কৌবা মশা লোংবা উম্বিগী জাং, মশা কয়া লোংলবা লতা কৌবা উরী, বল্লী কৌবা উরীমচা, চীঙ্, নাপী-শীংবী হায়রবসি মহামোহ হায়রবদি তুমলিবগুম মশানা করিমত্তা খঙদ্রবা, পাংথবগুম্বা অজ্ঞানা তিন্দুনা করিমত্তা খংদনা লৈবা অমস্তুং মূর্ছা ওইবা ( রাম্ভুনা লৈবা ) মওংগুম লৈবা স্থাবর হায়রগা খংলৈ হায়বদি লেংথোকচবা কাওবা গুমজবা হিংবদি হিংবা হায়না খংলৈ ॥ ৬১ ॥

তীল, শা, উচেক অমস্তুং ঈশিংদা লৈবা জীবনচিংব পুম্নমক অসিমু মখা লাক্ষ মরিফুমরিগী মচা হায়না খংলৈ হায়বদি মতুগী মতুং চলি, জগৎ অসিদা লৈরিবা পুম্নমক অ মচা লাক্ষ মরিফুমরিগী মচা তাকলি ॥ ৬২ ॥

এতাঃ সর্ব্বাঃ পরিভ্রম্য ততো যান্তি মনুষ্যতাম্।
মানুষেষু শ্বয়াকেষু জায়ন্তে নরকাগতাঃ ॥
তত্রাপি পাপ চিহ্নৈস্তে ভবন্তি বহুদুঃখিতাঃ ॥ ৬৩ ॥
গলৎকুষ্ঠাশ্চ জন্মান্ধা মহারোগসমাকুলাঃ ।
ভবন্ত্যেবং নরা নার্য্যঃ পাপচিহ্নোপলক্ষিতাঃ ॥ ৬৪ ॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে নরকপ্রদপাপাচিহ্ন নিরূপণো নাম চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥

---

অসিগুম্বা মপোকশিং অসিদা চং চংদুনা পোকলুরগা খ্বাইগী অরোইবা ওইনা মীওইবগী মপোক্তা অমুক কংলকই. অদুমকপু মীওইনমক পোত্নবস্তু নরকগী অহানবা লাকলিবা মহাক অদুনা চণ্ডালগী মপোক ওইনা পোকই, মতুমকন্তু নরকী খুদম ওইনা য়াম্না অৱা-অনা কংবা মওংদা বানা মপোক অদু লোইনবা খাংই ॥ ৬৩ ॥

মখাদা পাপ দৈবগী খুদম ওইবা মরম অদুদগী অদুগুম্বা শুপা মুপী অদুনা লাইথুং থুংবা, অংঙৌবা পকপা, কুষ্ঠী থুংবা অমদি মপোক্তী ওইবা গর্ভদগী তাংলবা মমিৎ অমনুং লায়েংবদা য়াববা অকিনা কংলবা লাইনা নাবা ওইনা পোকই ॥ ৬৪ ॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী ওইবা নরক ভাবদগী ওইবা পাপচিহ্নমু হায়বা কৌবা মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

## অথ পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ—

যেন যেন চ পাপেন যদ্যচ্চিহ্নং প্রজায়তে।
যাং যাং যোনিং চ গচ্ছন্তি তন্মে কথয় কেশব ॥ ১ ॥

শ্রীভগবানুবাচ—

যৈঃ পাপৈর্যান্তি যাং যোনিং পাপিনো নরকাগতঃ।
যেন পাপেন যচ্চিহ্নং জায়তে মম তচ্ছৃণু ॥ ২ ॥
ব্রহ্মহা ক্ষয়রোগী স্যাৎ গোঘ্নঃ স্যাৎ কুব্জকো জড়ঃ।
কন্যাঘাতী ভবেৎ কুষ্ঠী ত্রয়শ্চাণ্ডাল যোনিষু ॥ ৩ ॥

---

গরুড়না হায় :— হে ভগবন্ কেশব অদুম অদুবা পাপ তৌবা জীবনা অদুম অদুম্বা চিহ্ন (খুদম) ওইদুনা পোকপা, অমদি মখোইদুনা করম করম্বা মপোক্তা পোকপগে হায়বদু ননাই ঐঙোন্দা পুম্নমক শন্দোক্না তাকপিয়ু ॥ ১ ॥

শ্রীভগবান্না হায় :— হে গরুড় নরকতগী লাক্লগা অদুগুম্বা পাপচেম্বা জীব অদুনা অদুম অদুম্বা মপোক্তা পোকই মাগী খুদমনা অসনি হায়বদু ঐ হায়গে তাও ॥ ২ ॥

ব্রাহ্মণ হৎপা জীবনা ক্ষয়রোগ (যক্ষ্মা কৌবা) লোকথুংবা ওইনা পোকই, শন হাৎপা জীবনা মনম পোনবা কুজা হায়বদু ওইনা পোকই, অমসুং মূর্খ (অপংবা) জ্ঞান লৈতবা ওই, মচানুপী কন্যা হাৎপনা কুষ্ঠী থুংই, অদুমক অসি চণ্ডালগী মপোক্তা ডাক্তা পোক্লগা ওইগদবা খুদমনি ॥ ৩ ॥

স্ত্রীঘাতী গর্ভপাতী চ পুলিন্দো রোগবান্ ভবেৎ।
অগম্যাগমনাৎ ষণ্ঢো দুশ্চর্ম্মা গুরুতল্পগঃ॥ ৪॥
মাংসভোক্তাতিরক্তাঙ্গঃ শ্যাবদন্তস্তু মদ্যপঃ।
অভক্ষ্যভক্ষ্যকো লৌল্যাদব্রাহ্মণঃ মহোদরঃ॥ ৫॥
অদত্ত্বা মিষ্টমশ্নাতি স ভবেৎ গলগণ্ডবান্।
শ্রাদ্ধেঽন্নমশুদ্ধি দত্ত্বা চিত্রকুষ্ঠী প্রজায়তে॥ ৬॥

---

নুপী হাৎপা, গর্ভ ম্যাংহনবা (মচা নৈথবা) মহাকতুনা পুলিন্দ কৌবা হাওগী জাৎ ওইনা পোকই অমঙ্গং মশা অঙ্গ অনাবনা খুঙ্গুমচনবা ওই, তিন্নবা য়াদবী নুপী তিন্নবনা নপুংসক হায়বদি নুপা ওইনা পোকলগা নুপাগী শক্তি অমদি খুদম লৈতবা ওইনা পোকই, গুরুগী নুপী য়েংবনা উনশাগী লাইনা ফত্তবা তৌবা ওইনা পোকই॥ ৪॥

শা চাবা মীনা মশাগী ওাংশং ওাংবা ওই, যু থকপা মীনা ময়া অঙ্গ যেংনি অমদি মুই, চাবা য়াদবা, চিঞ্জাকনি চিঞ্জাক নত্তে থংদবা পংচাদা চাবা মীদি (ব্রাহ্মণদি) ঈশিংগী লায়না মপুক কংথৎপা ওই॥ ৫॥

কনাগুম্বা অমত্তবু পীজদবা মতোমতা চানিংঙ্গনা অহাও অহাওবা চিঞ্জাক মতোমতা চাবা মহাক্তো গলগণ্ড কৌবা খোয়ী চাওখোকপা লায়না নাই, শ্রাদ্ধগী অমাংবা চেংনচিংবা লৌবা চাবা মীশকতুনা চিত্রকুষ্ঠী কৌবা মকুৎ মকুৎ তৌবা লাই-য়েকপগুম্বা লাংবা কুষ্ঠী মথল অঙ্গ থুংবা মীশক ওইনা পোকতুনা বানা লেপ্পি॥ ৬॥

গুরোর্গর্ব্বেণাবমানাদপস্মারী ভবেন্নরঃ।
নিন্দকো বেদশাস্ত্রাণাং পাণ্ডুরোগী ভবেৎ ধ্রুবম্॥ ৭॥
কূটসাক্ষী ভবেন্মূকঃ কাণঃ স্যাৎ পংক্তিভেদকঃ।
অনোষ্ঠঃ স্যাদ্বিবাহঘ্নো জন্মান্ধঃ পুস্তকং হরেৎ॥ ৮॥
গোব্রাহ্মণপদাঘাতাৎ খঞ্জঃ পঙ্গুশ্চ জায়তে।
গদগদোঽনৃতবাদী স্যাত্তচ্ছ্রোতা বধিরো ভবেৎ॥ ৯॥
গরদঃ স্যাজ্জড়োন্মত্তঃ খল্বাটোঽগ্নিপ্রদায়কঃ।
দুর্ভগঃ পলবিক্রেতা রোগবান্ পরমাংসভুক্॥ ১০॥

---

নাপন্না থুমহৎখিন্না গুরু কাওববু য়েংদবা নাইথীবা পীবা মহাক অদুনা মৃগীরোগ ( শাৱৈ হৌবা ) মীশক ওইনা পোকই, বেদ শাস্ত্র পুরাণবু নিন্দা তৌবা, লৌদবা খাজদবা মীশক অদুনা পাণ্ডুরোগ কৌবা হুদু হুমেন কোলাওননা তৌথোকপা ঈ থাংদবা হুদু ওইনা পোকই॥ ৭॥

মীনবা, ওন্ন তৈনবা, অয়ানবা য়াইহৈনা সাক্ষী পীরবা মহাকদুনা লোন থোক্তরা ওইনা পোকই। মথক মথা থংদনা চংপা, খকসি থাসি নাইদবা মীশকনা মমিৎতাংবা ওইনা পোকই, মীপী মৃহোং-কৈহোংববু থুগাইবা মীশকনা মচিথাল কায়বা ওইনা পোকই, লাইরিক হুরানবা মীনা মপোকী মমিৎ তাংনা পোকই॥ ৮॥

শন ব্রাহ্মণদা খোংপাকনা কাওবা মীশক্তি মখোং তেকপা ওইনা পোকই, ওইদবা মীনম্বা ঙাংবনা বা তাংখোকপা ঙমদবনা মরৈ নিক্না মতং মতং ঙংবা ওইনা পোকই, মহুবু তাবা হায়রিদি মীনম্বা ওইদববু লৌবা য়াবনা মনা পংনা পোকই॥ ৯॥

মীবু হ পীজন্নুনা হাৎলুবা মীশকনা কবিমন্তা থংহনা অরুকপা চেতনা লৈতবা অমদি অঙাওবা ওইনা পোকলৈ, মীপী মহুৎ

হীনজাতো প্রজায়েত রত্নানামপহারকঃ।
কুনখী স্বর্ণহর্ত্তা স্যাদ্ধাতুমাত্রহরোঽধনঃ॥ ১১॥
অন্নহর্ত্তা ভবেদাখুঃশলভো ধান্যহারকঃ।
চাতকো জলহর্ত্তা স্যাদ্বিষ হর্ত্তাং চ বৃশ্চিকঃ॥ ১২॥
শাকং পত্রং শিখী হৃত্বা শুভান্ গধাশ্ছুচ্ছুন্দরী।
মধুদংশঃ পলং গৃধ্রো লবণংচ পিপীলিকা॥ ১৩॥
তাম্বূল ফলপুষ্পাদি হর্ত্তাং স্যাদ্বানরো বনে।
উপানত্তৃণকার্পাস হর্ত্তা স্যান্মেষ যোনিষু॥ ১৪॥

---

মৈ থারুবা মীনা কোকী লায়না চেনবা অমদি কোকাংবা ওই, শা মহুম য়েংনবা মীনা মরাইবক থীবা ওই, অতেংপ্নগী শহুম চাবা মহ ক্তো মশাদ তিজেস লায়চেনবা মীশক ওইনা পোকই॥১০

মনি রত্ন হয়ানবা মীশকনা অতোনবা জাতিদা পোকই, সনা হবা মীনা খুজিন লায়পুম তৌবা. খুজিনগী লাইনা তৌবা ওই. ধাতু (সনা লুপা পিগ্‌াই) নচিংবা হবা মীনা লায়রবা ওইনা পোকই॥ ১১॥

চানবা চিঞ্জাক হবা মীনা উচি ওইনা পোকই, ফৌ হয়ানবা মীনা কৌজেং, কৌজুম, ঙৈরানবী ওই, ঈশিং হয়ানবনা নোংগোবী ওইনা পোকই, হনা খুংলাই ওইনা মংবু জীববু হাৎপা মীশক্লা বৃশ্চক ওইনা পোকলে॥ ১২॥

ইনশাং-নাপী মনা-মশীঃ হয়ানবনা বংহোং ওইনা পোকই, অকে অথৌগী পোৎ, মনম সুংলিবা পোৎশক হরুবনা উত্তিন ওইনা পোকই, থোইহী হরুবনা হয়িং, ককচেং অচৌবা হয়িং-থোই ওইনা পোকই ; শা-ঙা হবনা লাংজা ওইনা পোকই, থুম হবা মীনা ককচেং ওইনা পোকই॥ ১৩॥

পানমনা, উটৈ, লৈনচিংবা হরুবনা বনগী য়োং ওই ;

যশ্চ রৌদ্রোপজীবী চ মার্গে সার্থান্বিলুম্পতি।
মৃগয়াব্যসনীং যস্তু ছাগঃ স্যাদ্ব্যাধবেশ্মনি ॥ ১৫ ॥
যো মৃতো বিষপানেন কৃষ্ণসর্পো ভবেদ্গিরৌ।
নিরঙ্কুশস্বভাবঃ স্যাৎ কুঞ্জরো নির্জ্জনে বনে ॥ ১৬ ॥
বৈশ্বদেবমকর্ত্তারঃ সর্ব্বভক্ষ্যাশ্চ যে দ্বিজাঃ।
অপরীক্ষিতভোক্তারো ব্যাঘ্রাঃ স্যুর্নির্জ্জনে বনে ॥ ১৭ ॥
গায়ত্রীং ন স্মরেদ্যস্তু যো ন সন্ধ্যামুপাসতে।
অন্তর্দুষ্টো বহিঃ সাধুঃ স ভবেৎ ব্রাহ্মণো বকঃ ॥ ১৮ ॥

---

থোংউন, লশিং, ই-নচিংবা নাপী-শী বী হক্কুবনা মাওগী মপোক ওইনা পোকই ॥ ১৪ ॥

ডাকু ডাকাতি ওইদুনা জীবিকা হিংনবা হোৎনজিবা মীনা অমদি লমীচৎপা তীর্থনচিংবা লমকোইবা মীগী মপোৎ মচৈ মুন্দুনা লৌবা মীশক অদুদি, শা ডা হাত্তুনা য়োনবা মীগী মযুমদা হামেং ওইনা পোকই ॥ ১৫ ॥

হু থকতুনা অ.ত্মহত্যা হায়বদি মমমাই শিজরকপা মীশক অদুদি চীংদা লৈবা লিল অমুবা ওইনা পোকই. অমসুং অহন লম্মনমু উশিং থওইদনো মানা মানা মনিং তম্বা অহন লম্মনগী বা লৌদবা থকসি থাসি নাইদবা মীতাদুনা মী তাদবা বন্দা শামুগী মপোক ওইনা পোকই ॥ ১৬ ॥

অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুনা বৈশ্বদেব পূজা তৌদ্রবা অমদি শূদ্রনচিংবা জাতি অতৈনা থোংবা থাকপা পোৎচৈ চারবা মহাক অদুদি মী তাদবা বন্দা কৈগী মপোক ওইনা পোকই ॥ ১৭ ॥

অদুগুম্বা মীশকতুনা গায়ত্রী জপ তৌদ্রবা, সন্ধ্যা তর্পণ তৌদ্রবা, অমদি মপান্থোংদনা অকবা মীশক মীওই ওইনা উহল্লগা

অযাজ্যযাজকো বিপ্রঃ স ভবেৎ গ্রামসূকরঃ।
খরো বৈ বহুযাজিত্বাৎ কাকো নির্মন্ত্রভোজনাৎ ॥ ১৯ ॥
পাত্রে বিদ্যামদাতা চ বলবোর্দ্দো ভবেৎ দ্বিজঃ।
গুরুসেবামকর্তা চ শিষ্যঃ স্যাদ্ গোখরঃ পশুঃ ॥ ২০ ॥
গুরুং হুংকৃত্য তুংকৃত্য বিপ্রং নির্জ্জিত্য বাদতঃ।
অরং যে নির্জ্জলে দেশে জায়তে ব্রহ্মরাক্ষসঃ ॥ ২১ ॥
প্রতিশ্রুতং দ্বিজে দানমদত্বা জম্বুকো ভবেৎ ।।
সতামসংকারকরঃ ফেৎকারোহগ্নিমুখো ভবেৎ ॥ ২২ ॥

---

মনুংদদি য়াম্না কত্ত-ফত্তবা থবক্তা তৌবা ব্রাহ্মণ অদুদি উয়োকী মপো:ক ওইনা পোকই ॥ ১৮ ॥

যজ্ঞ তৌবগী অধিকার নৈদ্তবা শূদ্রনচি'ববু যজ্ঞ তৌহনবা ব্রাহ্মণ অচুদি খুনগী মনুংদা লৈবা ওকী মপোক ওইনা পোকই। যজ্ঞ তৌবা মত্তিক চাই চাদে থংদনা মী খুদিংবু যজ্ঞ পংথৌবা তৌহনবা ব্রাহ্মণ অদুনা গা:ধা ওইনা পোকই, বার্ত্তন ফংদনা চাবা থকপা চৎলিবা মহাক অদুনা কা:ক ওইনা পোকই ॥১৯॥

অকবা মত্তিকচা:বা পক্লব্রা'বু বিদ্যা তম্বিত্রবা মহাক্কুদি শল ওইনা পোকই, গুরুগী সেবা তৌদ্রবা শিষ্য অদুনা শল অমমুং গাধা ওই ॥ ২০ ॥

গুরুদা নমহৎপা, নং মা: হায়না উশিৎ থওইদনা চাংবা, চিন্দা পাওদাননা গুরুগা থংনবা চয়গা উপায় তৌদুনা গুরুবু মাইথীবা পীবা শিষ্যদুদি ব্রহ্মরাক্ষস ওইনা জললদা লৈ ॥২১॥

ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি হায়রগা তৌদ্রবা মহাকতুনা লমহুই ওই, অকবা সাধুজনবু থীনা চৈ-থাংবা মীশকনা. মচিন্দগী মৈ হৌরকপগুম্না লাওবা খোংবদা তানিংদবা হুই অমদি কৈশাদনচিংবা ওই ॥ ২২ ॥

মিত্রধ্রুগ্ গিরিগৃধ্রঃ স্যাদুলূকঃ ক্রয়বঞ্চনাৎ।
বর্ণাশ্রমপরীবাদাৎ কপোতো জায়তে বনে॥ ২৩॥
আশাচ্ছেদকরো যস্তু স্নেহচ্ছেদকরস্তু যঃ।
যো দ্বেষাৎ স্ত্রী পরিত্যাগী চক্রবাকশ্চিরং ভবেৎ॥ ২৪॥
মাতৃ পিতৃ গুরুদ্বেষী ভগিনী ভ্রাতৃবৈর কৃৎ।
গর্ভে যোসৌ বিনষ্টঃ স্যাত্তাবত্তোনি সহস্রশঃ॥ ২৫॥
শ্বশ্রূগালিপ্রদা নারী নিত্যং কলহ কারিণী।
সা জলৌকা চ যূকা স্যাত্তর্ত্তারং ভৎর্সয়েচ্ছয়া॥ ২৬॥

---

মরূপ হাৎপা (মরূপকী মরমদা ওইদবা লমচৎ, অরানবা থবক অমদি থাজবা মাংহনবনচিংবা) মীনা চাংনাম্না লৈবা লাংজা ওই, মীওোম্না য়োম্হে কগ্রগা ঠগ তোম্লুনা অমুক লৌশিনবা মীনা মকু ওইনা পোকই, বর্ণাশ্রমগী নিন্দা তৌবা হায়বদি জাতি বিজাতিগী মরীদা থমলিবা রায়েলবু নিন্দা তৌবা মীশক্না খুমু ওইনা পোকলৈ॥ ২৩॥

কনাগুম্বগী তৌজরিবা আশাবু থুগাইবা, কনাগুম্বগী নুংশিবা প্রেমবু থকৎলিবা অমদি মশাগী নুপীবু মপূকনিংদা য়েক্লবগুম থম্মুনা থাদোকপিরিবা মহাক অদো চাম্নুখক্লোং ওইনা পোকলৈ॥ ২৪॥

মমা মপা অমদি গুরুগী মকমদা য়েক্লবা, মচিন মনাও, মচে মচনগী মকমদা য়েক্লরিবা মহাক অমু মপোক লিশিং অমা চুপ্পা, পোকপা ঙমদনা গর্ভগী মফুংদা গর্ভপাত ওইনা হেক হেক মাংই॥ ২৫॥

মনেম মকুবু উপিৎ থওইদবা বাহৈনা জাংবা চৈবা, লমচৎ ব্যবহার য়াওদবী নুপী, মতম পুম্নমক্তা থৎনচৈনবত্তা পাবী

স্বপতিং চ পরিত্যজ্য পরপুংসানুবর্ত্তিনী।
বল্গুলী গৃহগোধা স্যাদ্বিমুখী বাহথসর্পিণী॥ ২৭॥
যঃ স্বগোত্রোপঘাতো চ স্বগোত্রস্ত্রী নিষেবণাৎ।
তরক্ষুঃ শল্লকো ভূত্বা ঋক্ষযোনিষু জায়তে॥ ২৮॥
তাপসী গমনাৎ কামী ভবেন্মরুপিশাচকঃ।
অপ্রাপ্তযৌবনাসঙ্গাৎ ভবেদজগরো বনে॥ ২৯॥
গুরুদারাভিলাষী চ কৃকলাসো ভবেন্নরঃ।
রাজ্ঞীং গত্বা ভবেদুষ্ট্রো মিত্রপত্নীং চ গর্দ্দভঃ॥ ৩০॥

---

মুপীহুদি ঈশিংদা তিনবা ওইনা পোকলৈ, মপুরোইববু মানা ভুম্ববতা হোৎনহুনা মপুরোইবদা ধমবা ভৌরিবী মহাক্তুদি হীক ওইনা পোকলৈ॥ ২৬॥

মপুরোইববু থাদোক্তুনা অ:তোপ্পা নুপাপা মরী থমলিবী অমুগুবী ওকত্রবী মুপী অহুদি চুম, লমছই (বল্গুলী) অমদি সৈৈ মকোক অনিমভা মকোক পানবা লিন ওই॥ ২৭॥

অহুগুম্বা নুপা অহুনা মশাগী গোত্রবু থওইদহুনা মশানা গোত্র মাম্নবী নুপীবু হাম্নবদি য়েক শলাই গোত্র মাম্নবা মশাগী মরীমতা ওইবী নুপীবু ভিম্নবা অমদি লৌম্নবদি শওম অমদি লাইরেনগী মপোকতা পোকই॥ ২৮॥

লাইনিংবী তপস্বিনীগী মথমদা বলাৎকার শিজিন্নহুনা মথা পোলহনবা হাম্নবদি লাইনিংবী নুপীদা মানা অণ্ডম তান্দুনা ভিম্নবা মীশক অহুদি "পিশাচ" হায়বা মপোক অহু ওইহুনা পোক্তনা মপুনশি চুপ্পা মথোক কাম্নকপগী নুঙাইবা থাদবী নুপীগা ভিন্নরৈ অমম্নুং জঙ্গলদা লাইরেন ওন্দুনা পোকলৈ॥ ২৯॥

গুরুগী নুপীদা আশা তৌবা, অমম্নুং লমচৎ নত্তবা চৎপা মীশক্না মুম্বিৎমুংবী চুম ওইরৈ, নিংথৌগী নুপীদা মিৎয়েং নত্তবা

গুরুগোবিত্ত্বরাহঃ বৃষঃ স্যাৎ বৃষলীপতিঃ।
মহাকামী ভবেত্তস্ত স্যাদশ্বঃ কামলম্পটঃ॥ ৩১॥

ঘৃতস্যৈকাদশাহস্ত ভুঞ্জানঃ শ্বা বিজায়তে।
লভেদ্দেবলকো বিপ্রো যোনিং কুক্কুট সংজ্ঞিকাম্॥ ৩২॥

দ্রব্যার্থ দেবতা পূজাং যঃ করোতি দ্বিজাধমঃ।
স বৈ দেবলকো নাম হব্যকব্যেষু গর্হিতঃ॥ ৩৩॥

---

য়েংবা মীনা উট ওইনা পোকই, মক্লুপকী মুপী য়েংবনা গাধা ওইনা পোকই॥ ৩০॥

মুপা মশেল তিন্নবনা অমাংবা চাবা কন্ত্রবা ওক ওইনা পোকই, ক্ষত্রিয় বৈশ্য ব্রাহ্মণ বর্ণ অহুমনা হন্থবা জাতি শূদ্রানীদা তিন্নবনা শন ওইনা পোকলৈ, অমসুং কামক্রীড়াদা লম্পট ওইবা (মশাদা অপেনবা লৈতবা) অয়া:-য়াদ য়েংদবা মীশকনা শগোল ওইনা পোকই॥ ৩১॥

অহল-লম্মন অমদি শাগৈগী শিবগী ভয়ামাথোইনি গুবদা চারি থকনিবা চয়া হেঁক্রবা মীশক অচু হুই ওইনা পোকই, হায়বদি ব্রাহ্মণগীনা ভরানি ঘৃত মাংলগা ভয়ামাথোইনিদা, ক্ষত্রিয়গী ভরানিথোইনি মাংলগা ভয়াহুমদোইদা শ্রাদ্ধ দিনগী মুমিত্তা শ্রাদ্ধ লোইজিনবা মমুংদা চারিবা মীশক্ হুই ওই, পোৎ পাম্বদগী পূজা তৌরিবা "দেবলক ব্রাহ্মণ" য়েনগী মপোক ওইনা পোকলৈ॥ ৩২॥

লন পাম্বদগী লাইবু পূজা সেবানচিংবা তৌরিবা অহুগুবা অতোনবা ব্রাহ্মণগী মমিং "দেবলক" কৌই, মহাক অচুনি মজ্ঞদা পিতৃ শ্রাদ্ধদা মরম তৌবদা মতিক চাত্রবনি॥ ৩৩॥

মহাপাতকজান্ ঘোরান্নরকান্ প্রাপ্য দারুণান্।
কর্ম্মক্ষয়ে প্রজায়ন্তে মহাপাতকিনস্ত্বিহ ॥ ৩৪ ॥
খরোষ্ট্রমহিষীণাং হি ব্রহ্মহা যোনিমৃচ্ছতি।
বৃকশ্বানশৃগালানাং সুরাপা যান্তি যোনিষু ॥ ৩৫ ॥
কৃমিকীট পতঙ্গত্বং স্বর্ণস্তেয়ী সমাপ্নুয়াৎ।
তৃণগুল্মলতাত্বং চ ক্রমশো গুরুতল্পগঃ ॥ ৩৬ ॥
পরস্য যোষিতং হৃত্বান্যাসাপহরণেন চ ॥
ব্রহ্মস্বহরণাচ্চৈব জায়ন্তে ব্রহ্মরাক্ষসাঃ ॥ ৩৭ ॥

---

অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ অসিদি মানা চৌজবা পাপ অতুম্বজনা কাজবা অকিবগী মশক ওইরবা নরক্তা তারুরগা মর্ত্তলোক লসিদা অমুক লাকতুনা মথক্তা হায়গ্রিবা মপোক "মেন" অদু ওইনা পোকলে ॥ ৩৪ ॥

ব্রাহ্মণ হাৎপা, জীব হাৎপা মীশকনা নরক্তা অরাবদু মতম কুইনা কংলুরগা গাধা, উট, ইরোই ওইনা পোকলে, অসুম্বা যরাই কাবা মু থকপা মীশক্না কৈশাল, হুই, লমহুইগী মপোক্তা পোকলে ॥ ৩৫ ॥

সনা হরানবা মীশক্তা হল, তীল, কৈয়াম্বী ওইনা পোকলে, গুরুগী মুপীদা কিৎরেং মত্তবা মেংবনা নাপী. উরীমশা মান্না লোংবা গুল্ম কৌবা জাৎ, উরী, অচৌবা মশা লোংদবা মরী শাংনা চৎপা লতা কৌবা জাৎ ওইনা পোকলে ॥ ৩৬ ॥

অতোপ্পা মীগী মুপীবু মত্তবা কিৎরেং মেংবা, অতোপ্পগী মরল মথুম হরানবা অমদি. ব্রাহ্মণগী মরল মথুমু মাংহনবা মীশক অদুদি ব্রহ্মরাক্ষস হায়বদু ওই ॥ ৩৭ ॥

ব্রহ্মস্বং প্রণয়াৎ ভুংক্তে দহত্যাসপ্তমং কুলম্।
বলাৎকারেণ চৌর্য্যেণ দহত্যাচন্দ্রতারকম্॥ ৩৮॥
লোহচূর্ণাশ্মচূর্ণে চ বিষং চ জরয়েন্নরঃ।
ব্রহ্মস্বং ত্রিষু লোকেষু কঃপুমাঞ্জরয়িষ্যতি॥ ৩৯॥
ব্রহ্মস্বরসপুষ্টানি বাহনানি বলানি চ।
যুদ্ধকালে বিশীর্য্যন্তে সৈকতাঃ সেতবো যথা॥ ৪০॥
দেবদ্রব্যোপভোগেন ব্রহ্মস্বহরণেন চ।
কুলান্যকুলতাং যান্তি ব্রাহ্মণাতিক্রমেণ চ॥ ৪১॥

---

লৌথুনবা লৌকোই তৌদুনা ব্রাহ্মণবু মুংশিনদুনা থাজহন্নগা ব্রাহ্মণগী ময়ুম চাখোকলিবা মীশক অহুমদি পুরোন তরেৎ নরক তাই, অদুগা বলাৎকারনা নমদুনা অমদি হরান্দুনা ব্রাহ্মণগী ময়ুম লৌরবদি মাগী শাগৈ অহু থা থবাম্মিচাক্কা খোকলিবমখৈ নরকা তাই॥ ৩৮॥

যোৎপু কুপহনবা ঙমই, তুমহনবা ঙমই, নুংবু তুমহনবা ঙমই, হবুম্ব বহ ময়াই চমহনবা ঙমই, অদুবু ব্রাহ্মণগী সম্পদবু মাংহনবগী দোষ অদুবুদি মাংহনবা ঙবা কনানু মলোন অহুম অসিদা লৈখিদরি॥ ৩৯॥

ব্রাহ্মণগী মপোৎ ময়ুম হুরুবগা যোক থাকলিবা মচা মশুনচিংবা অদু লালগী মতমদা শগোল শামু বথ লোনাই অমদি খোংমী লানমী পুম্নমক তুমঙুম অমদি লৈতোইনা শাবা পনঙুম্বা (খোংঙুম্বা) মাংই॥ ৪০॥

লাইগী মপোৎ মটেচ লোমা চাক্লবা, ব্রাহ্মণগী মপোৎময়ুম হরাম্লবা, ব্রাহ্মণবু মাইথীবা পীরবদগী অচৌ অচৌবা শাগৈদা পোকপা, তৌবঙবা, শক্তি লৈবা কয়া মাং তাকখি॥ ৪১॥

স্বমাশ্রিতং পরিত্যজ্য বেদশাস্ত্রপরায়ণম্ ।
অন্যেভ্যো দীয়তেদানং কথ্যতেঽয়মতিক্রমঃ ॥ ৪২ ॥
ব্রাহ্মণাতিক্রমো নাস্তি বিপ্রে বেদবিবর্জ্জিতে।
জ্বলন্তমগ্নিমুৎসৃজ্য নহি ভস্মনি হুয়তে ॥ ৪৩ ॥
অতিক্রমে কৃতে তার্ক্ষ্য ভুক্ত্বা চ নরকান্ ক্রমাৎ।
জন্মান্ধঃ সন্দরিদ্রঃ স্যান্ন দাতা কিন্তু যাচকঃ ॥ ৪৪ ॥
স্বদত্তাং পরদত্তাং বা যো হরেচ্চ বসুন্ধরাম্।
ষষ্টিবর্ষসহস্রাণি বিষ্ঠায়াং জায়তে কৃমিঃ ॥ ৪৫ ॥

---

বেদ শাস্ত্র কনা থংহৈহুনমু, মনাক্তা চংজরিবা, মরুম থুপ্পুনা লেরিবা ব্রাহ্মণবু হন্দোক্লমগা অতোপ্পদা দান তৌরিবা মহাক মতুবু "অতিক্রম" কৌই ॥ ৪২ ॥

অদুগা মমাক্তা মরুম থুপ্পুনা লৈজরবসু বেদ শাস্ত্র হৈদবা ব্রাহ্মণবু থাদোকপদি অতিক্রম কৌদে, মরমদি মৈচাক কনা চাকলিবা মৈদা হোম তৌবা নত্তনা উত্তদি কনাবসু হোম তৌদে, মদুনা বেদহৈবা ব্রাহ্মণতবু অর্চ্চা পূজা দাম্নচিংবা তৌগদবনি ॥ ৪৩ ॥

হে গরুড় মরম অসিদগী শাস্ত্র খংবা পণ্ডিত ওইবা ব্রাহ্মণবু থোওইদবা, পূজা তৌদবা, দান তৌদবা মীশক অদুদি মরক্তা মথং মথং নৈরকগা মপোক্তা ওইনা গর্ভদগী মমিত্তাংবা ওইরবা ওই, অমসুং দান তৌরবা মীশক অদুদি ভীক্ষা নিবা মী ওইবদি মশানা ভাবনি ॥ ৪৪ ॥

কনাগুম্বনা কৎপা, দান তৌবা ব্রাহ্মণগী লম ইংথোলন- চিংবসু হয়াঙ্গিবা মীশক অদুদি চহি লিশিং হুম্ফূতাম্না চুপক্না মমাংবা কত্তবা চাবা হল ওই ॥ ৪৫ ॥

স্বয়মেব চ যো দত্বা স্বয়মেবাপকর্ষতি।
স পাপী নরকং যাতি যাবদাভূতসংপ্লবম্ ॥ ৪৬ ॥
দত্বা বৃত্তিং ভূমিদানং যত্নতঃ পরিপালয়েৎ।
ন রক্ষতি হরেদ্যস্তু স পঙ্গুঃ শ্বাহভিজায়তে ॥ ৪৭ ॥
বিপ্রস্য বৃত্তিকরণে লক্ষধেনুফলং ভবেৎ।
বিপ্রস্য বৃত্তিহরণান্মর্কটঃশ্বা কপির্ভবেৎ ॥ ৪৮ ॥
এবমাদীনি চিহ্নানি যোনয়শ্চ খগেশ্বর।
স্বকর্ম্মবিহিতা লোকে দৃশ্যন্তেহত্র শরীরিণাম ॥ ৪৯ ॥

---

মশানা ব্রাহ্মণ দান পীবোকপ্রবা পোৎ-চৈবু মশানা অমুক লৌশিনবা হয়ানবা মীশকত্তু'দ প্রলয় থোবা কাওবগী মতম চুপনা নরক তাই ॥ ৪৬ ॥

ব্রাহ্মণা জীবিকা ওইনবা ( হিংনবা ) পীবা বৃত্তি হায়নবদি সনা লুপ্পানচিংবা অমদি লম-ডু নৈপাক দান তোগনি অমসুং মহবু মাংদনবসু ও কনি, মাদু ভাকপগী মহক্তা মাংহল্লবা মীশক অঙুদি মখোংতেকপা ওই অমসুং হুইগী মপোক ওইনা পোকই ॥ ৪৭ ॥

ব্রাহ্মণগী হিংনবা বৃত্তি সনা লুপ্পানচিবা পীবা মীশকদি শনবী লক্ষা অমা দান তোবগী ফল ফংই. ব্রাহ্মণগী বৃত্তিবু মাংহল্লবা মীশক অঙুদি য়োং অমদি হুই ওইনা পোকই ॥ ৪৮ ॥

হে গরুড় নরকী অরবদু ফংলুরগা মর্ত্তলোক অসিদা লাকতুনা হকচাংবু ফংলিবা পাপচেবা জীবশিংনা চণ্ডাল-ভীল হুই, ওকচিংবগী মপোক্তা পোকপৈ অমসুং মিত্তাংবা, নাপংবা খোংতেকপা অসিনচিংবা খুদমশিং অসি ওইনা পোকই ॥ ৪৯ ॥

এবং দুষ্কর্ম্ম কর্ত্তারো ভুক্ত্বা নিরয় যাতনাম্।
জায়ন্তে পাপশেষেণ প্রোক্তাস্বেতাসু যোনিষু॥ ৫০ ॥
ততো জন্মসহস্রেষু প্রাপ্য তির্য্যক্ শরীরতাম্।
দুঃখানি ভারবহনোদ্ভবাদীনি লভন্তি তে॥ ৫১ ॥
পক্ষিদুঃখস্ততো ভুক্ত্বা বৃষ্টিশীতাতপোদ্ভবম্।
মানুষং লভতে পশ্চাৎ সমীভূতে শুভাশুভে॥ ৫২ ॥
স্ত্রীপুংসোস্তু প্রসঙ্গেন ভূত্বা গর্ভে ক্রমাদসৌ।
গর্ভাদিমরণান্তং চ প্রাপ্য দুঃখং ম্রিয়েৎ পুনঃ॥ ৫৩ ॥

---

মতৌ অসুম্না ফত্তবা থবক তৌবা পাপচৈরশিংনা নরকী দর'বব কংলুরগা লেংহৌরিব পাপ থরত্ত লোইননবগী মমক ইংলোক অ'সদা লাক্লগা মথকী হুই ওকনচিংবগী মপোকতা মমুক পোকলৈ ॥ ৫০ ॥

মতুদগী চহি লিশিং কয়ামক্লম মপোক লিংশিং কয়ামক্লম গা-শনগী মপোক্তা পোক্তনা অয়াবা কোংকথোং পুহনা পাপ নচু লোইনবা মতম বয়ামুক লেপ্পুনা লৈ ॥ ৫১ ॥

মসুম্না শাগী মপোক কয়া পোকলুরগা নোংজু-নুংশা অয়িং নশাগী অয়া'বা কংলিবা থাংলিবা উচকশিংগী মপোক কংলৈ, মতংদুদা মশান তৌজবা কর্ম্মগী অক-কত্তগী চংনা মায়য়বা মতুংদা য়াম্ম য়াম' মীওইবগী মপোক্তা পোকপা কংলৈ ॥৫২॥

অদুগুম্বা মীওইবগী মপোক অদুদসু মানা মানা ওইগদবা মওং হ য়বদি নুপা নুপীগী বশক লৌরগা গর্ভদা চংই, অমসুং গর্ভ অদুদগী হৌয়দুনা হিংলিবৈ মতম অদকী মথে অচু অয়া অনা কয়ামুক থা'জম্নপা মাগী মাগী কংজগদবা মপুনশিংগী মতমহু তুরগা অমুক শিথি ॥ ৫৩ ॥

সমুৎপত্তির্বিনাশশ্চ জায়তে সর্ব্বদেহিনাম্।
এবং প্রবর্ত্তিতং চক্রং ভূতগ্রামে চতুর্ব্বিধে॥ ৫৪॥
ঘটীযন্ত্রং যথা মর্ত্ত্যা ভ্রমন্তি মম মায়য়া।
ভূমৌ কদাচিন্নরকে কর্ম্মপাশ সমাবৃতাঃ॥ ৫৫॥
অদত্তদানাচ্চ ভবেদ্দরিদ্রো দরিদ্রভাবাচ্চ
করোতি পাপম্।
পাপপ্রভাবান্নরকে প্রয়াতি পুনর্দ্দরিদ্রঃ
পুনরেব পাপী॥ ৫৬॥

---

হে গরুড় পোকপা অমদি শিবা হায়বসি হকচাং পাক্‌বা কাংবুক্তদা ওই, অসিগুবা পোকপা শিবগী চক্র অসি জরায়ুদগী (মাওয়োমদগী) পোকপা, মরুদগী পোকপা, মযা মপা য়াওদনা মরমাই পোকপা, অতিয়াদগী পোকপা অসিগুবা মথল মরিগী থরাই পানবশিং অসিদা ওই॥ ৫৪॥

থরাই পানবা পুরমক অসি চহূ শাবনী যন্ত্র (খুৎলাই) গী মতৌগুম লৈরুনা লৈ, অহগা মশানা তৌজখিবা কর্ম্মগী মহৈনা খুহমচন্থনা কদিগুমদা পৃথিবীদা পোকলৈ, কদিগুমদনা নরকতা চৎলি॥ ৫৫॥

মীওইবনা দান তৌদ্রবদি লাইরবা ওই, লাইরবদি পাপ তৌই, পাপকি মহৈদগী (প্রভাবতগী) নরকতা চৎলি, অমমু অমুক হন্না লাইরবা ওই, মতুদগী অমুকমু পাপচেনবা ওই।
॥ ৫৬॥

অবশ্যমেব ভোক্তব্যং কৃতং কর্ম্ম শুভাশুভম্ ।
নাভুক্তং ক্ষীয়তে কর্ম্ম কল্পকোটিশতৈরপি ॥ ৫৭॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে পাপচিহ্ন নিরূপণো নাম পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ।

---

অফবা কর্ম্মশু ফত্তবা কর্ম্মশু, তৌরুরিবা কর্ম্ম অদুগী মহৈাদ শোয়দনা নৈ, লেপ্ন মাংদে, মহু শোয়দনমক কংগানি, করিদগী তৌরবা থবকী মহে হায়বসি চঙি বম্ন কোটি চাম নৈংনমু মাংথিবা মরৈক্রে, মহুবু চাদনা হায়বদি কংলনা করিগুম্বদা লোইথিবা মাংথিবা নৈতে ॥ ৫৭ ॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরাণ সারোদ্ধারগী হদুংদা পাপকি থুদম হায়বা মমিংনা ওইবা মঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ।

— —

## অথ ষষ্ঠেঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ

কথমুৎপদ্যতে মাতুর্জঠরে নরকাগতঃ।
গর্ভাদি দুঃখং যৎ ভুংক্তে তন্মে কথয় কেশব ॥ ১ ॥

---

গরুড়না হায়—

হে ভগবন্ নরকগী লাকপা জীবনা মমাগী গর্ভদা কররোনা চংবগে অমসুং মতৌ কয়ম.তৌনা গর্ভনচিংবদা অবাবা কংবগে মহ পুম্নমক ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ॥ ১ ॥

বিষ্ণুরুবাচ

স্ত্রীপুংসোস্তু প্রসঙ্গেন নিরুদ্ধে শুক্রশোণিতে।
যথায়ং জায়তে মর্ত্ত্যস্তথা বক্ষ্যাম্যহং তব ॥ ২ ॥
ঋতুমধ্যে হি পাপানাং দেহোৎপত্তিঃ প্রজায়তে।
ইন্দ্রস্য ব্রহ্মহত্যাস্তি যস্মিংস্তস্মিন্দিনত্রয়ে ॥ ৩ ॥
প্রথমেঽহনি চাণ্ডালী দ্বিতীয়ে ব্রহ্মঘাতিনী।
তৃতীয়ে রজকী প্রোক্তা নরকাগতমাতরঃ ॥ ৪ ॥

---

শ্রীবিষ্ণুভগবানা হায়ঃ –

হে গরুড় নুপী অমদি নুপা অনিনা তিন্নবদা, নুপীগী গর্ভদা নুপাগী বীর্য্য ( কন্নী ) নুপীগী রক্ত ( ঈ ) অনি অসি পুন্ন' লৈরুই অদুগুম্বা রক্ত-বীর্য্য অনিনা তিন্নরগা মথক্নাই পানবা ওইরকপগী মরম পুম্নমক ঐ হায়গে তাও ॥ ২ ॥

ঋতু ওইখিবৈগী নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা পাপচেনবশিং অতুগী হকচাং ওই, ঋতু হায়বসিনা ইন্দ্রদেব ( স্বরাবেন ) গী ব্রাহ্মণ হাৎলুবদগী পাপ অদুনি, ইন্দ্রনা বিশ্বরূপ কৌবা ব্রাহ্মণব হাৎলুবগী ব্রহ্মহত্যাগী দোষ কংখি, মতম অদুদা ইন্দ্রনা পাপ অদুদগী লাম্হোক্নবগীদমক পাপ অদুবু শরুক মরি থোক্লগা উদা অমা, পৃথ্বীদা অমা, ঈশিংদা অমা, নুপীদা অমা পীখি, মদুগী মহুত্তা মাগী মাগী বর অমমম পীখি [ মসু শ্রীমদ্ভাগবতগী ষষ্ঠ স্কন্ধগী মাপনশুবা অধ্যায়গী শ্লোক মাপন শুবনা হায়রি ] অদুগুম্বা ব্রহ্মহত্যাগী পাপ অদু নুপীশিংদা রজ [ ঈ ] গী মশক ওইনা থা খুদিংগী নুমিৎ হুমনি হুমনি উম্নিবসিনি ॥ ৩ ॥

অদুগুম্বা নুমিৎ হুংনি অদুগী অহানবা নুমিৎ অদুনা চণ্ডাল নিতোলগা মান্নৈ, অনিশুবা নুমিৎ অদুনা ব্রাহ্মণ হাৎপী, অহুম

কর্ম্মণা দৈবনেত্রেণ জন্তুর্দ্দেহোপপত্তয়ে।
স্ত্রিয়াঃ প্রবিষ্ট উদরে পুংসোরেতঃ কণাশ্রয়ঃ ॥ ৫ ॥
কললং ত্বেকরাত্রেণ পঞ্চরাত্রেণ বুদ্বুদম্।
দশাহেন তু কর্কন্ধুঃ পেশ্যণ্ডং বা ততঃ পরম্ ॥ ৬ ॥
মাসেন তু শিরোদ্বাভ্যাং বাহ্বঙ্গাদ্যঙ্গবিগ্রহঃ।
নখলোমাস্থিচর্ম্মাণি লিঙ্গচ্ছিদ্রোদ্ভবস্ত্রিভিঃ ॥ ৭ ॥
চতুর্ভির্ধাতবঃ সপ্ত পঞ্চভিঃ ক্ষুত্তৃডুদ্ভবঃ।
ষড্ভির্জরায়ুণা বীতঃ কুক্ষৌ ভ্রাম্যতি দক্ষিণে ॥ ৮ ॥

---

শুবা মুমিৎনা থোবী নিঙোলগুম মাংই, অমুম্না নুমিৎ হৌবনি অসি নরকতগী লাকলিবা পাপী শিংনা চংই ॥ ৪ ॥

ঈশ্বরগী থৌইনশিন্দগী মা মাগী কর্ম্মগী ফল মতুংইন্না জীবনা হকচাং ফংনবগীদমক মুপা মুপীগী ঈ অমদি বীর্য্যগী মপান তাংনা ঈগা বীর্য্যগদা তোংফনা মনাগী গর্ভদা চংই ॥ ৫ ॥

অহিং অমদদি ঈগা বীর্য্যগা ভিন্নবতমক ওই অমমুং অহিং মঙাদদি কোন্জোলগী মতৌ ওইরে, অহিং তরাদদি থোড়োই অমগুম্না মতুম তারে, অমমুং য়েংবদা মতুংশিদদি শচুম অমগুম মতুম তারকনে ॥ ৬ ॥

থা অমা কায়রবদি কোক পারে, থা অনিদদি পাখোম অনি খোংনচিংবা হকচাংগী শরুক পারে, থা অহুমদদি খুজিন, ডু, শরু, উরশা অমদি হকচাংগী অথুম্বা লিজনচিংবা অহোংবা থাব (খোং) পারে ॥ ৭ ॥

থা মরিদা উন তোং ঈ-নচিবা ধাতু তয়েং, থা মঙাদা অরাম থৌরাংবা থংলে, থা তরুক্তা জরায়ু কোবা ফুয়োমনা য়োমচুম্না মপাগী পুক্তী য়েংখংবা শরুক্তা চৎলি ॥ ৮ ॥

মাতুর্জগ্ধান্নপানৈস্তৈরেধদ্ধাতুরসংমতে।
শেতে বিন্মূত্রয়োর্গর্ত্তে স জন্তুর্জন্তু সম্ভবে ॥ ৯ ॥
কৃমিভিঃ ক্ষত সর্ব্বাঙ্গঃ সৌকুমার্য্যাৎ প্রতিক্ষণম্।
মূর্চ্ছামাপ্নোত্যুরুক্লেশস্তত্রত্যৈঃ ক্ষুধিতৈর্মুহুঃ ॥ ১০ ॥
কটুতীক্ষ্ণোষ্ণলবণরুক্ষাম্লাদি ভিরুল্বণৈঃ।
মাতৃভুক্তৈরুপস্পৃষ্টঃ সর্ব্বাঙ্গোত্থিতবেদনঃ।
উল্বেন সংবৃতস্তস্মিন্নন্ত্রৈশ্চ বহিরাবৃতঃ ॥ ১১ ॥
আস্তে কৃত্বা শিরঃ কুক্ষৌ ভুগ্নপৃষ্ঠশিরোধরঃ।
অকল্পঃ স্বাঙ্গচেষ্টায়াং শকুন্ত ইব পঞ্জরে ॥ ১২ ॥

---

জীব অদুনা মমানা চারক থক্রকপা চিঞাক অদুগী মহাং রস অদু কাংদুনা নোংম মোংমগী চ'ওথংলক্‌লে', থী মুংগ তুংনকম ওইরবা তুকচরবা জীবগী পোক্লকম অদুদা তিন কাংশুম বিশুনা লৈ ॥ ৯ ॥

জীব অদুগী মৌরবা মশা অদুদা, মমাগী গর্ভ মনুংদা লৈব মপুক লাম্নবা তীনশিংনা চীকপনা মতম থুডিংদা মাম্না ঙাঁন থাংহনা লৈ অমম্লুং মহৃদা হম্না হম্না বাহুহনা লৈ ॥ ১০ ॥

মমানা চারক থক্রকপা পোৎশিংগী মহৃ'দা অথাবা, অককপা অয়াকপা, অশাবা, অশিনবা, অথৈবা মহাও কয়াগী রসন কাংলকপদা মৌরবা হকচা' অদুনা থাংবা শুমদনা বাবা কারবা ওই অমম্লুং থা তরেৎ শুরকপম্‌গী মশাদা জ্ঞান লৈরকলদুন মপোক কয়াশা তৌখিবা কর্ম্মবু নিংশিংদুনা সংসারদা থোক্লপ বাক্লগদবনু কিবনা (মতাং অসিদা ভগবৎ ভক্তশিংনি হন্নিবু স্তুতি তৌই হায়না শ্রীমদ্ভাগবতনা বর্ণন তৌই) বানা লৈ ॥ ১১ ॥

মমাগী মবুক মনুংদা মকোক অদু শুকথদুনা, মরেংবাম রাংথৎদুনা মশা খুৎচিন্দুনা শিক্লবা চিক্লবা মমাগী গর্ভদুংদ

তত্র লব্ধস্মৃতি দৈবাৎ কর্ম্ম জন্ম শতোদ্ভবম্।
স্মরন্ দীর্ঘমনুচ্ছ্বাসং শর্ম্মকিং নাম বিন্দতে ॥ ১৩ ॥
নাথমান ঋষির্ভীতঃ সপ্তবধ্রিঃ কৃতাঞ্জলিঃ।
স্তুবীত তং বিক্লবয়া বাচা যেনোদরেঽর্পিতঃ ॥ ১৪ ॥
আরভ্য সপ্তমান্মাসাল্লব্ধবোধোপি বেপিতঃ।
নৈকত্রাস্তে সূতিবাতৈর্বিষ্ঠা ভূরিব সোদরঃ ॥ ১৫ ॥

---

মশা অদু মরমাই লেং ওৎচবা কাওবা অমদি হায়-হয়া লৈজবা ওমবদা মওংদা, শরু পোক্লাং মনুংদা জীবনা য়াম্না বানা লৈ ॥ ১২ ॥

মতম অদুদা মমাগী গর্ভদা লৈনা লৈনা ঈশ্বরগী থৌজিন্নগী মাগী মশাদা নিংশিংবগী শক্তি অমা লাকতুনা মপোক কয়ামুক মমাংদা ওইখিবা অদুদা তৌখ্রিবা পাপ কর্ম্মশিংবু নিংশিংলকই, মদুগী অরাবনা মুংশাবগী ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা, কয়িওবা মওংগী মুঙাইবা হায়বদু অমত্তা লৈতনা য়াম্না বানা থাংদুনা লৈ ॥ ১৩ ॥

থাজু ভয়েংনা পুম্নবা, হকচাংগী স্বভাব ওইবা অকি অথংনা ভিক্লবা, হকচাংগী অমদি আত্মাগী তত্ত্ব খংনবা মুনি ঋষিগী মতৌগুম জীব অদুনা মানা সংসারদা থোক্লগা কংলুংদবা অরাবশিংদু থম্লুবদা শ্রীভগবান্না মথুং লোয়দুনা তনিক তনিকপা বাহৈনা স্তুতি তৌই ॥ ১৪ ॥

থা তরেৎতগী তম্না কাওবগী মথুং অসিদা প্রসূতি মারুৎ কৌবা পোকলমদাইগী হুংশিৎনা মশাদা থৈবদা মশাদু অমরোমদা অমুক অমরোমদা অমুক হায়-হয়দুনা, লেংদনা লৈজবা ওমদনা থমোংপা অমাংবা মকমগী তৌলঙয়া বানা পোকপগী মতম

জীব উবাচঃ—

শ্রীপতি জগদাধারমশুভক্ষয়কারকম্ ॥
ব্রজামি শরণং বিষ্ণুং শরণাগতবৎসলম্ ॥ ১৬ ॥
ত্বন্মায়া মোহিতো দেহে তথা পুত্রকলত্রকে।
অহং মমাভিমানেন গতোঽহং নাথ সংসৃতিম্ ॥ ১৭ ॥
কৃতং পরিজনস্যার্থং ময়া কর্ম্ম শুভাশুভম্।
একাকী তেন দগ্ধোঽহং গতাস্তে ফলভোগিনঃ ॥ ১৮ ॥
যদি যোন্যাঃ প্রমুচ্যেঽহং তৎস্মরিষ্য পদং তব।
তমুপায়ং করিষ্যামি যেন মুক্তিং ব্রজাম্যহম্ ॥ ১৯ ॥

---

ভাইদুনা লৈ। ( শ্রীহরিদা স্তুতি তৌরিবশিং অসিদি শ্রীহরিগী মনাই ভক্ত ওইবাশিংভনি অতৈদি তৌদে ) ॥ ১৫ ॥

জীবনা হায়খি :—

হে লক্ষ্মীগী মপুঙো, জগৎকি চংজকম ওইবা জগৎপু পুখিরিবা, কত্তবা পুম্নমকপু মাংহনহিন্নিবা, চংজবা পুম্নমকপু ঙাকপিরিবা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্‌গী চরন্দা মনাইনা চংজরি ॥ ১৬॥

হে ভগবন্ ননাই ঐদি ইবুংঙো নংগী মায়ানা শুমহত্তুনা মুপীগী গর্ভমসুংদা মচাগী মশক ওইবা, ঐগী হায়বা নাপন অসিনা মরম ওইদুনা হন্দোক হজিল নাইবা সংসারগী চক্র অসিদা তাদুনা লৈরে ॥ ১৭ ॥

ঐনা ইচা ইশু, শাগৈ-ন'তৈগীদমক অকব থবক কয়া কত্তবা থবক কয়া তৌখি, মদুগী কলাকলদি মখোই পুম্নমকনা চা'খি অদুগা মখোইদি তোঙান' কৈদ্রগা ঐ ইতোমতা কত্তবা থবকী মহৈ অদুগী মৈনা চাক্কুনা লৈরে ॥ ১৮ ॥

হে ভগবন্ ঐনা কংলিবা মপোক অসিদগী হেক লানবদা

বিণ্মূত্রকূপে পতিতো দগ্ধোঽহং জঠরাগ্নিনা।
ইচ্ছন্নিতো বিবসিতুংকদা নির্য্যাস্যিতে বহিঃ ॥ ২০ ॥
যেনেদৃশং মে বিজ্ঞানং দত্তং দীনদয়ালুনা।
তমেব শরণং যামি পুনর্মে মাঽস্তু সংস্থিতিঃ। ২১ ॥
ন চ নির্গন্তুমিচ্ছামি বহির্গর্ভাৎ কদাচন ॥
যত্র যাতস্য মে পাপকর্ম্মণা দুর্গতির্ভবেৎ ॥ ২২ ॥
তস্মাদত্র মহৎদুঃখস্থিতোঽপি বিগতক্লমঃ।
উদ্ধরিষ্যামি সংসারাদাত্মানং তে পদাশ্রয়ঃ॥ ২৩।

---

ঐনা নংবুড নিংশিংজহুনা নৈগনি অমত্তুং অয়ানবা থুবম হায়বত্তু কংনব। উপায় অহৃতা থিজগনি ॥ ১৯ ॥

বোঁজিক ঐহাক অসি অমাং অশোয় কত্ত-হোঁদিগী কুহা গুহা মকম ইম'গী মপুক মত্তুঃ অসিদা পুকী নৈনা চাকতুনা লৈরে, হে ভগবন্ ঐ থুনমক মপাল খোকচনিংলে, ইবুঙো নংনা কৈদৌঙৈ নমাইবু গর্ভসিদগী মপালদা পুথোকপিগদগে ॥ ২০ ॥

ইবুংঙো নংনা নমাইদা নহানমুকী মপোক নিংশিংবা গুহা ান অসি পীনবিরি, অহুনা ঐনা ইবুংঙো নঙোন্দা চংজর মরমদি অসিগুহা মায়াগী সংসার হন্দোক হৌজল তৌবা অসিদগী লাম্ৎোকপা ওমহনবিয়ু ॥ ২১ ॥

হে ভগবান্ মসি পুম্নমকসি থম্লবদা নমাই ঐগী পুক্নিংশি অয়েম্বা নৈভবগুমনা অমুকন্তু ঐনা গর্ভদগী মপাল খোক্লগা ঐনা তৌখিবা পাপ কর্ম্মগী ফল অত্তু চাক্লনি থনবদগী অমুকন্তু গর্ভ অসিদগী মপাল খোকচনিংদরে ॥ ২২ ॥

ঐনা গর্ভদগী মপান খোক্লবদি মথল করাগী অবাবত্তু ন'ত্তুরনি অহুগা অবাবশিং অহৃতগঃ মায়োকনবনা ইবুংঙো নংগী খোচয়ণদু নিংশিংবা, ঐচরন্দা চংজবা হায়বত্তুত্তু ওমযোই অহুনা

:—

এবং কৃতমতির্গর্ভে দশমাস্যঃ স্তুবন্নৃষিঃ।
সদ্যঃ ক্ষিপত্যবাচীনং প্রসূত্যৈ সূতিমারুতঃ ॥ ২৪ ॥
তেনাবসৃষ্টঃ সহসা কৃত্বাঽবাক্ শির আতুরঃ।
বিনিষ্ক্রামতি কৃচ্ছ্রেণ নিরুচ্ছ্বাসো হতস্মৃতিঃ ॥ ২৫ ॥
পতিতো ভুবি বিণ্মূত্রে বিষ্ঠাভূরিব চেষ্টতে।
রোরূয়তি গতে জ্ঞানে বিপরীতাং গতিং গতঃ ॥ ২৬ ॥

---

অসিগুম্বা গর্ভগী অবাবা অসিদা লৈছলম্বু মসি থল্লবা তৌদনা সংসার অসিদগী লায়বা লম্বী থীজরগে মকম অসিদা অমুমক লৈজরগে, কয়িদগী হায়বদা মকম অসিদদি ইবুংঙো মংগী চরণগী আশ্রয় কাজরি অমসুং ইবুঙো মংনা পীনবিবা জ্ঞান অসিনা ময়ম ওইহনা সংসার লামথা লম্বীদু তাঙ্গরগে ॥ ২৩ ॥

শ্রীভগবান্না হায় :—

হে গরুড় মতৌ অমুম তৌনা গর্ভদা লৈহনা জীবনা অখোইবা বুদ্ধি ওইরিবা থা তরাগী ঋষিগী মশক ওইবা অঙাং অহনা ঐবু স্তুতি তৌই, মতম অসিদা গর্ভগী প্রসূতি মারুত কৌবা মুংশিৎনা মহাকপু মকোয়া মথা ওয়া গর্ভগী মপান্দা ইম্বরকই ॥ ২৪ ॥

অহুগুম্বা প্রসূতি বায়ুনা থাহোৎনা মকোকনা মথা ওন্দুনা ইম্বরকলবা অঙাংহনা বাযনখিবনা মুংশো খর হোনবা কাওম ওথদনা খর খিংহনা পৃথিবীদা তারবদা মাপী হায়গী গর্ভদা লৈরিবৈদা ওইরবা নিংশিংবা থুদিং তম্লবা ঈশ্বরনা পীবা বুদ্ধি অদু মাংথি ॥ ২৫ ॥

অহুম্বা পৃথিবীদা তারবদা অমাং অশোয় ( থী মুং ) দা হিগুবা অমাংবদা লৈবা তিনগী মতৌগুম ক্রং ক্রং ওন্দুনা মাপী হায়গী

গর্ভেব্যাধৌ শ্মশানে চ পুরাণে যা মতির্ভবেৎ ।
সা যদি স্থিরতাং যাতি কো ন মুচ্যেত বন্ধনাৎ ॥ ২৭ ॥
যদা গর্ভাদ্বহির্যাতি কর্ম্মভোগাদনন্তরম্ ।
তদৈব বৈষ্ণবী মায়া মোহয়ত্যেব পুরুষম্ ॥ ২৮ ॥
স তদা মায়য়া স্পৃষ্টো নকিঞ্চিদ্বদতেঽবশঃ ।
শৈশবাদিভবং দুঃখং পরাধীনতয়াঽশ্নুতে ॥ ২৯ ॥
পরচ্ছন্দ ন বিদুষা পুষ্যমাণো জনেন সঃ ।
অনভিপ্রেতমাপন্নঃ প্রত্যাখ্যাতু মনীশ্বরঃ ॥ ৩০ ॥

---

খংবা ঙম্বা জ্ঞান মাংগ্রবদা ওন্ন তৈনবা মওংদা হায়বদি কন্নিন্নু থ দ্রবী মওং ওইনা য়ান্না কন্না কন্না কপ্তুনা লৈ ॥ ২৬ ॥

হে গরুড় অদুগুম্বা বুদ্ধি অদুবু মীওইবনা গর্ভদা লৈরিঙৈদা শশ্মানদা লকপদা, অনাবনা থুদুম চন্নবা মতমদা, বেদ পুরাণ তারিঙৈ মতমদা থজি, থজিবা বাথল অদুগুম্না মতম পুম্নমক্তা থনবা ওম্নবদি সংসার অসিদগী লালোইদবা কনা লৈবগে ॥২৭॥

মানা মানা তৌজবা কর্ম্মগী ভোগ চাবা লোইরবা তুংদা জীব অমানা গর্ভদগী মপান্দা থোরকই, মতম অদুদা দৈবী মায়া (বৈষ্ণবী মায়া) না পুনশিন্দুনা করিম্নু থংহন্দনা থমই ॥২৮॥

মতম অদুদা মহাক অদো মায়ানা শুমহত্লুনা করিমত্তা থংবা ঙমদবা, ঙাংবা ঙমদবা হায়বদু ওইদুনা অঙাং ওইরিঙৈগী দুখসু পরাধিন ওইনা হায়বদি মীগী মখাপোম্না লেজি ॥ ২৯ ॥

মতম অদুদা অঙাং ওইবগী অন্নাবদু থংবিদবা মীওইবশিংনা মাবু য়োক-থাকপিদুনা, মানা পামজবা অদুগা য়েন্নতৈনদা হায়বদি মবুক লুঙাইতদুনা কন্নগা মপুক লাম্নবনি থন্না পীজ-পিথক তৌবা, লামদুনা কন্নগনা মবুক লুঙাইত্রবাদ্রে থন্দুনা হোৎনবা অসিদ•

শায়িতোঽশুচিপর্য্যঙ্কে জন্তুস্বেদজদূষিতে ॥
নেশঃ কণ্ডূয়নেঽঙ্গানামাসনোত্থান চেষ্টনে ॥ ৩১ ॥
তুদন্ত্যামত্বচং দংশা মশকা মৎকুণাদয়ঃ।
রুদন্তং বিগতজ্ঞানং কৃময়ঃ কৃমিকং যথা ॥ ৩২ ॥
ইত্যেবং শৈশবং ভুক্ত্বা দুঃখং পৌগণ্ডমেব চ।
ততো যৌবনমাসাদ্য যাতি সম্পদমাসুরীম্ ॥ ৩৩ ॥
তদা দুর্ব্যসনাসক্তো নীচসঙ্গপরায়ণঃ।
শাস্ত্রসৎপুরুষাণাং চ দ্বেষ্টা স্যাৎ কামলম্পটঃ ॥ ৩৪ ॥

---

চিংবা জৈবনা নিংবগী ওন্নতৈমবদা কোৎনবিবা, অস্তুম্না মানদি করিমস্তা হায়জবা গুমদবা মও দা খাংতুনা লৈ ॥ ৩০ ॥

কাং মানাচিংবগী মরস্তা শেংত্রবা কমু দা গুমীতুনা মহুনা চীকপগী অরাবা কংই, মচুং মশাবু কণ্ডবা গুমদনা অমদি কমুং অত্রুদগী হাগৎ কাংখৎচবা গুমদনা অর বা খাংতুনা লৈ ॥৩১॥

অহুগুম্বা কমুং অহুদা মতৌ অম্নুম্না জ্ঞান লৈত্রবা জীব অহুনা রপ্না রপ্না মশাগী খোৎ-কৌরবা উনশা অহুদা কাং, তুমিৎ মানচিংবনা চীকুনা অচৌবা তৈম্না তিন মচাবু চীকপা অহুগুম্না লৈ ॥ ৩২ ॥

মতৌ অমুম্না অঙাং ওইদ্বিজৈগী অরাববু খাংনা খাংনা পৌগণ্ডগী অবস্থা মোরে, মতুগী মতুংদা মথোক কারকপা মতম যৌবনদা আসুরী সম্পত্তিনা হায়বদি মন্নাইকাবা পোৎ মন্নাই-কাবা থবক্তা পুকনিং চংতুনা মতুদা তাওহনা মতম পূবদা মথোই কাবা ওইতুনা লৈ ॥ ৩৩ ॥

অত্রুগুবা মথোক্কাবা মতমদদি মকু-কন্নবা লমচৎ শ জৎ তমলকতুনা কণ্ডবা সঙ্গতা তৌতুনা, বেদ শাস্ত্র, মতিক মগা

দৃষ্ট্বা স্ত্রিয়ং দেবমায়াং তদ্ভাবৈরজিতেন্দ্রিয়ঃ।
প্রলোভিতঃ পতত্যন্ধে তমস্যগ্নৌ পতঙ্গবৎ॥ ৩৫॥
কুরঙ্গমাতঙ্গপতঙ্গভৃঙ্গমীনা হতাঃ পঞ্চভিরেব পঞ্চ।
একঃ প্রমাদী স কথং ন হন্যতে যঃ সেবতে পঞ্চভিরেব পঞ্চ॥ ৩৬॥

অলব্ধাভীপ্সিতোঽজ্ঞানাদিদ্ধমন্যুঃ শুচার্পিতঃ॥
সহদেহেন মানেন বর্দ্ধমানেন মন্যুনা॥ ৩৭॥

---

লৈবা মী, অকবা খচুম্বা ঙাংবা ভোববু য়েরুম্ভনা নিন্দা ভোম্ভনা অপাম্বা মুংশিবদা কা হেনবা ওইদুনা মতম লেন্দুনা লৈ॥ ৩৪॥

ঈশ্বরগী মায়াগী মশক ওইরবা অহুগুম্বা মুপী হায়বম্ভবু হেক উরুবদা মহাক্তা রাখল পুকথল ইন্দ্রিয় পুম্নমক শুমহৎখিদুনা মশাগী ইন্দ্রিয়বু খুদুমচনখা ওয়ুঙবনা মনৈদা মৈরাম্বীনা মৈদা ভোবগুম্না অঙকপা অকিবগী মশক ওইবা অমম্বদা তাদুনা লৈ॥৩৫॥

হে গরুড় ভাও:—শজিনে, শামুনে মৈরাম্বীনে, খোইমুনে অমম্মুং ঙানে মখা ঙসি মশাগী ইন্দ্রিয় অমতংগী পেম্নবা হোৎনবদা অরাবা নংই, অশিবা নংই, মখোই অসিনা মশা মথন্তনা তপথদবদগী মশাগী ইন্দ্রিয় মঙানা (থিৎ, নাকোং, নাডোন, লৈ উনশাগী) নিযয় মঙাবু চানবা হেংৎনবদা (মিৎকি উমিংবা উনবা, নাকোংগী তানিংবা ভাবনচিংবা) পেম্নবা হোৎনবদা মথবাই থাই, অরাবা অশিবা নংই মনুঙশি ঙরেম্বদা মাই॥ ৩৬॥

জীবনা মথেক কাংরকপগী মতম য়োম্নরুবদা মশাগী মপুক্কিং তাবা পোৎপু কংত্রবদা, মশাদা জ্ঞান লৈতবনা মরম ওইদুনা অশাওবা হেনগৎলকই, অমসুং মচুগীদমক থম্মুনেতা লৈ, মচুমক্তিমা মাগী মশানা মেংয় নোংমগী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না অহুংগুম্বা অশাওবা অঙ্কুম্ন নোংম নোংমগী হেনগৎলকই॥ ৩৭॥

করোতি বিগ্রহং কামী কামিথংতায় চাত্মনঃ।
বলাধিকৈঃ স হন্যেত গজৈরন্যৈর্গজো যথা ॥ ৩৮ ॥

এবং যো বিষয়াসক্ত্যা নরত্বমতিদুর্লভম্।
বৃথা নাশয়তে মূঢ়স্তস্মাৎ পাপতরো হি কঃ ॥ ৩৯ ॥

জাতীশতেষু লভতে ভুবি মানুষত্বং তত্রাপি
দুর্লভতরং খলু ভোদ্বিজত্বম্।
যস্তন্ন পালয়তি লালয়তীন্দ্রিয়াণি তস্যামৃত
ক্ষরতি হস্তগতং প্রমাদাৎ ॥ ৪০ ॥

---

অহুমীতুংদা কাম (অপাম্বা) অহুনা মমিৎতাংবা ওইহুনা মশাগী অপাম্বগী মৈচাক মুংনবা হোৎনবদা, অতোপ্পা মাগুম্বা কামী অমগা থেন-চৈনবা থোক্লকলে, মতমহুদা অতোপ্পা কামী অহুনা কনবা হেন্নমহুনা হ'বু ফুই হাংলি, করিগী অতোপ্পা শামু লাবা অমনা শামু ল'বা অমবু ভৌৎগুম্বা ॥ ৩৮ ॥

মতৌ অসুম তৌনা বিষয় ভোগ তৌবদ পেন্দবা ওইবদগী ক ঙমত্রবা মীওইবগী মপোক অ'সিবু অমেবদা মাংহল্লি, মশিদগী হেন্না পাপ চেনবা কনা অমা লৈব্রিবগে ॥ ৩৯ ॥

অসিগুম্বা পৃথ্বি অসিদা পোক্লরিবা জীব মথল চাম চামদগী মীওইনা পোকপা হায়বাসনা খোইনা কঙমত্রবনি, মশিদগীসু ব্রাহ্মণ ওইনা পোকপা হায়বসিনা অমুকসু লুমবা ক বদা বারবা মপোকনি, মতৌ অসুম্না অহুগুম্বা মশক্লা মীওইনা পোকপবু ক লগা অকবা লমীদা চৎপা ঙমত্রবা অমদি ইন্দ্রিয় খিবিকী বিষয় চ'নবা হোৎনবদ মপুকনিং চ'ঙ্গুনা লৈরবদি, মখুত্তা লাক্লবা অমৃতবু ঙাওবদগী লৈপাক্লা হৈদোকচবগুম্বনি ॥ ৪০ ॥

তত্তস্তাং বৃদ্ধতাং প্রাপ্য মহাব্যাধিসমাকুলঃ।
মৃত্যুং প্রাপ্য মহদ্দুঃখং নরকং যান্তি পূর্ব্ববৎ ॥ ৪১ ॥
এবং গতাগতৈঃ কর্ম্মপাশৈর্ব্বদ্ধাশ্চ পাপিনঃ।
কদাপি ন বিরজ্যন্তে মম মায়াবিমোহিতাঃ ॥৪২॥
ইতি তে কথিতং তার্ক্ষ্য পাপিনাং নারকি গতিঃ।
অন্ত্যেষ্টি কর্ম্মহীনানাং কিংভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥ ৪৩ ॥

ইতি শ্রীগরুড়পুরাণে সারোদ্ধারে পাপিজন্মাদি দুঃখ নিরূপণো নাম ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥

---

মথোক কারকপদগী মথং মথং তপ্পা তপ্প হদুরকপা মতমদা মথল মথলগী অমা অয়েকমা খুত্রব চল্লকই, মমৈথংদা শিরবা মতমদদি হাঃরগী মতৌগুমা নরক্তা তাই ॥ ৪১ ॥

মতৌ অস্ত্রা ঐগী মায়ায়া শুমহৎতুনা মানা মানা তৌজরবা কর্ম্মগী মরৈনা পুন্দুনা, সংসারগী হন্দোক হজিলগী হায়বদি অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা চক্র অসিদা তাহুনা কয়িং শুবদা সংসারদু বৈরাগ্য ওইবা হায়বদি সংসারদু পাবদবা থাদোকপা হায়বদু ওইবা ঙমদে ॥ ৪২ ॥

হে গরুড় ঐনা নংদোম্দা নরক্তা তাবা পাপীশিংগী কংগদবা গতি ( লমৈন ) অদু হায়রে, অমমুং অন্ত্যেষ্টি কৌবা মীনা শিরবা ভুংদা পিণ্ডদানচিংবা তৌবা হৌনবদ্র তৌদবশিংগী লমৈলবুস হায়রে হৌজিক মসিগী মথাদা কয়ি অমুক তানিংলিবগে ॥৪৩॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী মপুংদা পাপ চেনবশিংগী পোকপগী অরাবা হায়বা মমিংনা ওইবা তরুক শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

## অথ সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

সূত উবাচ

ইতি শ্রুত্বাতু গরুড়ঃ কম্পিতোঽশ্বত্থপত্রবৎ।
জনানামুপকারার্থং পুনঃ প্রপচ্ছ কেশবম্॥ ১॥

গরুড় উবাচ

কৃত্বা পাপানি মনুজাঃ প্রমাদাদ্বুদ্ধিতোপিবা।
ন যান্তি যাতনা যাম্যাঃ কেনোপায়েন কথ্যতাম্॥ ২॥
সংসারার্ণবমগ্নানং নরাণাং দীনচেতসাম্।
পাপোপহত বুদ্ধীনাং বিষয়োপহতাত্মনাম্॥ ৩॥
উদ্ধারার্থ বদ স্বামিন্ পুরাণার্থ বিনিশ্চয়ম্।
উপায়ং যেন মনুজাঃ সদ্গতিং যান্তি মাধব॥ ৪॥

---

শ্রীসূত মুনিনা হায়ঃ - হে শৌনকচিংবা ঋষিশা মতৌ অসুম তৌনা গরুড়ন পাপকী লাঙ্গলবু তাকুরগা মশাগু মাথোংনাং মনাদা সুংশিংনা য়্রৈবদা তনিক তনিকপণ্ডুম নিরুহুনা মীওইবগী কনবগীদমক কেশব ভগবান্দা হংজখি॥ ১॥

গরুড়না হয়ঃ—হে ভগবন্ মীওইবনা জ্ঞান তাদবদগী ওইরবসু নত্রগা মশানা থংনা, পুকনিং চংনা তৌখিবা পাপ অতুদগী ওইরবসু যমগী অবাবা কংদনবা করিগুম্বা উপায় লৈরবদি মহু তাকপিয়ু॥ ২॥

সমুদ্রগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা লুপলবা, অমসুং পাপকি থবকনা মশাগী বুদ্ধি মাংলবা, ইন্দ্রিয়গী বিষয় চারুবদগী মপুকনিং মোৎলব অমুগুম্বা অতোনবা থযোই ওইবা মীশকশিংগী লানবিনবগী উপায়বু পুরাণ শাস্ত্রনা হায়বা অয়েঙ্গা উপায়বুর

শ্রীভগবানুবাচ

সাধু পৃষ্টং ত্বয়া তার্ক্ষ্য মানুষাণাং হিতায়বৈ।
শৃণুষাবহিতো ভুত্বা সর্ব্বং তে কথয়াম্যহম্॥ ৫॥
দুর্গতিঃ কথিতা পূর্ব্বমপুত্রাণাং চ পাপিনাম্।
পুত্রিণাং ধার্ম্মিকাণাং তু ন কদাচিৎ খগেশ্বর॥ ৬॥
পুত্র জন্মাবরোধঃ স্যাৎ যদি কেনাপি কর্ম্মণ।
তদা কেনাপ্যুপায়েন পুত্রোৎপত্তিং প্রসাধয়েৎ॥৭॥
হরিবংশ কথাং শ্রুত্বাশতচণ্ডী বিধানতঃ।
ভক্ত্যা শ্রীশিবমারাধ্য পুত্রমুৎপাদয়েৎ সুধীঃ॥ ৮॥

ঐত্তোন্দা নংনা তাকপিয়ু, হে মাধব মহুনা মীওইবশিংগী অথোইবা লম্বেল (গতি) ফংজহৌরগনি অসুম্না গরুড়না শ্রীভগবান্দা হায়জখি॥ ৩॥ ৪॥

শ্রীভগবান্না হায়খি হে গরুড় নংনা মীওইবশিংগী কান্নবগী দমক হংলিবসি য়াম্না ফবনি, মঙ্গলগী মশকনি নংনা নিংথিনা তাবো মহুগী উপায় পুম্নমক ঐ মথং মথং হায়রগে॥ ৫॥

অহানবদা মচাজুপী মুপা পোক্তবা পাপচেনবশিং অহুগী ফংগদবা লম্বেলছু হায়রিবা অদুগুম্না মচাপোকপা ধর্ম্মচেনবশিং অদুদি মহু ওইরোই॥ ৬॥

করিগুম্বা ফণ্ডবা থবক অমা তৌরুবগী মহৈনা (পাপনা) মচা পোকপগী শক্তি মাংখিহনা মচা লৈত্রবদি মহু করিগুম্বা উপায় অমা খিহনা ফয়ম তৌরগা মচা হায়বদু ফংগদগে হায়বা উপায় অদুমক শিজিন্নহুনা মচা পোকপা হায়বা অদুমক ওইনবা হোৎনগদবনি॥ ৭॥

হরিবংশ পুরাণগী ৱারী তাহুন', অমদি শতচণ্ডীগী বিধিগী মতুংইন্না, অমদি ভক্তিগা লোইননা শিববু পূজা অর্চ্চা আরাধন তৌহনা, মচা ফংনবা বিধান ফয়া শিজিন্নহুনা মচা থায় হায়বদু লৈনবা হোৎনগদবনি॥ ৮॥

পুন্নাম্নো নরকাত্তস্মাৎ পিতরং ত্রায়তে সুতঃ।
তস্মাৎ পুত্র ইতি প্রোক্তঃ স্বয়মেব স্বয়ম্ভুবা॥ ৯॥
একোপি পুত্রো ধর্ম্মাত্মা সর্ব্বং তারয়তে কুলম্।
পুত্রেণ লোকাঞ্জয়তি শ্রুতিরেষা সনাতনী॥ ১০॥
ইতি বেদৈরপি প্রোক্তং পুত্রমাহাত্ম্যমুত্তমম্।
তস্মাৎ পুত্রমুখং দৃষ্ট্বা মুচ্যতে পৈতৃকাদৃণাৎ॥ ১১॥
পৌত্রস্য স্পর্শনান্মর্ত্ত্যোমুচ্যতে চ ঋণত্রয়াৎ।
লোকানন্ত্যেদ্দিবঃ প্রাপ্তিঃ পুত্র পৌত্রপ্রপৌত্রকৈঃ॥ ১২॥

---

কল্লিগীদমকমো হায়রবদা মচা মপা হংমবসিনা "পুং" কৌবা নরক তাপদবদগী মচানুপা পোকপা হায়বসিতনা মপাবু কল্লি নরক তাহনদে, মরম অসিদগী ব্রহ্মা মশামক্না মচানুপা মায়বা অসিবু "পুত্র" অস্নমা কৌরমবনি॥ ৯॥

কল্লিগুবদা ধর্ম্মচনবা মচানুপা অমতং হেক পোকচবদা মহুগী কলনা শাগৈ অহুমা নরকগী কল্লবনি, মচানুপা পোকপনা হিংলিহৈগী মতমদম্ন অহুগুবা লোক অহুমু জয় তৌরবনি, অসুমা বেদনা শ্রুতিনা মতম পুমমক্তা হায়রুনা লাওহনা লাক্লবনি অহুনা মচানুপা পোকপতনা সংসারবু লায়রিবনি॥ ১০॥

অসুমা মচা মুপা থাম্ন হায়বসিগী (মাহাত্ম্য) পুরাণবু বেদ কাওবনা অস্নমা ইরম্নবনি, মরম অসিদগী মচাগী মাইথোংবু হেক উবদা পিতৃঋণ কৌবা ইপাইপুগী লম্বদাগী কোক্লবনি॥ ১১॥

মচুমুপাবু মংহুনা হেক শোক্নজবা মংলবা মহাক্তৃতি লম্বন মুহমবগী হায়বদি লাইগী লম্বন, ঋষিশিংগী লম্বন, ইপা ইপুগী লম্বদগী কোক্লবনি, অহুনা মচানুপা মচুমুপা, তপাংবু কংজরবগী লোক করামুকপু লাহে হুনা স্বর্গ লোক মংই॥ ১২॥

ব্রহ্মাঢ়োৎপুত্রো নয়তি সংগৃহীতস্বধো নয়েৎ ॥
এবং জ্ঞাত্বা খগশ্রেষ্ঠ হীনজাতিসুতাংস্ত্যজেৎ ॥ ১৩ ॥
সবর্ণেভ্যঃ সবর্ণাসু যে পুত্রা ঔরসাঃ খগ ॥
ত এব শ্রাদ্ধদানেন পিতৃণাং স্বর্গহেতবঃ ॥ ১৪ ॥
শ্রাদ্ধেন পুত্রদত্তেন স্বর্যাতীতি কিমুচ্যতে ॥
প্রেতো হি পরদত্তেন গতঃ স্বর্গমথো শৃণু ॥ ১৫ ॥

ব্রহ্মবিবাহনচিংবনা বিবাহ তৌরবা বর্ণমায়বা নুপীনা পোকপা মচানা মপাবু স্বর্গ কাহল্লি, অদুগা উপপত্নী হায়বদি অকোয়বী নুপী মমা মপানা তাক শেন্দুনা য়ুমদা থমল্লিবী নুপী বিধাওদি তৌল্লিবীনা পোকপা মচানা নরকতা মপাবু তাহল্লি, মরম অসিদনি হে গরুড় হন্থবা জাতিনচিংবগী মচা হায়বদি জ্ঞান তৌনা খংনা থাদোকদবনি হায়বদি অচুম্বা মচা পোকনবা অদুগুম্বা বিবাহ মতৌম্ভু তৌরোইদবনি ॥ ১৩ ॥

মরম অসিনা হে গরুড় জাতি মাময়বী নুপীগী গর্ভদা জাতি মময়বা নুপানা পোকপা মচাবু "ঔরস পুত্র" কৌই, অসুম্বা ঔরস পুত্র অসিনা মপা মপুগী শ্রাদ্ধ দানচিংবগী থবক্তা পিতৃলোক হায়বদি ইপা ইপুশিংনা স্বর্গ কাবা ঙমই ॥ ১৪ ॥

মচা হায়বা অসিনা শ্রাদ্ধ দানচিংবা তৌবনা মপানা স্বর্গ কাই হায়বসিদা হে গরুড় করি চিংনকম লৈবগে. মচানা মপাগী শ্রাদ্ধ দানচিংবা তৌবদি থম্ব থমথো কনাগুম্বা মরি ওকলৈ লৈনদবা অতোপ্পা কনাগুম্বনা তৌবা শ্রাদ্ধদগীসু প্রেত অমা স্বর্গ কংখি মহুগী বাতাহ্ন লিপে তাও ॥ ১৫ ॥

অত্রৈবোদাহরিষ্যেহহমিতিহাসং পুরাতনম্ ॥
ঔর্দ্ধ্বদৈহিকদানস্য পরং মাহাত্ম্য সূচকম্ ॥ ১৬ ॥
পুরা ত্রেতাযুগে তার্ক্ষ্য রাজাসীদ্বভ্রুবাহনঃ ॥
মহোদয়ে পুরেরম্যে ধর্ম্মনিষ্ঠো মহাবলঃ ॥ ১৭ ॥
যজ্বা দানপতিঃ শ্রীমান্ ব্রহ্মণ্যঃ সাধুবৎসলঃ ॥
শীলাচার গুণোপেতো দয়াদাক্ষিণ্য সংযুতঃ ॥ ১৮ ॥
পালয়ামাস ধর্ম্মেণ প্রজাঃ পুত্রানি বৌরসান্ ॥
ক্ষাত্রধর্ম্মরতো নিত্যং স দণ্ড্যান্দণ্ডয়ন্নৃপঃ ॥ ১৯ ॥

---

ঐনা হৌজিক খঙিবা বিষয়দা মমাংদৈনী তুইরবা লিরবা ইতিহাস অমা খুদমগী মখল ওইনা হায়গে মত ঔর্দ্ধদৈহিক দান— লিয়না তৌবা হোমবা দানগী অথোইবা মহিমাবু ঐ হায়রগে গরুড় নং তাবো ॥ ১৬ ॥

হে গরুড় মমাংদৈদা ত্রেতা যুগতা রাজা কজরবা মহোদয় কৌবা খুঙং অমদা ধর্মচেম্রবা মপাঙগলগী রাজা কয়বা বভ্রুবাহন কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্বই ॥ ১৭ ॥

মহাক অহ্নু মতম পুম্নমক্তা বজ্জত তৌদুনা, দানচিংবা তৌবা, মমন লৈবা অমদি ব্রাহ্মণশিংবু জুনা তৌজবা, অকবা মীবু নুংশা চারা তৌবা, লমচৎ ফজবা, শাজৎ লীচৎ চুম্না চৎপা মগুণ চেনবা, মীবু ঙাকপীবা অমদি হৈশিংলবা নিংথৌ অমনি ॥ ১৮ ॥

ক্ষত্রিয়গী ধর্ম ওইবা লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংলবা, ধর্ম কায়দনা প্রজাবু মচাগী মতৌগুম্না যোকথাকপা অমদি মথাল লৈবা মীবুনা মতিক চাবা দণ্ড পীদুনা লৈবাক ঙাকপা নিংথৌনি ॥ ১৯ ॥

স কদাচিন্মহাবাহুঃ সসৈন্যো মৃগয়াং গতঃ ॥
বনং বিবেশ গহনং নানা বৃক্ষসমাবৃতম্ ॥ ২০ ॥
নানা মৃগগণাকীর্ণং নানা পক্ষিনিনাদিতম্ ॥
বনমধ্যে তদা রাজা মৃগং দূরাদপশ্যত ॥ ২১ ॥
তেন বিদ্ধো মৃগস্তীব্রবাণেন সুদৃঢ়েন চ ॥
বাণমাদায় তং তস্মিন্ বনেঽদর্শন মেয়িবান্ ॥ ২২
কক্ষেণ রুধিরার্দ্রেণ স রাজাঽনুজগাম তম্ ॥
ততো মৃগপ্রসঙ্গেন বনমধ্যে বিবেশ সঃ ॥ ২৩ ॥

---

নোংমদি মপাম্বোম কন্নবা নিংথৌ অমিনা মাগী তেংজোল পুরক্তুনা শিকার তৌনবগীদমক বন অমদা চংখি, বন অদু উমশিংনা কুংনা হৌবন শাম্না শুকব চাওরবা বন অমা ওইরমই ॥ ২০ ॥

মথল মথা অয়াম্বা মন্দা লৈবা জীবশিংনা থল্লবা বন অদুদা, মথল মথা য়াম্নবা উচেকশিংনা মিন খোংজেল্লবা লৈবা বনদা, মতম অদুদা নিংথৌ অদুনা অরাপ্পদা শজি অমা উখি ॥ ২১ ॥

শজি অদুবু হেক উবমক্তদা নিংথৌ অদুনা মাগী থৌরবা তেন অমা কাপখিদুনা তেন অদুনা শজিদা পাল্লুরে, অদুবু শজি অদুনা তেন অদু পুরক্তুনা চেনখিবনা থংহৌদনা মশক উখিদ্রে ॥ ২২ ॥

নিংথৌ অদুনা শজি অদুগী মশাদা তেন্না থাবগী মাপী মথক্তা ভাবিবা ঈ মরিক মরিক্তা খোংদুল লীদুনা অহুম অহুম চংখিবনা অকোংপা (জঙ্গল) বন অমদা অমুক থুংলুরে ॥ ২৩ ॥

অথ প্রেতং দদর্শাসৌ ক্ষুত্তৃড্ভ্যাং ব্যাকুলেন্দ্রিয়ম্ ॥
উৎকচং মলিনং কুজং নির্মাংসং ভীমদর্শনম্ ॥ ২৮ ॥
তং দৃষ্ট্বা বিকৃতং ঘোরং বিস্মিতোবভ্রুবাহনঃ ॥
প্রেতোঽপি দৃষ্টা তং ঘোরামটবীমাগতং নৃপম্ ॥ ২৯ ॥
সমুৎসুকমনা ভূত্বা তস্যান্তিকমুপাগতঃ ॥
অব্রবীত্ত তদা তার্ক্ষ্য প্রেতরাজো নৃপং বচঃ ॥ ৩০ ॥
প্রেতভাবো ময়া ত্যক্তঃ প্রাপ্তোঽস্মি পরমাং গতিম্ ॥
ত্বৎ সংযোগান্মহাবাহো জাতো ধন্যতরোঽস্ম্যহম্ ॥ ৩১ ॥

---

মতম অতদা য়'য়া অকিবগী মশক ওইরবা, মশম চপ-চপ য়ুংলবা, যোংলবা হকচাং, অরাম খোরাংবনা বারবা অমদি মশাগী শরু মপুনগুম্না শদোং য়াওরবা মরাং কংলবা, মনম পোল্লবা প্রেত অমা কমহুনা লৈবা মতৌ অদু নিংথৌ বভ্রুবাহননা উরম্লই ॥ ২৮ ॥

বভ্রুবাহন নিংথৌনা মাবু উরগা য়াম্না অক্লমই, অদুগা প্রেত অদুনস্থ মপাদল চাওরবা নিংথৌ অদুনা অদুক শুরবা বন অদুদা লাকপা অদু উরগা থোইদোক্না অক্লমই ॥ ২৯ ॥

প্রেতরাজ অদুনা য়াম্না মুত্তাইতনা অকথরদুনা অরাবগী মতৌপা লোইননা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা চংলক্লগা নিংথৌ অদুদা হায়রকখি ॥ ৩০ ॥

হে পাথোম কল্লবা নিংথৌ ! নংবু উজবদগী নংগা তিন্নবা অসিদগী ঐহাক প্রেত ওইর্রবা অদু কোকলে প্রেত ওইদরে, অথোইবা মপোক অমা ওইরে হায়রবা য়ারে, নংবু উজবদগী ঐহাক অসি ধন্য ওইরে মজল ওইজরে ॥ ৩১ ॥

রাজোবাচ :—

কৃষ্ণবর্ণকরালাস্য প্রেতত্বং ঘোরদর্শনম্ ॥
কেনকর্ম্মবিপাকেন প্রাপ্তং তে বহ্বমঙ্গলম্ ॥ ৩২ ॥
প্রেতত্বকারণং তাত ব্রূহি সর্ব্বমশেষতঃ ॥
কোঽসি ত্বং কেন দানেন প্রেতত্বং তে বিনশ্যতি ॥ ৩৩ ॥

প্রেত উবাচ :—

কথয়ামি নৃপশ্রেষ্ঠ সর্ব্বমেবাদিতস্তব ।
প্রেতত্ব কারনম্ শ্রুত্বা দয়াং কর্ত্তুমর্হসি ॥ ৩৪ ॥

---

নিংথৌনা হায় :- হে কুচুমুরবা, অকিবগী মশক কংলবা মাইথোং ওইরবা প্রেত ! য়েংবদ অকিবগী মশক ওইরবা অমদি অমঙ্গলগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা প্রেতকী মপোক অসি কংলুরিবদি, মমা করি করম্বা কত্তুবা থবক তৌরুবদগী কংলিবনো ॥ ৩২ ॥

হে ইচিন ইনাওগুম্বা প্রেত ! নংগী প্রেত ওইথিবগী মরম অদু হৌবদগী লোইবা ফাওবা ঐঙোন্দা হায়ু, নহাক কনানো কনা ওইবা পোক্লুবদগী প্রেত ওইখ্রিবনো অমদি করি দান তৌরগা নংগী প্রেতগী মপোক অসি থাদোকপা ঙমগনবা হায়বীয়ু ওইগদবগে ঐঙোন্দা হায়ু ॥ ৩৩ ॥

প্রেতনা হায় :— হে নিংথৌ অথোইবা ! ঐনা ঐগী প্রেত ওইথিবগী হৌরকফম অসি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা নঙোন্দা হায়জগে, তৌইগুম্বসু নংনা ঐগী প্রেত ওইথিবগী মরম তারগা ঐবু চানবিয়ু ঙঙোন্দা দয়া তৌবিয়ু, মদুমক্তা ঐনা প্রেত ওইনা লৈরিবসিদগী নথানবা হায়বিয়ু ওইজগে ॥ ৩৪ ॥

বৈদশং নাম নগরং সর্ব্ব সম্পৎ সমন্বিতম্ ॥
নানাজন পকাকীর্ণ নানারত্নসমাকুলম্ ॥ ৩৫ ॥
হর্ম্যপ্রাসাদ শোভাঢ্যং নানাধর্ম্ম সমন্বিতম্ ॥
তত্রাহং ন্যবসং তাত দেবার্চ্চনরতঃ সদা ॥ ৩৬ ॥
বৈশ্যো জাত্যা সুদেবোহহং নাম্না বিদিতমস্তু তে ॥
হব্যেন তর্পিতা দেবাঃ কব্যেন পিতরস্তথা ॥ ৩৭ ॥
বিবিধৈর্দানযোগৈশ্চ বিপ্রাঃ সন্তর্পিতা ময়া ॥
দানান্ধ কৃপণেভ্যশ্চ দত্তমন্নমনেকধা ॥ ৩৮ ॥

---

হে রাজন্ বৈদশ কৌবা খুদং অমা লৈরমই, খুদং অদু সম্পত্তি পুন্নমক্না তিনবা রাজ-পাদবা ওইরমই, মকম অদুদা দেশ কয়াদগী মী লাক্না লৈরমই, মথক মখা কয়াগী মনি রত্ননা তিনবা ওইরমই ॥ ৩৫ ॥

মাহকৈ মরিদা ফুরা মলাংনা থম্না লৈরমই, চাওর-চাওরবা মণ্ডব কয়ানা তারমই, মণ্ডিরদুদা শ্রোত, স্মার্ত্তনচিংবা ধর্ম্ম চৎপা মীশক কয়ামুক লৈরমই, অদুগুম্বা খুদংচুদা ঐনা ঈশ্বরবু লাইবু পূজা অর্চ্চা তৌদুনা মতম পুম্নমক্না লৈরমই ॥ ৩৬ ॥

জ তিদি ঐহাক বৈশ্যনি অদুগা ঊমিংনা সুদেব কৌরমই, ঐনা হোম তৌদুনা দেবতা শিংবু পেনহল্লমই অমসুং অন্ন (চাকনচিংবা চানবা পোৎ) না পিতৃলোকশিংবুসু পেনহনখি ॥ ৩৭ ॥

অদুগা মখল কয়াগী দানা ব্রাহ্মণশিংবু হল্লাওহনখি পেনহনখি, অমসুং মতোংবা মীশিং অমদি লাইরবশিংদা চানবা পোৎ চাকচিংবা পীদুনা মখোই পুম্নমক অদিবু পেনহনখিরমি ॥ ৩৮ ॥

তৎসর্ব্বং নিষ্ফলং রাজন্মম দৈবাদুপাগতম্‌ ॥
যথা মে নিষ্ফলং জাতং সুকৃতং তদ্বদাম্যতে ॥ ৩৯ ॥
মম নৈব সন্ততির্নাস্তি ন সুহৃন্ন চ বান্ধবঃ ॥
ন চ মিত্রং হি মে তাদৃগ্‌ যঃ কুর্য্যাদৌর্ধ্বদেহিকম্‌ ॥ ৪০ ॥
যস্য ন স্যান্মহারাজ শ্রাদ্ধং মাসিকষোড়শম্‌ ॥
প্রেতত্বং সুস্থিরং তস্য দত্তৈঃ শ্রাদ্ধশতৈরপি ॥ ৪১ ॥
ত্বমৌর্ধ্বদেহিকং কৃত্বা মামুদ্ধর মহীপতে ॥
বর্ণানাঞ্চৈব সর্ব্বেষাং রাজা বন্ধুরিহোচ্যতে ॥ ৪২ ॥

---

হে রাজন অহুর এটেনমক ঐনা তোজহিন ধর্ম্ম কর্ম্ম পুরুমক অদু নোংদরনা হোতিক্ত অরেমা ওইজনংবে, ঐনা তোজহিন ধর্ম্ম পুরুমকো কল মাংস্ত্রিনিপো মরন পুরু ক ঐ নতোন্দা হায়জগে ॥ ৩৯ ॥

ঐহাক ইচা অমস্তুস্ত পোকহিন, অমস্তু ইচম ইন ন মরুণ মপাং অমস্তুস্ত টেংনিদে, ঐগোদমক ঔর্ধ্বদেহিক ক্রিয়া হ মবদি শিরগা পিণ্ডারঙিংবা পীবিনবা মরীমতা অমস্তুস্ত ঐগো নৈজহিত্রে ॥ ৪০ ॥

মরম অসিদপী হে নিংখো মী মহক অদুপী মাসিক শ্রাদ্ধ অমদি ষোড়দান থা, থাগো শ্রদ্ধ অমদি দান ১৬ ওঃবা সোয়াৎ ১দি দান ১৬ পু তোত্রবদা মীশক অহদি শ্রদ্ধ চাম পোন্দুনম্ব মানা প্রেতমী মপোক্তপী লানবা জমদে, মতম কুইনা লেংদনা প্রেত ওইজুনা নৈ ॥ ৪১ ॥

মরম অসিদপী হে নিংখো নহাক্রা ঐগী ঔর্ধ্বদেহিক ক্রিয়বু হায়বদি শিরগা তোগদবা পিণ্ডারঙিংবা থবক তোবিজুনা নংনা ঐবু লালহমবিয়ু, কবিদপী সংসার অসিদা নিংখো হায়বসিদি পুরমকি বন্ধু বান্ধব হায়বা অহনি, মশিমক অচুযনি ॥ ৪২ ॥

মাং ত্বং তারয় রাজেন্দ্র, মণিরত্নং দদামি তে।
যথা মে সদ্গতির্ভূয়াৎ প্রেতযোনিশ্চ গচ্ছতি ॥ ৪৩ ॥
যথা কার্য্যং ত্বয়া বীর মম চেদিচ্ছসি প্রিয়ম্।
ক্ষুধাতৃষাদিভির্দুঃখৈঃ প্রেতত্বং দুঃসহং মম ॥ ৪৪ ॥
স্বাদূদকফলং চাস্তি বনেঽস্মিন্ শীতলং শিবম্।
ন প্রাপ্নোতি ক্ষুধার্ত্তোঽহং তৃষার্ত্তো ন জলং কচিৎ ॥ ৪৫ ॥
যদি মোহ ভবেদ্রাজন্নিধির্মানারায়ণো মহান্।
তদগ্রে বেদমন্ত্রৈশ্চ ক্রিয়া সবৌর্দ্ধ্বদেহিকী ॥ ৪৬ ॥

---

অদুনা হে নিংথৌ নংনা ঐবু লানথৎলু, ঐনা নংগীদমক মনি রত্ন পীগনি, নংনা ঐগীদমক তৌবিবা অদুনা ঐনা প্রেত যোনিসিদগী লাক্তুগনি ॥ ৪৩ ॥

হে অকনবা নিংথৌ নংনা ঐগী পামজবা থবক অদি তৌবিগে নিংলবদি তৌবিয়ো, অসুবা প্রেতগী মপোক অসিদা চৈবা অমদি অরাব থৌরাংবা থাংচুনা লৈবসি ঐখোন্দা থাংজদনা হায়বদু ওইরে য়ম্না বারে, থাংবা ওয়করে ॥ ৪৪ ॥

বন অসিদা কজরবা ইংলবা ঈশিং লৈ, চানবা মথৈ বাহৈদু পকথরা লৈ অদুবু পুক লায়বা ঐখোয়দি থশি, লৈদ্রা লৈদ্রা লায়বা মতমসিদা ঐনা চাজবা কংদে অমসুং থৌরাংলবা মতমদা ঈশিং অসি থকচবা কংদে প্রেতগী দেহদি মেহ পাগে থংশিংকি মশকনি অদুনা করিগুম্বা থবক অমত্তা মশানা তৌজবা ওয়দে ॥ ৪৫ ॥

মরম অসিনা হে নিংথৌ ঐগীদমক মতিক চাওবা "নারায়ন নিধি" মী বিধিনা, বেদগী মন্ত্র শীয়না ঐর্দ্ধদেহিক ক্রিয়া তৌনা, মীনা শিরবা মতুংদা তৌরবিবা পিণ্ডদানক্রিয়াদু নিংথৌ নংনা তৌবিয়ু ॥ ৪৬ ॥

তদা নশ্যতি মে নূনং প্রেতত্বং নাত্র সংশয়ঃ ।
বেদ মন্ত্রাস্তপো দানং দয়া সর্ব্বত্র জন্তুষু ॥ ৪৭ ॥

সচ্ছাস্ত্রশ্রবণং বিষ্ণোঃ পূজা সজ্জন সঙ্গতিঃ ।
প্রেতযোনি বিনাশায় ভবন্তীতি ময়া শ্রুতম্ ॥ ৪৮ ॥

অতো বক্ষ্যামি তে বিষ্ণুপূজাং প্রেতত্বনাশিনীম্ ।
সুবর্ণদ্বয়মানীয় সুবর্ণন্যায় সঞ্চিতম্ ।
তস্য নারায়ণস্যৈকাম্প্রতিমাম্ভু প্রকল্পয়েৎ ॥ ৪৯ ॥

পীতবস্ত্রযুগচ্ছন্নাং সর্ব্বাভরণ ভূষিতাম্ ।
স্নাপিতাং বিবিধৈস্তোয়ৈরধিবাস্য যজেত্ততঃ ॥ ৫০ ॥

---

অদু ওইরবদি লেপ্পক প্রেত ওইরিবসি লাকপনি মশিদা চিনবা নৈতে, করদগী বেদগী মন্ত্র, তপ, দান, জীবদু চাকপিব', মী শিবগা লোইননা চানবিবা হ'য়বসি জ'বগী লায়বগী মশক্তি ॥৪৭॥

অকবা লয়েল তাকপা অমদি বিষ্ণু ভগবানগী পূজা তৌবা অমদি অকবা মী সাধুজনশিংগা সঙ্গ তৌজবা হায়ধসিনা প্রেতকী মপোক মাংহনবা ওবা স ধন অমনি হায়না তাজথি ॥৪৮॥

মরম অসিনা হে নিংথৌ প্রেতকী মপোকপু মাংহনবা ওবা শ্রীবিষ্ণুগী পূজাবু ঐ নঙোন্দা হায়গে :—ন্যায় তৌদুনা য়েংবদা অয়ানবা য়াওজবা, অচুবা ধর্ম্ম কায়দনা তানবা লন ওইবা সনা মাসা অনিনা (শন অমনা) বিষ্ণুগী প্রতিমা (মূর্ত্তি) অমা শাজগনি ॥৪৯॥

মূর্ত্তি অদুদা নাপু মানবা ফি (ম্না ফিগে) অমা শেৎ, অমা ইন, ফি অনি খোনগনি অমত্তুং ওবজবা অলঙ্কার খোনগনি অয়াবা তীর্থগী ঈশিংনা স্নান তৌগনি অদুগা সিংহাসন নিংথিবা অমদা লেংশিনগা পূজা তৌগনি ॥৫০॥

পূর্ব্বেতু শ্রীধরং ন্যস্ত দক্ষিণে মধুসূদনম্ ।
পশ্চিমে বামনং দেবমুত্তরে চ গদাধরম্ ॥ ৫১ ॥
মধ্যে পিতামহং চৈব তথা দেবং মহেশ্বরম্ ।
পূজয়েচ্চ বিধানেন গন্ধপুষ্পাদিভিঃ পৃথক্ ॥ ৫২ ॥
ততঃ প্রদক্ষিণী কৃত্য বহ্নৌ সন্তর্প্য দেবতাঃ ।
ঘৃতেন দধ্না ক্ষীরেণ বিশ্বেদেবাঞ্চ তর্পয়েৎ ॥ ৫৩ ॥
ততঃ স্নাতো বিনীতাত্মা যজমানঃ সমাহিতঃ ।
নারায়ণাগ্রে বিধিবৎস্বাং ক্রিয়ামৌর্ধ্বদেহিকীম্ ॥৫৪॥
আরভেত যথাশাস্ত্রং ক্রোধলোভ বিবর্জ্জিতঃ ।
কুর্য্যাচ্ছ্রদ্ধানি সর্ব্বাণি বৃষস্যোৎসর্জ্জনং তথা ॥৫৫॥

---

মূর্ত্তি অতুগী নোংপোক্তা শ্রীধর ভগবানগী লেংশিনকম থমগনি, মথাখংবা শরুক্তা মধুসূদন, নোংচুপ্তা বামনদেব, অরাংদা গদ ধরগী লেংশিনকম আসন থমগনি ॥৫১॥

ময়াইদনা ব্রহ্মা অমদি মহেশ্বরগী লেংশিনকম থম্নপা তোঙান তোঙান্না নৈ চন্দন, ধূপ থাংবৈনচিংবা পোৎশকশিংনা নিয়মগী মতুংইন্না পূজা তৌগনি ॥৫২॥

পূজা লোইরবদা মূর্ত্তিশিংবু পুন্না পরিক্রমা ( কোইবা ) তৌরগা মৈদা লাইশিংগী হোম তৌরগা থী, শঙোম অকন্বা অমদি শঙোম অমৌবনা বিশ্বেদেবাশিংগী তর্পণ তৌগনি ॥৫৩॥

মতুদগী যজমান অমুনা ইরু নাইথরগা য়াম্না নোঙবা মওংদা য়ায়া ভগবনা ভাব ভানা শ্রীনারায়নগী মাংদা নিয়ম ঔর্ধ্বদেহিক ক্রিয়াবু তৌগনি ॥৫৪॥

সাত্রনা তাকলিবা নিয়মগী মতুংইন্না হৌগনি, মতমদুদা শাওবা, কা হেনা অপাবা পোকপা থংদোক্তুনা তৌবা হৌনবা শ্রাদ্ধ খুদংমক শোনগনি অমুগা বৃষোৎসর্গ ক্রিয়াবু ( শল কাও থাবনু ) তৌগনি ॥৫৫॥

ততঃ পদানি বিপ্রেভ্যো দত্বাচৈব ত্রয়োদশ
শয্যাদানং প্রদত্বা চ ঘটং প্রেতস্য নির্ব্বপেৎ ॥৫৬॥

রাজোবাচ :—

কথং প্রেতঘটং কুর্য্যাদ্দদ্যাৎকেন বিধানতঃ।
ব্রূহি সর্ব্বানুকম্পার্থং ঘটং প্রেতবিমুক্তিদম্ ॥৫৭॥

প্রেতোবাচ :—

সাধু পৃষ্টং মহারাজ কথয়ামি নিবোধ তে।
প্রেতত্বং ন ভবেত্তেন দানেন সুদৃঢ়েন চ ॥৫৮॥
দানং প্রেতঘটং নাম সর্ব্বাশুভ বিনাশনম্।
দুর্লভং সর্ব্বলোকানাং দুর্গতিক্ষয়কারকম্ ॥৫৯॥

---

থরকপিশং অসি তৌরগা মতুংদা ব্রাহ্মণ তরাহুমদোইদা "পদ দান" তৌগনি, অমসুং "শয্যা দান" তৌরগা প্রেতকীদমক "ঘট দান" অমা তৌগনি ॥৫৬॥

নিংথৌনা হংখি :—হে প্রেত! পুন্নমক্না কাম্বা ওইবা, প্রেতকী মপোকতগী লায়বগী মশক ওইবা, অদুগুম্বা "ঘট দান" অসুমু করম্বা নিয়মনা তৌগদগে করম্না পীগদগে হায়বসুগী মরম মহাক্না ঐহোন্দা হায়রু ॥৫৭॥

প্রেতনা হায় :—হে নিংথৌ মহাক্না হংলিবসু য়াম্না ফরে, অদুগুম্বা ঘট অসুমু নিংথিনা দান মতৌরবদি প্রেতকী মপোক অসু ওইরে অদুগুম্বা ঘট দ ন তৌবগী নিয়ম অসু নিংথিনা থংনবগী-দমক ঐ নহোন্দা হায়গে ॥৫৮॥

প্রেতকীদমক ঘট দান তৌবা হায়বদি কত্তবা পুন্নমক মাংহনবগী মশকনি, অমসুং মসু কংহমগ্রবা অমনি, অমদি মসুনা মীওইবা লোকী দুর্গতি হায়বদি কত্তবা লম্বেলদা চংকদবসু মাংহনবনি ॥৫৯॥

সংতপ্ত হাটকময়ন্তু ঘটং বিধায় ব্রহ্মেশকেশবযুতং সহ
লোকপালৈঃ।
ক্ষীরাজ্যপূর্ণবিবরং প্রণিপত্য ভক্ত্যাবিপ্রায়দেহি তব দান
শতৈঃ কিমন্যৈঃ ॥৬০॥
ব্রহ্মা মধ্যে তথা বিষ্ণুঃ শঙ্করঃ শঙ্করোঽব্যয়ঃ।
প্রাচ্যাদিষু চ তৎকণ্ঠে লোকপালান্ ক্রমেণতু ॥৬১॥
সম্পূজ্য বিধিবৎ রাজন্ধূপৈঃ কুসুমচন্দনৈঃ।
ততো দুগ্ধাজ্য সহিতং ঘটং দেয়ং হিরণ্ময়ম্ ॥৬২॥
সর্ব্বদানাধিকং চৈতন্মহাপাতকনাশনম্।

---

নিংথিনা তংদোক্লবা সনানা ঘট অমা শারো, মহুদা লোকপাল কোবা লাইশিংগা লোইননা ব্রহ্মা, শিব, বিষ্ণুপী আবাহন তৌরো (কোরো) অহাংগা চফু অহুদা শংলাব অনৌবগা যীপা থন্না হাপ্পগা ভাক্তগা লোইননা থুরুমতছুনা কন শুবা ব্রাহ্মণ অমদা দান তৌগনি, অতুথা তৌব্রবা দান অতুদি নংনা দান চাম চাম তৌবদগী য়েন্নবনি, মশি প্রেতপী মুক্তিপী দমকদি অথোইবা দানি ॥৬০॥

ঘট অসিপী মরাইদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, গনেশ, মহাদেব অমদি মোংগোক্তগী মথং মথং লাৎলগা লোকপালশিংবু ঘট অতুগী ১ চুকশম মপাদা থমতুনা লাংকনি ॥৬১॥

হে নিংথৌ চৈন নন্দন ধূপনচিংবনা নিয়মগী মতুংইন্না পূজা তৌরগা অতুগুবা শদোম যীনা থল্লবা স্নাপী চফুদু ব্রাহ্মণদা দান তৌগদবনি ॥৬২॥

হে নিংথৌ অসুথা দান অসি অয়াম্বা দানশিংবগী অথোইবনি, মহাপাতক কোবা পাপ অতু কাওবা মাংহনবা ওবনি মরম অসিদগী হে নিংথৌ প্রেতগী মপোক্তগা লায়বগীদমক অসিগুবা

কর্ত্তব্যং শ্রদ্ধয়া রাজন্ প্রেতস্য বিনিবৃত্তয়ে ॥৬২॥
শ্রীভগবানুবাচ :—
এবং সঞ্জল্পতস্তস্য প্রেতেন সহ কাশ্যপ।
সেনা জগামানুপদং হস্ত্যশ্বরথ সংকুলা ॥৬৪॥
ততো বলে সমায়াতে দত্ত্বা রাজ্ঞে মহামণিম্।
নমস্কৃত্য পুনঃ প্রার্থ্য প্রেতোঽদর্শনমেয়িবান্ ॥৬৫॥
তস্মাদ্বনাদ্বিনিষ্ক্রম্য রাজাপি স্বপুরং যযৌ।
ততঃ স্বপুরমাসাদ্য তৎসর্ব্বং প্রেতভাষিতম্ ॥৬৬॥
চকার বিধিবৎপক্ষিন্নৌর্দ্ধদৈহিকজং বিধিম্।
তস্য পুণ্যপ্রদানেন প্রেতো মুক্তং দিবং যযৌ ॥৬৭॥

---

ঘট দান অসি শ্রদ্ধা'গা ( থাজবা অমদি পুকনিং চংবগা ) লোইনশা তৌগদবনি ॥৬৩॥

শ্রীভগবানা হায় :—হে গরুড়, নিংথৌ অদুনা অদুগুম্বা প্রেত অদুগা অশুম্বা বা ঙাংনরিবৈদা, শামু শগোল অমদি লোলাইনচি বগা লোইনবা নিংথৌগী ভেজোল অদু মকমদুদা থুংলরে ॥৬৪॥

অদুগী তুংদা ভেজোলনা থুংলরবদা প্রেত অদুনা নিংথৌ অদুদা মগুণ লৈরবা মনিবু পীরগা নিংথৌবু হায়জ ইচ্চনা ( প্রার্থনা তৌদুনা ) খুরুমগা মাংখ্রে উথিদরে ॥৬৫॥

প্রেত চৎখ্রবা তুংদা নিংথৌ অদুসু বন অদু থাদোক্লমদুনা মাগী কোনুংদা হল্লকলে, কোনুং হেক য়োবগা প্রেতনা হায়খিবা পুমমক তৌখি ॥৬৬॥

হে গরুড় নিংথৌনা প্রেত অদুগীদমক ঔর্ধ্বদৈহিক ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা যায়া চাওনা প্রেতনা হায়বদুমক তৌখি, নিংথৌনা তৌবা পুণ্যগী মহেনা প্রেত অদুসু প্রেতগী মপোক্তগী নায়দুনা স্বর্গ কাখি ॥৬৭॥

শ্রাদ্ধেন পরদত্তেন গতঃ প্রেতোপি সম্পতিম্ ।
কিং পুনঃ পুত্রদত্তেন পিতা যাতীতি চাদ্ভুতম্ ॥৬৮॥
ইতিহাসমিমং পুণ্যং শৃণোতি শ্রাবয়েচ্চ যঃ।
নতৌ প্রেতত্বমায়াতঃ পাপাচারয়তাবপি ॥৬৯॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে বভ্রুবাহন
প্রেত সংস্কারো নাম সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৭॥

---

অতোপ্পা কনিষ্ক মরী নৈনদবা অথবা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌবিবদগী প্রেত অচুনা স্বর্গ কংবা অয়ানবা চায়বচু ওইরবদা মচানা মপাগীদমক শ্রাদ্ধ কম্মনচিংবা ঔর্দ্ধদেহিক ক্রিয়া তৌরবদা মপানা স্বর্গবু কংই হায়বসিদা কন্নি অমুক চিংনবিগুই নৈবগে ॥৬৮॥

হে গরুড় অসিগুবা পুণ্যগী মশক ওইবা ইতিহাস অসিয় তাকরবা অমদি অতোপ্পদা তাহল্লবা অদু ওইরবদি তাম্নবা অমদি তাহল্লিবা অনিমক্ পাপাচারী হায়বদি কয়ামুক ওইবা পাপ্ তৌদুনমু নরক তাবা হায়বদুদি তৌরয়োই যমগী যাতনা অবাবা ফংদনবা উপায়দি অসিতনি ॥৬৯॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী মখুংদা বভ্রুবাহন অমদি প্রেতনা ঙাংনবা মতাংদা বভ্রুবাহন্না তৌবা প্রেতগী সংস্কার কৌবা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# অথ অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ :—

আমুষ্মিকিং ক্রিয়াং সর্ব্বাং বদ সুকৃতিনাং মম।
কর্ত্তব্যা সা যথা পুত্রৈস্তথা চ কথয় প্রভো ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ :—

সাধু পৃষ্টং ত্বয়া তার্ক্ষ্য মানুষাণাং হিতায় বৈ।
ধার্ম্মিকার্থং চ যৎকৃত্যং তৎ সর্ব্বং কথয়ামি তে ॥২॥

সুকৃতী বার্ধকে দৃষ্ট্বা শরীরং ব্যাধি সংযুতম্।
প্রতিকূলান্ গ্রহাংশ্চৈব প্রাণ ঘোষস্যচাশ্রুতিম্ ॥৩॥

---

গরুড়না হায় :—হে প্রভো পরলোকী সম্বন্ধ ওইবা হায়বদি শিরপা কংজুগদবা, অকবা মীশক্রা কংলগদবা মাপী মাপী মচ'না তৌজবা য়াবা কর্ম্মশিং অদু অমুক তাকপিরো ।।১।।

ভগবান বিষ্ণুনা হায় :—হে গরুড় নংনা মীওইবগী কায়-নবগীদমক হংলিবসি য়াম্না ফবা য়াদি, মরম অসিনা ধর্ম্মচেনব-শিংনা তৌবা য়াবা, মতিক চাবা কর্ম্মশিংবু ঐনা নঙোন্দা হায়রগে ।।২।

পুন্যচেনবা মীনা মশাগী চহি য়ামশিন্নকতুনা অনাবনা থুন্নম চম্নবা মতমদুদা মচা অমদি মতুনগী মশাগী অপাম্বা মওং তাক্লকপা ওাইহুনা লৈরবদা হায়বদি মচা মতুনগী হাম্বা ইরুক্তবা, সম্মান তৌরক্রবদা ঐগী মতম লোইরে হায়বনি মশানা বংগদবনি ॥৩॥

তদা স্বমরণং জ্ঞাত্বা নির্ভয়ঃ স্যাদতন্দ্রিতঃ।
অজ্ঞাতজ্ঞাতপাপানাং প্রায়শ্চিত্তং সমাচরেৎ ॥৪॥
যদা স্যাদাতুরঃ কালাস্তদা স্নানং সমারভেৎ।
পূজনং কারয়েদ্বিষ্ণোঃ শালগ্রামস্বরূপিণঃ ॥৫॥
অর্চ্চয়েদ্গন্ধ পুষ্পৈশ্চ কুঙ্কুমৈস্তুলসীদলৈঃ।
ধূপৈর্দীপৈশ্চ নৈবেদ্যৈর্বহুভির্মোদকাদিভিঃ ॥৬॥
দত্ত্বা চ দক্ষিণাং বিপ্রান্নৈবেদ্যাদেব ভোজয়েৎ।
অষ্টাক্ষরং জপেন্মন্ত্রং দ্বাদশাক্ষর মেব চ ॥৭॥

---

মতম ! অসি য়ৌশিল্লরুবদি ঐগী মৃত্যুগী (শিবগী) মতম লাকলে খন্দুনা ময়াম্না ভপথনা পুকনিং দৈতানা, মশানা খংনা তৌখিবা পাপ অমদি খংদনা তৌখিবা পাপশিংগী প্রায়শ্চিত্ত তৌরগদবনি ॥৪॥

অরোইথা মতম য়ৌশিল্লক্লবদা পুকনিং হকচাং শেংনা ঈরুমাইথজরগা শালগ্রামগী মশক ওইরবা শ্রীবিষ্ণুবু পূজা তৌরগনি ॥৫॥

লৈ, চন্দন, তুলসী পত্র, ধূপ, থাংমৈ নৈবেদ্যমচিংবা মথল কয়াগী মোদক কয়ানা ভগবানবু পূজা তৌগনি ॥৬॥

পূজা তৌবিরিবা ব্রাহ্মণবু দক্ষিণা তৌদুনা পেনহনগনি (মশানা পূজা তৌবা য়াবা মীশক ওইদ্রুনা মশানা তৌজবনা ব্রাহ্মণ চংলরোই) অদুগা প্রসাদি নৈবেদ্যমচিংবদু ব্রাহ্মণবু পীজ পীথক তৌদুনা পেনহনগনি, অদুগী তুংদা ভগবানগী অষ্টাক্ষর মন্ত্রগা দ্বাদশাক্ষর হায়বদি মরেক নিপাল্লা শাবা মন্ত্র "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায়" হায়বা, অমদি মরেক তরামিথোইনা শাবা "ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়ঃ" হায়বা মন্ত্র অসিবু জপ তৌগনি ॥৭॥

সংস্মরেচ্ছৃণুয়াচ্চৈব বিষ্ণোর্নাম শিবস্য চ।
হরের্নাম হরেৎপাপং নৃণাং শ্রবণ গোচরম্ ॥৮॥
রোগিণোন্তিকামসাদ্য শোচনীয়ং ন বান্ধবৈঃ।
স্মরনীয়ং পবিত্রং যে নাম ধ্যেয়ং মুহুর্মুহুঃ ॥৯॥
মৎস্যঃ কূর্ম্মো বরাহশ্চ নারসিংহশ্চ বামনঃ।
রামো রামশ্চ কৃষ্ণশ্চ বুদ্ধঃ কল্কী তথৈবচ ॥১০॥
এতানি শতনামানি স্মর্ত্তব্যানি সদা বুধৈঃ।
সমীপে রোগিণো জ্ঞাতুর্বান্ধবাস্তে প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১১॥

---

ভগবান বিষ্ণু অমনি শিবনী নাম নিংশিংগনি শোনগনি তাজগনি, শ্রীহরিনী নাম তাজবা হায়বসিনা মীওইবনী তোজখিবা পাপ পুরমকণু খুদকা মাংহরি ॥৮॥

মতম অদুদা অনাবনী নাকা মরুপ-মপাং শাগৈ-নাতৈনা লারুপা কম্নীরবনী মহত্তা ঐনী নামবু হমা হমা উৎচারণ তোবা শোনবিরবনা তোপদবা অকবা থবকনি ।৯।

শ্রীভগব'নণী অবতার ওইবা ম্যস্য, কূর্ম্ম, বরাহ, নৃসিংহ, বামন, পরশুরাম, শ্রীরাম, বলরাম শ্রীকৃষ্ণ, বুদ্ধ অমসুং কল্কীগী নামযু শোনগনি ॥১০॥

অসিদা নত্তনা জ্ঞান লৈবা পণ্ডিত ওইবা মীশিংনা মথণ চাব চাবনা ওইবা ভগবাননী নামবু শোনগদবনি, অনাবনী মনাকা লাকলিবা পুরমক্না অদুগুবা ভগবাননী নামবু শোনবিরিবা মথোই অদুতনা অনাবথী মরুপ-মপাং অশেংবা নরী-মতা অশেংবা হায়বদু কৌই ॥১১॥

কিংকরেভ্যো যমঃ প্রাহানয়ধ্বং নাস্তিকং জনম্।
নৈবানয়ত ভো দূতা হরিনাম স্মরন্নরম্ ॥১৬॥

অচ্যুতং কেশবং রামনারায়ণং কৃষ্ণ দামোদরং বাসুদেবং হরিম্।
শ্রীধরংমাধবং গোপিকাবল্লভং জানকীনায়কং রামচন্দ্রং ভজে ॥১৭॥

কমল নয়ন বাসুদেব বিষ্ণো ধরণিধরাচ্যুত শঙ্খচক্রপাণে।
ভবশরণমিতীরয়ন্তি যে বৈ ত্যজ ভট দূরতরেণ তান্ হি পাপান্ ॥১৮॥

---

যমরাজনা দূতশিংদা হায়রম্বনি, হে দূতশা ঐগী ইনাক্তা নখোয়বা পূবকবদি ঈশ্বর থাজদবা নাস্তিক মশেকশিং, শ্রীহরিগী মমাই শেইবা, মাগী নাম শোজবশিং- বুদি ঐগী নাক্তা পূরকনু ॥১৬॥

অচ্যুত, কেশব, রাম, নারায়ন, কৃষ্ণ দামোদর, বাসুদেব, হরি, শ্রীধর, মাধব, গোপীকা বল্লভ, জানকীনায়ক অমসুং শ্রীরামচন্দ্রনচিংবা নামশিং অসিবু ঐনা ভজনা শোজ- রিবনি ॥১৭॥

হে দূতশা অহুথবা হুপা অহনা, হে মিৎনা কমলগী মাননবা, হে বাসুদেব, হে বিষ্ণো, হে ধরণীধর, হে অচ্যুত, হে শঙ্খ চক্র পাইবা ইবুংঙো নহাক্না ঐখোই খাইগী ডাকপিরিবা মপু হায়রগা ইবুংঙো নহাকনি, অদুগা পুক্ষোংথবা মীশক্না ইবুংঙো মাগী মাথবু পোক্‌কনবদি মখোই অদুবুদি থাম্না থমবনদবনি ॥১৮॥

তানানয়ধ্বমসতো বিমুখান্মুকুন্দপাদারবিন্দমকরন্দরসাদজস্রম্।
নিষ্কিঞ্চনৈঃ পরমহংসকুলৈরসঙ্গৈর্জুষ্টাদ্গৃহে নিরয়বর্ত্মনি
বদ্ধতৃষ্ণান্ ॥১৯॥

জিহ্বা ন বক্তি ভগবদ্গুণনামধেয়ং চেতশ্চ ন স্মরতি
তচ্চরণারবিন্দম্।
কৃষ্ণায় নো নমতি যচ্ছির একাদাপি তানানয়ধ্বমসতোঽকৃত
বিষ্ণুকৃত্যান্ ॥২০॥

তস্মাৎ সংকীর্ত্তনং বিষ্ণোর্জগন্মঙ্গলমংহসাম্।

---

হে দূতশা। অঁসিগুম্বা মীশিং অসিবুদি ঐগী নাক্তা পুরকদমি
মচুদি করবা মীশক, পাপচেনবা, ইবুঙো মাগী ভক্তিরসপু
পাএদচুনা শ্রীভগবানগী চরণগী মকরন্দ রসদগী মথাই ওহোক্রবা
মীশকশিং, অমদি মশানা তৌজবা পাপ অচুম্বনা শিরগা নরকী
লম্বী য়েংদবা মাক্রবা, চত্তবা মায়োইদবা অচুম্বা মীশক অদুদু
যম ঐগী নাক্তা নখোইনা পুরকদবনি ॥১৯॥

অচুম্বা পাপচেনবশিংগী লৈএংনা শ্রীহরি ভগবানগী গুণ
অমদি নামগী উচ্চারণ তৌদ্রবা, অমদি পাপচেনবগী থমোইদা
শ্রীহরিগী চরণারবিন্দবু নিংশিংদ্রবা অমসুং মাগী ওকৈক অচুনা
শ্রীভগবানগীদমক অমুক্তং কাওবা লোনবা হায়রবচু লৈদ্রবা অমদি
পাপচেনবচুনা শ্রীহরিগীদমক পেরবা করিগুম্বা থবক অমত্তু
তৌখিদ্রবা অঁচুম্বা করবা পাপচেনবা অদুদু যম ঐগী ইনাক্তা
পুরকউ ॥২০॥

মরম অসিদগী হে গরুড় শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী নাম সংকীর্ত্তণ
তৌবা হায়বসি জগৎকি মঙ্গলগী মশকনি অমসুং অসিংগুম্বা হরিনাম

মহতামপি পক্ষীন্দ্র বিষ্ণ্যৈকান্তিক নিষ্কৃতিম্ ॥২১॥
প্রায়শ্চিত্তানি চীর্ণানি নারায়ণ পরাঙ্মুখম্।
ন নিষ্পুনন্তি দুর্ব্বুদ্ধিং সুরাকুম্ভমিবাপগাঃ ॥২২॥
কৃষ্ণনাম্না ন নরকং পশ্যন্তি গতকিল্বিষাঃ।
যমং চ তদ্ভটাংশ্চৈব স্বপ্নেপি ন কদাচন ॥২৩॥
মাংসাস্থিরক্তব্যকায়ে বৈতরণ্যাং পতেন্ন সঃ।
যোহন্তে দন্তাদ্বিজেভ্যশ্চ নন্দ নন্দন গামিনি ॥২৪॥

---

কীর্ত্তণ তৌবা হায়বসি পাপ পুম্নমকপু মাংহনবা থাইদবী অথোইবা প্রায়শ্চিত্ত মথন অমনি হায়না নংগা থংউ ॥২১॥

কনাগুম্বনা মপাপ কোক্লবা প্রায়শ্চিত্ত তৌপ্রবসু শ্রীনারায়ণবু থুংওইনরবা পুকচেল কত্রবা পাপচেনবদো মাপী মশাহ করিগুম্বা মতমদা অপেংবা অকবা হায়বদু ওইবা চমদে, মচুমতি যু হাপ্পুরবা পাত্রবু ঈশিংনা কন মায়া চামচুনসু শেংদবগুমনি ॥২২॥

শ্রীভগবান কৃষ্ণগী নামবু শোজনবদা পাপ পুম্নমক কোকচবা চমই, অদুগুম্বা মীশক অদুদি যমং কাওবদা নরকপু উরোই অমসুং যমবু যমদূতশিংবুসু উরোই ॥২৩॥

হে গরুড় অদুগুম্বা মীশক অদুনা শিরমদাইদা ব্রহ্মনা শববী নাম তৌপ্রবা অমদি শ্রীনন্দন নন্দন কৃষ্ণগী নামবু তাজপ্রবদি, শবোং, শরু, ঈনা থলবা হকচাংগী মশক ওইরবী বৈতরণী তুরেলদা তায়রোই, অমসুং পোকপা শিবগী হল্লোক হল্লিন তৌথিবা সংসার অসিগী চক্রদগী লাপ্লোতুনা শ্রীনন্দ নন্দন কৃষ্ণগী নাক য়োৎনবা অয়ানবা থুবদ কংনবা হায়বদু ওইরি: থনি ॥২৪॥

অতঃ স্মরেন্মহাবিষ্ণোর্নাম পাপৌঘনাশনম্।
গীতা সহস্রনামানি পঠেদ্বা শৃণুয়াদপি ॥২৫॥
একাদশীব্রতং গীতা গঙ্গাম্বুতুলসীদলম্।
বিষ্ণোঃ পাদাম্বুনামানি মরণে মুক্তিদানি চ ॥২৬॥
ততঃ সঙ্কল্পয়েদন্নং সঘৃতং চ সকাঞ্চনম্।
সবৎসা ধেনবো দেয়াঃ শ্রোত্রিয়ায় দ্বিজাতয়ে ॥২৭॥
অন্তে জনো যদ্দদাতি স্বল্পং বা যদি বা বহু।
তদক্ষয়ং ভবেত্তার্ক্ষ্য যৎপুত্রশ্চানুমোদতে ॥২৮॥

---

মরম অসিদগী পাপ পুম্নমকপু মাংহন'ববা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী নাম খোঞ্জবা অমদি শ্রীমদ্ভগবদগীতা, শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম স্তোত্রবু পাঠ তৌজবা নত্রগা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণংবু পাঠ তৌহল্লগা তাক-গদবনি ॥২৫॥

একাদসী ব্রত, ভগবদগীতা, গঙ্গাজল, তুলসী মঞ্জরী, শ্রীভগবানগী চরণামৃত, অমদি ভগবানগী নাম হায়বসি শিরমদাই ওইবশিংগী মুক্তি (অরানবা) পীনবগী মশকনি ॥২৬॥

মথক্তা হায়রিবা মুক্তি ফংনবগী লম্বীশিং অসি তৌরবা তুংদা কনাগুম্বা বেদপাঠ তৌবা ব্রাহ্মণ অমদা ঘী, সনা, চানবা চাক, মচাগা লোইনবী সনবীনচিংবসি দক্ষিণাগা লোইননা সঙ্কল্প তৌদুনা কৎকদবনি ॥২৭॥

হে গরুড় অরোইবা মতমদা শীথইদনা খিত্তং ওইরবসু য়াম্রবসু দান তৌজরবা অমসুং মপাগী পিবগীদমকনি হায়দুনা মচানা "ইপাগীদমক দান অসি তৌজরগনি" হায়না তৌজরিবা দান অসু অমাং অতা লৈত্রবা মত্রেং তাত্রবনি ॥২৮॥

অন্তকালেতু সৎপুত্রঃ সর্ব্বদানানি দাপয়েৎ।
যত্তদর্থং সুতা লোকে প্রার্থ্যন্তে ধর্ম্মকোবিদৈঃ ॥২৯॥
ভূমিষ্ঠং পিতরং দৃষ্ট্বা অর্দ্ধোন্মীলিত লোচনম্।
পুত্রৈস্তৃষ্ণা ন কর্ত্তব্যা তদ্ধনে পূর্ব্বসঞ্চিতে ॥৩০॥
স তদ্দদাতি সৎপুত্রো যাবজ্জীবত্যসৌচিরম্।
অতিবাহস্তু তন্মার্গে দুঃখং ন লভতে যতঃ ॥৩১॥
আতুরে চোপরাগে চ দ্বয়ং দানং বিশিষ্যতে।

---

হে গরুড় অন্তগী ঋতংদা ( অরোইবা মতমদা ) অকবা মচানা মপাগী মথুত্তা সকল্প তৌহন্নুনা দান পুন্নবকপু তৌহনগনি, কন্নিনা হান্নবযু ধর্ম্ম চেনবশিংনা অরোইবা মতম অসিগীদমক রে‧জুনা সংসারদা মচা অকবা পোকচগে হান্নমা ঈশ্বরদঃ প্রার্থনা তৌনন্নিবনি ॥২৯॥

অরোইবা মতম অসি য়েরক্লুনা মপানা কাংথোলদা কিল্লা ন্নারক্লুনা লৈপাক্তা থরুবা, অমদি চুপা পাংজবা ওবজরবা তথাই পাংলবা যিৎপু উরপা, মপানা কল্লিদৌ তাননা ননশিং অদুগ থৌরাংবা, মিহৌবা থাদোকতুনা থবোই শেংনা মপাগীদমক পুণ্যগী মশক ওইবা দান পুন্নমকপু তৌগদবনি, মতুমক্তা মপাগী সংগতি ( অকবা লম্বেলদা চৎপা ) ওইগদবনি ॥৩০॥

অকবা মচানা অসুম্না মপাগীদমক দান কন্না তৌগ্রবদা, মপা অদুনা শিরগা কংজুন্নিবা "অতিবাহিক শরীর" পিত্তবা শাবা হকচাং অদুনা শিরগা কংলিবা লোক অদুগী লম্বীদা অবাবা অমত্তম্ব কংদে ॥৩১॥

আতুর ( শিরমদাই ) মতমদা, অমদি জুবিৎ থাগী গ্রহন তৌবা হতমদা দান অদি অসিন্ন তৌজবনা থোইদোক্লা পুণ্যগী

অতোঽবশ্যং প্রদাতব্যমষ্টদানং তিলাদিকম্ ॥৩২॥
তিলা লোহং হিরণ্যং চ কার্পাসো লবণং তথা।
সপ্তধান্যং ক্ষিতির্গাব একৈকং পাবনং স্মৃতম্ ॥৩৩॥
এতদষ্টমহাদানং মহাপাতক নাশনম্।
অন্তকালে প্রদাতব্যং শৃণু তস্য চ সৎফলম্ ॥৩৪॥
মম স্বেদসমুদ্ভূতাঃ পবিত্রা স্ত্রিবিধাস্তিলাঃ।

---

মশকনি তৌগদববনি, মরম অসিদগী শিরমদাইদা থোইদিংনচিংবা দান নিপাল অসি তৌগদবা ওই ॥৩২॥

থোইদিং, য়োৎ, সনা, লশিং, থুম, পৃথিবীগী থোকপা চাববা
(১)　(২)　(৩)　(৪)　(৫) কৌ, যব, গেহু, হবাই মুগ
(৬)
পোৎলম তরেৎপু সপ্তধান্য লৈপাক অমসুং শলবী মথোই অসি
ওইনা, শগোলহবাই চানা　(৭)　(৮)
দ'ন তৌজবিবা দাতা অমসু শেংহনবিবা হায়বদি পাপ পুন্যমকুগী লাক্কোকপিবা পবিত্র ওইহনবিবা পোৎশক চাউনি ॥৩৩॥

হায়রিবা পোৎশক নিপাল অসি অচৌ অচৌবা পাপশিংবু কোকপিবা "মহাদান" কাববনি, মরম অসিদগী শিরমদ'ই মতমদা মহাদান নিপাল অসি তৌগদবনি, হৌজিক ঐ নত্তোন্দা মহাদানশিং অসি তৌবগী অকবা ফলশিং নত্তিক মগুণশিং অদু হায়গে নংনা মিংথিনা পুকনিং চংনা তাবো ॥৩৪॥

থোইদিং অমুবা, অঙৌবা, শাপু মানবা থোইদিং মহু অহনগী মথল অহেন অসি ঐগী হমাংনগী পোকথিবনি অমসুং মায়া পবিত্র (অশেংবা) ওইবনি, মরম অসিদগী থোইদিংবু

অসুরা দানবা দৈত্যাস্তৃপ্যন্তি তিলদানতঃ ॥৩৫॥
তিলাঃ শ্বেতাস্তথা কৃষ্ণা দানেন কপিলাস্তিলাঃ।
সংহরন্তি ত্রিধাপাপং বাঙ্মনঃ কায়সঞ্চিতম্ ॥৩৬॥
লোহদানং চ দাতব্যং ভূমিযুক্তেন পাণিনা।
যমসীমাং ন চাপ্নোতি ন গচ্ছেত্তস্য বর্ত্মনি ॥৩৭॥
কুঠারো মুসলো দণ্ডঃ খড়্গশ্চ ছুরিকা তথা।
শস্ত্রাণি যমহস্তে চ নিগ্রহে পাপকর্মণাম্ ॥৩৮॥
যমায়ুধানাং সন্তুষ্ট্যৈ দানমেতদুদাহৃতম্।
তস্মাদস্তায়োহদানং যমলোকে সুখাবহম্ ॥৩৯॥

---

দান তৌরবদি অসুর — হিংচাব, দানব, দৈত্য কৌবা হিংচাবাইতবা মথল অহম ঙমিনা য়ায়া পেল্লি ॥৩৫॥

অঙৌবা, অমুবা, নাপূ মথল অহমগী থোইদিং অসি দান তৌবনা মীওইবনা, পুকনিংনা তৌখিবা পাপ, বাহৈনা তৌখিবা পাপ, হকচাংনা তৌখিবা পাপ পুম্নমক্পু কোকই ॥৩৬॥

নৈপাক মথক্তা খুৎ থম্লগা য়োৎপু দান তৌগদবনি, মশিনা শিরবা জীববু যমলোকতা পুদে অমসুং যমগী শাংলবা য়ায়বা লম্বী অদুদা চত্তে, অদুগুম্বা যমগী অরাবশিং অদু য়োৎ দান তৌরবা জীব অদুনা ক্যংদে ॥৩৭॥

থীংজং, মুসল কৌবা খুৎলাই, থাংশাং, ছুরী কৌবা থাং অত্তেনবা, খুৎলাইশিং অসিগা পাপচেনবশিংবু নাক্লনবা যমরাজগী খুৎলাইনি ॥৩৮॥

অসিগুম্বা য়োৎকি দান অসি তৌরগা যমরাজগী খুৎলাইশিং অসিগী অপেনবা ওই, অদুনা য়োৎ দান অসি তৌগদবনি, মশি তৌরগা যমরাজগী খুৎলাইশিং অদুনগী অকিবা অরানা ক্যংদে ॥৩৯॥

উরণঃ শ্যামসূত্রশ্চ শুণ্ডামর্কোহপ্যুদুম্বরঃ ।
শেষবলো মহাদূতা লোহদানাৎ সুখপ্রদাঃ ।৪০॥
শৃণু তার্ক্ষ্য পরং গুহ্যং দানানাং দানমুত্তমম্ ।
দত্তেন তেন তুষ্যন্তি ভূর্ভুবঃ স্বর্গবাসিনঃ ।৪১
ব্রহ্মাদ্যা ঋষয়ো দেবা ধর্ম্মরাজ সভাসদঃ ।
স্বর্ণদানেন সন্তুষ্টা ভবন্তি বরদায়কাঃ ॥৪২॥
তস্মাদেয়ং স্বর্ণদানং প্রেতোদ্ধরণ হেতবে ।
ন যাতি যমলোকং স স্বর্গতিং তাত গচ্ছতি ॥৪৩॥
চিরং বসেৎ সত্যলোকে ততো রাজা ভবেদিহ ।

---

উরণ, শ্যামসূত্র, শুণ্ডামর্ক, উদুম্বর অমন্তঃ শেষবল কোবা মহ দূতশিং অসিনা মেঃৎ দান তোরবদি য'লোকতা দুতাইবা পীরি ॥ ৪০ ॥

হে গরুড় য়'ঙ্গা ধুপনা নৈবা অমন্তুং দান তোবা ধুদিংযক মানা অবোইবা দান ওইবা অ্যুণ্ডব দান অহ তোবনা পৃথিনা নৈবা, আকাশতা নৈবা, স্বর্গদা নৈবশিংবু পেনহারি ॥৪১॥

ব্রহ্মা নচিংবা ঋষিশিং, নাইশিং, ধর্ম্মরাজনি সভদা কমদিবা পুরুষক অসি স্বর্ণদান তোবনা মায়া অপেনবা ওই, অমন্তুং মবোই অসিদি পেনবদি বর পীনহৈবা তাকনি ॥৪২॥

যমন অসিদনি প্রেতবু নারনবনিদমক মনানি দান তোপদবনি, মরবদি মনানি দান তোরবদি য'লোকতা চপে, স্বর্গ লোকতা পোরবনমক চৎনি ॥৪৩॥

মনানি দান তোরবদি মতন কুইনা সত্যলোকতা কৈকরণা হাঁদা অহুক পোরুবা মতনা বধ'তেনবা, রাজ যেদা ঊমশিংবো

রূপাবাদ্ধার্ম্মিকো বাগ্মী শ্রীবানকুল বিক্রমঃ ॥৪৪॥

কার্পাসস্য তু দানেন দূতেভ্যো ন ভয়ং ভবেৎ

লবণং দীয়তে যচ্যত্তেন নৈব ভয়ং যমাৎ ॥৪৫॥

অথ লবণকার্পাসতিলকাঞ্চন দানতঃ।

চিত্রগুপ্তাদয়স্তুষ্টা যমস্য পুরবাসিনঃ ॥৪৬॥

সপ্তধান্য প্রদানেন প্রীতো ধর্ম্মধ্বজো ভবেৎ।

তুষ্টা ভবন্তি যেঽন্যেঽপি ত্রিষু দ্বারেষধিষ্ঠিতাঃ ॥৪৭॥

ব্রীহয়ো যবগোধূমা মুদ্গা মাষাঃপ্রিয়ংগবঃ।

চণকাঃ সপ্তমা জ্ঞেয়াঃ সপ্তধান্যমুদাহৃতম্ ॥৪ ॥

---

মরন মথুব মামা নৈব, বাত-পাদবা, মশক মতৌ কজবা অমদি মত্তিক মগুণ নৈব', মপাদল কনবা নিংথৌ ওইনা পোকদৈ ॥৪৪॥

লশিং দান তৌবনা যংদূতশিংদগী অকিবা কংদে, থুম দান তৌবনা যমরাজনা পেনবীবনা যমরাজদগী অকিবা কংদে ॥৪৫॥

থুম, লশিং, থোইদিং সনাগী দান তৌবনা যমরাজগী পুরদা লৈরিবা চিত্রগুপ্তনচিংবা পুরমক্তা পেনবি ॥৪৬॥

অহুপা সপ্তধান্য কৌবা কৌ, যব, গেহু, মুগ, ওইন, শগোল-হবাই চানা অসিবু দান তৌবনা ধর্ম্মরাজনা পেনবি অমসুং অতোপ্পা যমপুরগী থোং অহুমতা লৈরিবা দ্বারপাল — থোং ওকুলশিংসু পেনবী ॥৪৭॥

সপ্তধান্য কৌবদি কৌ, যব, গেহু, হবাই মুগ, হবাই ওইন শগোলহবাই, হবাই চানা মথোই চরেৎ লসিবু সপ্তধান্য অহুম কৌই [illegible]।

গোচর্ম্মমাত্রং বসুধা দত্বা পাত্রে বিধানতঃ।
পুনাতি ব্রহ্মহত্যা যা দৃষ্টমেতন্মুনীশ্বরৈঃ ॥৪৯॥
ন ব্রতেভ্যো ন তীর্থেভ্যো নান্যদানাদ্বিনশ্যতি।
রাজ্ঞা কৃতং মহাপাপং ভূমিদানাদ্বিলীয়তে ॥৫০॥
পৃথিবীং সস্য সম্পূর্ণাং যো দদাতি দ্বিজন্মনে।
স প্রযাতীন্দ্রভবনে পুজ্যমানঃ সুরাসুরৈঃ ॥৫১॥
অত্যল্পফলদানি স্যুরন্যদানানি কাশ্যপ।
পৃথিবীদানজং পুণ্যমহন্যহনিবর্ধতে ॥৫২॥

---

হে গরুড় মতিকচাবা ব্রাহ্মণগী মফমদা নিয়ম বিধ কায়দনা শনগী শউন শবু অমমুক্তং পাকপা লম্ব (পৃথিবু) দান তৌজরব'দি মতাক অদু ব্রহ্মহত্যা ( ব্রাহ্মণ হাৎপ ) গী পাপ কোকচৈ হায়বদি ময়ম পুরপক উরবা খংলবা মুনীশিং'বা বায়নৈ । ৪৯।।

নিংথৌনা তৌখিবা মহাপাপ ( অচৌবা পাপ ) কি ব্রত কয়ামুক তৌরনস্ত কোক্তে, তীর্থ কয়া লুপল্লুরবসু কোকপা মরৈত্রে, অমদি কয়িগুবা দান অমত্তনসু কোকপা নৈতে, তৌ'গুবসুং পৃথি দান তৌবা হায়বলিতনা নিংথৌনা তৌখিবা মহাপাপ অদুবু কোকহল্লি । ৫০।।

চান-থক্কবা মহৈ মরোংনা থল্লবা পৃথি (লম) মচেং অমত্তংবু মতিক চাবা ব্রাহ্মণদা দান তৌজরবা মীশক অদুদি লাই ফিংচাবা পুরমক্লা পুজা তৌদুনা ইন্দ্রলোক্তা মুত্তাইনা নৈ ।৫১।

হে গরুড় অতে'মা দান তৌবদি অদুক হ'ক্লা ফল চাওদে, পৃথ্বীদান তৌবগী পুন্য ফলদি নোংমা নোংমগী মরেং ত বা নৈতনা হেনক্হলকই, মদু কয়িগুবদা মরেং তাবা হায়বা নৈত্রে ।।৫২।

যো ভুক্ত্বা ভূমিপো ভূমিং নো দদাতি দ্বিজাতয়ে।
স নাপ্নোতিকুটীং গ্রামে দরিদ্রী স্যাত্ভবেভবে॥৫৩॥
অদানাদ্ভূমিদানস্য ভূপতিত্বাভিমানতঃ।
নিবসেন্নরকে যাবচ্ছেষো ধারয়তে ধরাম্॥৫৪॥
তস্মাদ্ভূমীশ্বরো ভূমিদানমেব প্রদাপয়েৎ।
অন্যেষাং ভূমিদানার্থং গোদানং কথিতং ময়া॥৫৫॥
ততোঽন্তে ধেনুর্দাতব্যা রুদ্রধেনুং প্রদাপয়েৎ।
ঋণধেনুং ততো দত্ত্বা মোক্ষধেনুং প্রদাপয়েৎ॥৫৬।

---

মীশক অচুনা পৃথ্বীগী হপু ওইরগা হায়বদি চম য়াম্বা পাক চাওবগী মপুদি ওইরগা ব্রাহ্মণদা লান থিজং কাওবা ভৌত্রবদি অভোম্বা মপোক্তা যাগীনি হায়বা য়ুম্ফম মচেৎ অমা ফাওবা ফংদে, অমস্তং জন্ম জন্মান্তরদা লাইরবা ওই।৫৩॥

অচুগুবা লম য়াম্বা লৈবগী নাপম্বা থুবচুনা লমগী দানদি তৌদবা মীশক অচুদি শেষনাগ অনন্তনা পৃথ্বীবু পুম্বিবা অচুবি মখৈ নরক. ভাচুনা লৈ॥৫৪॥

মরম অ'সিদগী লম য়াম্বা' লৈবা মীশক্না লম দান তৌগদবনি, অচুপা লম লৈতবঃ মীশিনা শনবী দান তৌগদবনি হ য়না ঐনা নত্তোন্দা হ'য়রিবসিনি॥৫৫॥

মরম অসিদগী অরোইবা মতমদ ( শিরমদাইদা ) শন অমা দান তৌগনি, অচুদগী রুদ্রধেনু ( মহাদেবগীদমক কাও থাবা ) অমা মহাদেবগীদমক কৎকনি, অচুগী তুংদা ঋণধেনু ( লম্বন কোক্পা শন ) অমা অচুগী তুংদা অমুক মোক্ষধেনু ( অয়ানবা ক'নবা শন ) অমা অমুক দান তৌগনি॥৫৬॥

দত্তাবৈতরণীধেনুং বিশেষবিধিনা খগ।
তারয়ন্তি নরং গাবস্ত্রিবিধাচ্চৈব পাতকাৎ ৫৭॥
বালত্বে যচ্চ যচ্চ কৌমারে যৎপাপং যৌবনে কৃতম্।
বয়ঃ পরিণতৌ যচ্চ জন্মান্তরেষ্বপি ॥৫৮॥
যন্নিশায়াং তথা প্রাতর্যন্মধ্যাহ্নাপরাহ্নয়োঃ।
সন্ধ্যয়োর্যৎকৃতং পাপং কায়েন মনসা গিরা ॥৫৯॥
দত্ত্বা ধেনুং সকৃদ্বাপি কপিলাং ক্ষীরসংযুতাম্।
সোপস্করাং সবৎসাং চ তপোব্রত সমন্বিতে ॥৬০॥
ব্রাহ্মণে বেদবিদুষি সর্ব্বপাপঃ প্রমুচ্যতে।

---

হে গরুড় অদুগী তুংদা তৌবা তৌশবা নিয়ম কায়দনা— নিয়মগী মতুংইন্না বৈতরণীগীদমক শল অমা কৎকনি, শল অসিনা পাপ চেনবা মীবু হকচাংনা তৌবা পাপ, হায়রিবা মথল অহুমগী পাপ্তগী লানবী ॥৫৭॥

অহুগুম্বা মীশক অহুনা, অতাং ওইরিঙৈদা, ঙুপামচা ওইরিঙৈদা, মখোক কায়কপা মতমদা, অহল ওইরবা মতমদা, অমদি মপোক মপোক কয়াদা তৌখিবা পাপ, অমদি অহিংদা, অয়ুক্তা, নুমিৎয়ুংবা মতমদা, নুমিদাংবাইদা অমদি অপম অতান শিন্নবা সন্ধ্যা অনিমক্তা, হকচাংনা, পুকনিংনা, ৱাহৈনা তৌখিবা পাপ কয়াবু অহুগুম্বা মীশক অমুনা অমুক্তং অচা-অথক, কিয়োল, সিজ্ঞানচিংবগা লোইননা, ব্রত, তপস্যা অমদি বেদ পাঠনচিংবদা পুকনিং চংবা, বেদ হৈবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগীদমক দান তৌজরবদি মথক্তা হায়খিবা পাপ খুদিংমক অসি কোকটৈ। অসিগুম্বী শল য়োংমানবী চাজেনবী অসিবু দান তৌজবসিদা,

উদ্ধরেদন্তকালে সা দাতারং পাপ সঙ্কয়াৎ ॥৬১॥
একা গৌঃ স্বস্থচিত্তস্য দাতুরস্য চ গোশতম্ ।
সহস্রং ম্রিয়মানস্য দত্তং চিত্তবিবর্জ্জিতম্ ॥৬২॥
ম্রিয়দ্ভৈস্তত্তৎ পুনর্লক্ষং বিধিপূতং চ তৎফলম্ ।
তীর্থ পাত্রসমোপেতং দানমেকং চ লক্ষধা ॥৬৩॥
পাত্রেদত্তং চ যদ্দানং তল্লক্ষগুণিতং ভবেৎ ।
দাতুঃ ফলমনন্তং স্যাৎ পাত্রস্য প্রতিগ্রহে ॥৬৪॥

---

দান তৌজরিবা মীশক অসিগী হয়েং অন্তকাল ( অরোইবা মতম হায়রবদি শিরবদ ইগী মতমদা মশাগী পাপ পুন্নমক কোকচনুবা অকবা লম্বী চৎলি । ) ॥৫৮।৫৯ ৬০।৬১॥

মশা কয়িবা নাত্রি যেক্তিবা মীশা শনবী দা'ন তৌবদা ক'বা ফল অহু, নায়রবা মেক্লবা মীশক অমনা তৌজবদা অহুগুবা শনবী চ'মা দান তৌবগী ফল ক ই, অমনুং শিরমদাইগী য গ্না বায়রবা মতম, থমোই হকচাং পুন্নমক তনিক তনিক্লবা মতমদা তৌবা দান অহুদা শনবী লিশিং অমা দান তৌবগী ফল ফংই ॥৬২॥

শিরবা তুংদা মচানা মশুনা নিয়মগী মতুংইন্না তৌবা দান অহুনা মথকী নাত্রিবা মশা কয়িবা মীনা তৌবা দান লক্ষ অমগা মান্নবা পুণ্য ফংই, মতৌ অমুম্না তীর্থদ মপা মপুগীদমক মতিক চাবা অকবা ব্রাহ্মণদা শংবী অমতং দান তৌজবগুম্না শনবী লাক্ষ অমা দান তৌবগী ফল অহু ফংই ॥৬৩॥

মতীক চাবা অকবা ব্রাহ্মণদা তৌজরিবা দান অহুগী পুণ্য অহু, লক্ষ অমগী তৌজবগী পুণ্য অহুমক মফংই, অমনুং দান তৌরিবা মীশক অহুনা শরুক লক্ষ অমা হেন্না ফল ফংবা অমদি দা'ন লৌরিবা মতীক চাবা ব্রাহ্মণ অহুনা দান লৌজবগী ফরিতবা লোক্ষ অমগুম্ন মশাদা লৈরোই ॥৬৪॥

স্বাধ্যায়হোমসংযুক্তঃ পরপাক বিবর্জ্জিতঃ ।
রত্নপূর্ণামপি মহীং প্রতিগৃহ্য ন লিপ্যতে ॥৬৫॥
বিষশীতাপহো মন্ত্রবহ্নী কিং দোষভাগিনৌ ।
অপাত্রে সা চ গৌর্দত্তা দাতারং নরকং নয়েৎ ॥৬৬॥
কুলৈকশতসংযুক্তং গ্রহীতারং তু পাতয়েৎ ।
নাপাত্রে বিদুষা দেয়া আত্মনঃ শ্রেয় ইচ্ছতা ॥৬৭॥
একাহ্যেকস্য দাতব্যা বহূনাং ন কদাচন ।

---

অহুগুম্বা মতীক চাবা ব্রাহ্মণ, বেদ পাঠ অমদি হোম জপ তৌদুনা লোক্লিবা অমদি মতোম্মা মীনা থোং-থাকপা চাত্রবা, মশা মথন্তা থোংলগা চাজবা ব্রাহ্মণ অদুদি লৈ রত্ননা (রত্নন্না) থাল্লবা পৃথ্বি কাওবা দান লৌবদা কল্লিগুবা দোষ অমত্তা লৈত্রে, কগুবা অমত্তা মত্তোন্দা ওইত্রে ॥৬৫॥

লিননা হবু মাংহনবা ঙবা মন্ত্র, অগ্নিংবু মাংহনবা ঙবা মৈ হায়বা অনি অসিদা কল্লিগুবা দোষ অমত্তমা কংহন্দবা ঙমদে, মতৌ অমুম্মা বেদ পাঠ তৌবা ব্রাহ্মণা দান লৌরবগী কল্লিগুবা দোষ অমত্তা ওইদে, তৌইগুমদুং মতীক চাদবা ব্রাহ্মণ্না লৌন অমত্তা ওইরবস্তু দান তৌরক্লিবা দাতা (দান তৌরিবঃ মী) অদুদি নরকা থংহনগনি। পুদুনা চংলি অদুনা কুপাত্রদা (মতিক চাদবা ব্রাহ্মণদা) দান তৌকদে ॥৬৬॥

মতীক চাদবা ব্রাহ্মণা দান লৌরববদি মশাদগী হৌরগা পুম্বায় চাম নরক তাই, মরম অসিদগী মশাগী মঙল ওইনবা, কনবা থনবা মীশক্লা মতীক চাদবদা দান তৌরোইদবনি ॥৬৭॥

মতীক চাবা ব্রাহ্মণ অমদা শনবী অমদি দান তৌবা যাই মখোদগী হেন্না যারদি তৌকদে মরমদি তৌরিবা দান শনবী

সা বিক্রীতা বিভক্তা বা দহত্যাসপ্তমং কুলম্ ॥৬৮॥
কথিতা যা ময়া পূর্ব্বং তব বৈতরণী নদী ।
তস্যা উদ্ধরণোপায়ং গোদানং কথয়ামি তে ॥৬৯॥
কৃষ্ণাং বা পাটলাং বাপি ধেনুং কুর্য্যাদলংকৃতাম্ ।
স্বর্ণশৃঙ্গীং রৌপ্যখুরীং কাংস্যপাত্রোপদোহিনীম্ ॥৭০॥
কৃষ্ণবস্ত্র যুগচ্ছন্নাং কণ্ঠে ঘণ্টা সমন্বিতাম্
কার্পাসোপরি সংস্থাপ্য তাম্রপাত্র সচৈলকম্ ॥৭১॥
যমং হৈমং ন্যসেত্তত্র লোহদণ্ড সমন্বিতম্ ।
কাংস্যপাত্রে ঘৃতং কৃত্বা সর্ব্বং তস্যোপরিন্যসেৎ ॥৭২॥

---

অহু রোহোকথিবা অমদি শরুক য়েন্থোক্লথবদি থন দান তৌরি দাভা অহুদগী হৌরকুনা মাগী শাগৈ তরেৎপু চাকথেংকই হায়ব দাভা অহুগী শাটৈগ তরেৎকী নাংনবগী নশক ওই॥৬৮॥

হে গরুড় ঐনা নঙোন্দা অহানবদা বৈতরণী তুরেনগী বা হায়রে, হৌজিক্কি অমুক মহুদগী লানবা উপায় শনবী দা তৌবগী মবম হায়রগে তারো ॥৬৯॥

শল অমুবী অমা নত্রগা য়োংগানবী শনবী অমহু কিদে লৈত্তেংবিরগা, কচৌদা সনা য়োন্নগা, মখোং খুজিন্দনা লুপা য়োন্নগ শদোন ভুমবা পেঙ্কেংগী পাত্র অমগা শারগদি ॥৭০॥

অমুবা মচুগী ফি অনিনা শনবীগী মনমগন্দা কুপ্পিরগদি মখৌরীদা শরীক শিজিনবিরগদি অমস্তুং কোরীগী পাত্র অম ফি অমগা লোইননা মশিং থয়া মথাদা থারগা মথক্তা কোং পাত্রচু থম্নগদি ॥৭১॥

কোরী পাত্র অদুদা য়োংনা শাবা দণ্ড অমা (চৈ অমা)গ লোইননা সনা শাবা যমরাজগী মূর্ত্তি অমগা হাপ্পগা পেঙ্কেংগী

[illegible]

নাবমিক্ষুময়ীং কৃত্বা পট্টসূত্রেণ বেষ্টয়েৎ ।
গর্ত্তং বিধায় সঙ্কল্পং কৃত্বা তস্মিন্ক্ষিপেত্তরীম্ ॥৭৩॥
তস্যোপরি স্থিতাং কৃত্বা সূর্য্যদেহসমুদ্ভবাম্ ।
ধেনুং সঙ্কল্পয়েত্তত্র যথাশাস্ত্রবিধানতঃ ॥৭৪॥
সালঙ্কারাণি বস্ত্রানি ব্রাহ্মণায় প্রকল্পয়েৎ ।
পূজাং কুর্য্যাদ্বিধানেন গন্ধপুষ্পাক্ষতাদিভিঃ ॥৭৫॥
পুচ্ছং সংগৃহ্য ধেনোস্তু নাবমাশ্রিত্য পাদতঃ ।
পুরস্কৃত্য ততো বিপ্রমিমং মন্ত্রমুদীরয়েৎ ॥৭৬॥
ভবসাগরমগ্নানাং শোকতাপোর্মিদুঃখিনাম্
ত্রাতা ত্বং হি জগন্নাথ শরণাগতবৎসল ॥৭৭॥

---

অচুপী তু'দা নৈপাক্তা কোম মচা অমা তৌবগা ঊশিং থম্না হাম্নগনি, য়েশবগী থোম্নীব। পুন্নবা চুনা হি মচা (পোং) অমা শাম্নগা কোমদা ঊশিং মথক্তা তাওহন্নগনি ॥৭৩॥

কোম অচুপী মথক্তা সূর্য্যদেবগী হকচাংমক্তদগী থোক্লকুবী শমবী হায়বসিবু লেপহন্নগনি অমসুং শাস্ত্রগী নিয়মগী মতুংইন্না সঙ্কল্প তৌরগনি ॥৭৪॥

নিয়মগী মতুংইন্না চেং থোইদিং নৈ-চন্দোন্নচিংবনা ব্রাহ্মণবু পূজা, তৌরগা শেৎন চানবা ফিরোল অলঙ্কা'রবু কৎলগনি ॥৭৫॥

অচুপী তু'দা কার্ত্তা অচুনা চুপী হি অচুপী মথক্তা য়েৎথ'বা থোং থাঙ্গৎকনি অমসুং শল অচুপী মমৈ পায়রগা ব্রাহ্মণবু মাংদা লৈহন্নগা মথাগী মন্ত্রবু থিগনি ॥৭৬॥

হে চংজবিবশিংবু ঙাকপিহৈবা, হে জগৎকি মপুতো, সমুদ্রগী মশক ওইরবা সংসার আসদা নুপুনা নৈক্নরবা অবাবা থমোই চাকপগী ঊথক হইবেদা তাওরিবশিংবু হৈবুতো নংনা ঙাকপি-রিবনি ॥ ৭৭ ॥

বিষ্ণুরূপং দ্বিজশ্রেষ্ঠ মামুদ্ধর মহীসুর।
সদক্ষিণা ময়াদত্তা তুভ্যং বৈতরণী নমঃ॥৭৮॥

যমমার্গে মহাঘোরে তাং নদীং শতযোজনাম্।
তর্তুকামো দদাম্যেতাং তুভ্যং বৈতরণী নমঃ।

ধেনুকে মাং প্রতীক্ষস্ব যমদ্বারে মহাপথে।
উত্তারণার্থং দেবেশি বৈতরণ্যৈ নমোহস্তুতে॥৮০॥

---

হে বিষ্ণু ভগবানমক্কি মশক ওইরিবা, হে পৃথিবী লাই ওইরিবা হে ব্রাহ্মণ অথোইবা, নহাক্না ঐবু লানবিয়ু, ইবুঙো নহাক্কীদমক ঐনা দক্ষিণাগা লোইননা বৈতরণী দান তৌজরবনি অমসুং ব্রাহ্মণ অথোইবা নংবু খুরুমজে।৭৮।

খোইদোক হেন্নোক্না অকিবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বীদা লৈরিবা যোজন চাম শাংবা বৈতরণী তুরেলবু লানবগীদমক অশিংবা শনবী অসিবু ঐনা ব্রাহ্মণ অথোইবা নংগীদমক পীজরি অমসুং ব্রাহ্মণ অথোইবা নংবু খুরুমজৈ॥৭৯॥

হে শনবী, হে লাইশিংগী মথেম্মা ওইবী, শাংলবা যমদ্বারগী লম্বীদা ঐবু অবা অনা লৈতনা পুৰিনবা ইনা নংনা ঙাবিয়ু অমসুং ইবা ঙাদনা নংনা ঐবু বৈতরণী তুরেলবু লানবিয়ু হায়না নংবু খুরুমজরি।৮০॥

গাবো মে অগ্রতঃ সন্তু গাবো মে সন্তু পৃষ্ঠতঃ।
গাবো মে হৃদয়ে সন্তু গবাংমধ্যে বসাম্যহম্ ॥৮১॥
যা লক্ষ্মীঃ সর্ব্বভূতানাং যা চ দেবে প্রতিষ্ঠিতা।
ধেনুরূপেণ সা দেবী মম পাপং ব্যপোহতু ॥৮২॥
ইতি মন্ত্রৈশ্চ সংপ্রার্থ্য সাঞ্জলির্ধেনুকাং বদন্।
সর্ব্বং প্রদক্ষিণীকৃত্য ব্রাহ্মণায় নিবেদয়েৎ ॥৮৩॥
এবং দত্তাবিধানেন যো গাং বৈতরণীং শুভাম্।
স যাতি ধর্ম্মমার্গেণ ধর্ম্মরাজ সভান্তরে ॥৮৪॥

---

শনবীশিংনা ঐগী মাংদা লমজিংবীসনু, শনবীশিংনা ঐগী তুংথংদা শককপু ডাকশিনসনু, শনবীশিংনা ঐগী থমোইদা লৈবিসনু অমসুং মতম পুম্বদা ঐহাক্না শনবী পুম্বকী মরক্তা লৈবা ওইরগে ॥৮১॥

লক্ষ্মীগী মশক ওইরবী শনবীশিংনা থবাই পামবশিংগী (মীওইশিংগী) মরক্তা অমদি লাইশিংগীসু মরক্তা চানখোইবীদি, অদুগুম্বী শনবীগী মশক ওইরবী ইমা লক্ষ্মীনা ঐগী পাপ পুম্বকপু মাংহনবীসনু ॥৮২॥

মথৌ অসুম্না মন্ত্র অসি হায়রগা খুৎ শোনজিনা। শনবী অমদি মমনিংথৌবু প্রার্থনা তৌরগা পুম্বকপু মেৎওইবনা কোইরগা অদুগুম্বী শনবীবু ব্রাহ্মণদা কত্তগনি ॥৮৩॥

হে গরুড় অদুগুম্বা মীশক অমনা অসিগুম্বা বিধান অনিগী মতুংইন্না বৈতরণী শনবীবু ব্রাহ্মণদা দান তৌরবদি ধর্ম্মরাজ ময়ুগী লাম্না ধর্ম্মরাজগী সভাদা ধর্ম্মগী লম্বীনা মরম ওইনা চৌই ॥৮৪॥

অস্থাবঁশরীরে তু বৈতরণ্যা ব্রতং চরেৎ।
দেয়া চ বিদুষা ধেনুস্তাং নদীং তর্ত্তুমিচ্ছতা ॥৮৫॥

সা নারাতি মহামার্গে গোদানেন নদী খগ।
তস্মাদবশ্যং দাতব্যং পুণ্যকালেষু সর্ব্বদা ॥৮৬॥

গঙ্গাদি সর্ব্বতীর্থেষু ব্রাহ্মণা বসথেষু চ।
চন্দ্রসূর্য্যোপরাগেষু সংক্রান্তৌ দর্শবাসরে ॥৮৭॥

অয়নে বিষুবে চৈব ব্যতীপাতে যুগাদিষু।
অন্যেষু পুণ্যকালেষু দদ্যাদ্গোদানমুত্তমম্ ॥৮৮॥

অসিগুম্বা বৈতরণী তুরেলদু লানগে থমিবা থং-কৈরবা মীশক মহুনা, মশা কল্লিঙৈ মতম অমমকদা বৈতরণী ব্রতসি হোনবা মতুংইন্না "লানবা শনবী" অসুবু দান তৌহৌগদবনি ॥৮৫।

হে গরুড় মতৌ অসুম্না শনবী দান তৌপ্রবদি অতুগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা বৈতরণী তুরেল অদু শাংলবা যমরাজগী লম্বীদা চৎপদা লাক্নদরে, মরম অসিদগী অকবা মতম য়েংহুনা মশা কল্লিঙৈদা বৈতরণীগী শনবীবু দান তৌগদবনি।৮৬।

গঙ্গা নচিংবা তীর্থ পুমনমক্তা, ব্রাহ্মণগী মযুমদা, নুমিৎ থাগী গ্রহণ তৌবা মতমদা, থাগী অয়োকপা তারিখ সংক্রান্তি লুপিত্তা অমদি অমাবস্যা হায়রবদি থাগি লুপিত্তা বৈতরণী শনবীবু দান তৌগনি।৮৭॥

সূর্য্যনা কর্কট সংক্রান্তি, মকর সংক্রান্তি, বিষুব সংক্রান্তি মেষ, তুলা সংক্রান্তি, ব্যতিপাত যোগ, যুগাদি তিথি (যুগ্মতিথি) দা অমদি অতোপ্পা পুণ্যকর্ম তৌবা য়াবা অকোক মতমদ, অথেংইবা দানী ওইবা শনবীগী দানবু তৌগনি ॥৮৮॥

যদৈব জায়তে শ্রদ্ধা পাত্রং সংপ্রাপ্যতে যদা।
স এব পুণ্যকালঃ স্যাত্ততঃ সম্পত্তিরস্থিরা ॥৮৯॥
অস্থিরাণি শরীরাণি বিভবো নৈব শাশ্বতঃ।
নিত্যং সন্নিহিতো মৃত্যুঃ কর্ত্তব্যো ধর্ম্মসংগ্রহঃ ॥৯০॥
আত্মবিত্তানুসারেণ তত্র দানমনন্তকম্।
দেয়ং বিপ্রায় বিদুষে স্বাত্মনঃ শ্রেয় ইচ্ছতা ॥৯১॥
অল্পেনাপি হি বিত্তেন সহস্তেনাত্মনে কৃতম্।
তদক্ষয়ং ভবেদ্দানং তৎকালং চোপতিষ্ঠতি ॥৯২॥

---

অদুগা পূকনি·দা অসিগুম্বা অকবা রাখল অদি ( পোবার-চিংবসি ভোগে থম্নকপসি ) হেক পোক্লকপা মতম অমত্তুং অকব', দান তৌবদা মতীক চাবা মীশক হেক ফংবসিম্ব পুণ্যকাল কোই, মতমসিদা হেক্তা দান তৌগদবনি, করিনা সম্পত্তি ( চাক·শন ) হ'য়বসিদি মতম পুম্বদা লেংদনা লৈতে ॥৮৯॥

হকচাং হায়বসিম্ব অংয়েম্মা লৈতে, লন হায়বসিম্ব মতম পুম্নমক্তা ইশাগীতা ওইরমত্তা লৈতে, অদুগা অশিবা হায়বসিদি মতম পুম্নমক্তা ইশাগা ইরে:ইত্ত লোইনহুনা লৈ, অদুনা ধর্ম্মগী লম্বী হায়বসিদি মতম পুম্নমক্তা চংকদবনি তৌগদবনি ॥৯০॥

মশাগী ফমবা থনবা মীশক্লা মশাগী মম্নন মথুম লৈরিবৈদো মতিক মগুণ লৈবা বিদ্বান্বা ব্রাহ্মণ মম্নন মথুম দান তৌহৌ-গদবনি, করিদগী ইশাগী ইমন ইথুম্না ব্রাহ্মণা দান তৌবা হায়বসি লোইবা নাইদ্রবা ফল পীরিবনি ॥৯১॥

মশাগী মখুৎনা থিবাংত ওইরবম্ব তৌদবিদা দান হায়বসিদি অরোইবা ন·ইত্রবা ফল ফংজিবনি, অমাং অতা লৈত্রবদি, মতুগী ফলম্ব থুবক থুদক্তা অদুমক মফংই ॥৯২॥

গৃহীতজ্ঞানপাথেয়ঃ সুখং যাতি মহাধ্বনি।
অন্যথা ক্লিশ্যতে মূঢ়ঃ পাথেয়রহিতঃ পথি ॥১৩॥
যানি যানি চ দানানি দত্তানি ভুবি মানবৈঃ।
যমলোকপথে তানি হ্যুপতিষ্ঠন্তি চাগ্রতঃ ॥১৪॥
মহাপুণ্যপ্রভাবেন মানুষং জন্ম লভ্যতে।
যস্তৎপ্রাপ্য চরেদ্ধর্মং স যাতি পরমাং গতিম্ ॥১৫॥
অবিজ্ঞায় নরো ধর্মং দুঃখমায়াতি যাতি চ।
মনুষ্যজন্মসাফল্যং কেবলং ধর্মসেবনম্ ॥১৬॥

---

মশানা দান ধর্ম্ম বিহুং তৌজখিবা মীশক্না শাংলবা খবদি অহাবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বেলদা দুখাইনা চৎলি, দান ধর্ম্ম তৌদবনা অহাবগী মশক্তা ওই ॥১৩॥

পৃথিবীদা মৈমিইৈদো দান ধর্ম্ম খরদং তৌজখিবচুমা শিরবা মতমদা যমলোকী লম্বীদা হায়া হায়না মমাংগী কল অমু লৈরমগনি কংবুগনি॥ ১৪॥

মীওইনা পোকপা মপোক হায়বসিদি কয়াম্বুক ওইবা পুণ্য কর্ম্মগী ফলনা ফংলবিবনি, মরম অসিদগী মী ওইনা পোকপা জীবশিংনা অমুক ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক তৌজবগা পরমগতি হাপ্পবদি ঈশ্বরগী নাক য়ৌজবা, ঈশ্বর ফাজবা ওননিবনি ॥১৫॥

ধর্ম্ম কর্ম্ম খংদবা তৌদবা মীনা মপোক অহনবু অতোপ্পা মপোকতুকু ( হিংলিবৈদগী শিরগনু ) ফংবাবা মত্তা অতৈ কংবে অদুনা ধর্ম্ম কর্ম্ম খংবা চত্তবা মীতয়া পোকপগী মহৈ ফাঙ নিবনি ॥১৬॥

ধনপুত্রকলত্রাদি শরীরমপি বা
অনিত্যং সর্ব্বমেবেদং তস্মাদ্ধ...
তাবদ্বন্ধুঃ পিতা তাবত্তাবজ্জীবতি মানবঃ।
মৃতানামন্তরং জ্ঞাত্বা ক্ষণাৎস্নেহো নিবর্ত্ততে ॥৯৮॥
আত্মৈব হ্যাত্মনো বন্ধুরিতি বিদ্যান্মুহুর্মুহুঃ।
জীবন্নপীতি সঞ্চিন্ত্য মৃতানাং ক প্রদাস্যতি ॥৯৯॥
এবং জানন্নিদং সর্ব্বং স্বহস্তেনৈব দীয়তাম্।
অনিত্যং জীবিতং যস্মাৎ পশ্চাৎ কোপি ন দাস্যতি ॥১০০॥

---

লন, মচু, মচা, অমদি মশ অমত্তু মরুপ-মপাং হায়বসি অয়েম্বা নত্তে, লেপ্পবক থম্মতনা অয়েম্বনি, মরম অসিদগী থর্মগী লম্বীবু চংকদবনি তৌগদবনি ॥৯৭॥

মপা, মমা মচিন-মনাও, মরুপ-মপাং হায়বসি মতম খন্না অচুক হিংলিবগী নৈরিবনি সুংশিরিবনি, শিরবা মতমদগি মশি পুম্নমক নোংম নোংমগী কাওথি, মথোইগী সুংশিবদু থুনমক মাংলকই, অইহাক্কী সুংশিবা হায়বদু ওইরকই, কুইনা নৈবু হায়বা য়ারক্তে ॥৯৮॥

মশাগী মরুপতি মশাতনি হায়বসি হন্না খন্না শিংলিংগদবনি মরমদি হিংলিঙৈমক্তদসু কনানসু কায়বা তৌবিরবা শিরগা কনানা মাগীদমক কাননবা তৌবিগদগে ॥৯৯॥

পুনসী হায়মসি লেপ্তবনি, শিরবা মতমদদি কনানা তৌবিয়কবা য়াই হায়বসি খন্না হিংলিঙৈ মতমদা মখুৎমক্তা দান তৌজরম-গনি ॥১০০॥

মৃতং শরীরমুৎসৃজ্য কাষ্ঠলোষ্ঠ সমংক্ষিতৌ।
বিমুখা বান্ধবা যান্তি ধর্ম্মস্তমনুগচ্ছতি ॥১০১॥
গৃহাদথ নিবর্ত্তন্তে শ্মশানাৎ সর্ব্ববান্ধবাঃ।
শুভাশুভং কৃতং কর্ম্ম গচ্ছন্তমনুগচ্ছতি ॥১০২
শরীরং বহ্নিনা দগ্ধং কৃতংকর্ম্মসহস্থিতম্।
পুণ্যং বা যদি বা পাপং ভুঙ্‌ক্তে সর্ব্বত্র মানবঃ ॥১০৩॥
ন কোপি কস্যচিৎ বন্ধু সংসারে দুঃখসাগরে।

---

শিরবা হকচাংনা উত্থুপ অমত্তম লৈপাক্লা শাবা মুর্ত্তিগুম লৈপাক্তা তান্নুনা লৈরবদা মরী-মতা মচা-মশু পুম্নমক্লা তোকম থোকপা থরা তোম্মগা হন্দোকত্নুনা চৎখিবা ডাক্কনি অদুম্বু মতম অদুদা মশানা তোজখিবা ধর্ম্ম অমুত্তনদি মাগী ( শিরবা হকচাংগী ) তুংইন্না চৎলি ॥১০১॥

শিরবা মতুংদা ইমা ইশানা রানা থবাই থুবাক্তা হাংদুনা তাশনবা লনথুম অদুনা মুনদা লৈহৌই অদুগুম্বা মরী-মতা মচা-মশু হায়রবা অসিন্নু শ্মশানদগী হনহৌবা ডাক্কনি, মতম্‌দা ইশানা তোজখিবা অফ-ফত্তবগী কর্ম্মফল অদুত্তনা পরলোক য়োনা চৎলিবনি ॥১০২॥

কম্লিদগী হকচাং হায়বসিদি মৈনা চাংত্নুনা উং ওলহৌরবনি, তোজখিবা ধর্ম্ম কর্ম্ম অমুত্তদি মৈনা চাক্কনা আত্মাগী তুংইন্নুনা লৈ, মরম অসিদগী জীবনা মপোক মপোক থুদিংদ মকম মতম পুম্নমক্কা পাপ পুণ্যগী ফলবু চাবিবনি ॥১০৩॥

অবাবনা থরবা সংসার অসিদা মরী মতা, মরূপ-মপাং কনানু লৈতে, তমগী কর্ম্মনি কলনা সংসার অসিদা দ'কই, কর্ম্মনি

আয়াতি কর্ম্মসম্বন্ধাদ্যাতি কর্ম্মক্ষয়ে পুনঃ॥১০৪॥

মাতৃপিতৃসুতভ্রাতৃ বন্ধুদারাদি সঙ্গমঃ।
প্রপায়ামিব জন্তূনাং নদ্যাং কাষ্ঠৌঘবচ্চলঃ॥১০৫॥

কস্য পুত্রাশ্চ পৌত্রাশ্চ কস্য ভার্য্যা ধনং চ বা।
সংসারে নাস্তি কঃ কস্য স্বয়ং তস্মাৎ প্রদীয়তাম্॥১০৬॥

আত্মায়ত্তং ধনং যাবত্তাবদ্বিপ্রেসমর্পয়েৎ।
পরাধীনে ধনে জাতে ন কিঞ্চিদ্বক্তুমুৎসহেৎ॥১০৭॥

---

কম অহু লোইরগা মরী-মতা পুম্নমক থাদোক্লুনা চৎলি হায়বদি কর্ম্মগী কম অহুগী মতুংইন্না লাক্লগা কম অহু লৈরিবা মতম অমুক্কীমথৈ কর্ম্ম তোঁহনা লৈ, তোঁরগা কর্ম্ম অহুগী কম অহু অমুক পুক্লনা, হ'মগী কম লোইরবদা শাগৈ-নাতৈ থাদোক্লুনা অমুক চৎলি॥১০৪॥

হিংলিংবগী:বগা, মমা, মচিন মনাও মচু-মচা, মরুপ-মপাংশিংগা তিন্নবা হায়বসি লম্বীদা ঈশিং থককমদা তিনবা মীয়ামগুম অমদি তুরেলগী ঈচেন্দা তাওবা কাওশী-গুম অয়েক্প লৈতবনি॥১০৫॥

কনানা কনাগী মচ'নো, কনানা কনাগী মগুনো, কনানা কনাগী মুপী ( মতু ) নো, করিমুনা কনাগী ময়নো, সংসার অসিদা কনানা কনাগীসু নত্তে, পুম্নমক মীমন্না ওাক্লনি, মরম অসিগী হি·লিচৈ মথুংনা কংনা দান তৌজগদবনি॥১০৬॥

মথুন্তা মরম মথুম লৈরিবৈদা ব্রহ্মণদা দান তৌহৌগদবনি, অয়েক্পা! লৈতবনিনা লম্দি মীথুন্ত' চৎপ্রবা মতমদদি লমগী মপু অহুনা! ফরিম্নু হায়রুবা ওয়লোই॥১০৭॥

পূর্ব্বজন্মকৃতাদ্ধামাদত্র লব্ধং ধন বহু।
তস্মাৎদেবং পরিজ্ঞায় ধর্ম্মার্থং দীয়াতাং ধনম্॥১০৮॥
ধর্ম্মাৎ সঞ্জায়তেহর্থশ্চ ধর্ম্মাৎ কামোহভিজায়তে।
ধর্ম্ম এবাপবর্গায় তস্মাদ্ধর্ম্মং সমাচরেৎ॥১০৯॥
শ্রদ্ধয়া ধার্য্যতে ধর্ম্মো বহুভির্নার্থরাশিভিঃ।
নিষ্কিঞ্চনা হি মনয়ঃ শ্রদ্ধাবন্তো দিবং গতাঃ॥১১০॥
পত্রং পুষ্পং ফলং তোয় যো মে প্রযচ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যুপহৃতমশ্নামি প্রয়তাত্মনঃ। ১১১॥

---

মহানমুকী মপোক্তা ভৌজখিবা দান অদুনা হন্দক অসিদা লন-থুমশিং অসিগী মপু ওইরম্বিবনি মন্দুনা ধর্ম্মগীদমক্তা লন-থুম অদুমু দান তৌগদবনি॥১০৮॥

ধর্ম্ম ভৌরগা লন-থুম ফংই, ধর্ম্ম ভৌরগা কাম হায়বদি অপাম। খুদিংমক ফংই, ধর্ম্ম ভৌরগা সংসার অসিদগী অয়ানবা থুবম (মোক্ষ) হায়বমু ফংই, মরম অসিদগী ধর্ম্ম ভৌবা হায়বসিনা পুম্নমক ফংই হায়বসি থংবা জীবনা মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্মতমু তানগদবনি ধর্ম্মতমু চৎকদবনি॥১০৯॥

ধর্ম্মবুদি থাজবগা লোইননা চৎনম্বিবনি, ধর্ম্ম অদু ভৌরগা লন-থুম ফংলবমু লন অদুতনদি পুম্নমক ফংবা ওইতে, করিনা মুনিশিংনা থাজবগা লোইননা লন-থুম দান ভৌরবমু ফংই॥১১০॥

শ্রীভগবান বিষ্ণুনা হায় :—হে গরুড় ঐগী ইনাই ভক্তশিংনা মপুকসিং শেংনা ভক্তিগা লোইননা উনা অমতং, লৈ অমতং, উহৈ অমতং, ঈশিং খুজোক অমত্তা ওইরবমু ঐগীদমক্তনি হায়না কৎচরকপদো ঐনা মান্না মুডাইনা অপেমবগা লোইননা লৌই।,১১১॥

নষ্টেবোপদ্রবা বাতুর্বা নরকস্যাতনাঃ ।
মৃত্যুকালে চ ন ভয়ং যমদূত সমুদ্ভবম্ ॥১১৬॥
যদ্দিলোভায় যচ্ছন্তি ,কালে আতুরসংজ্ঞকে ।
মৃতাঃ শোচন্তিতে সর্ব্বং কদর্য্যাঃ পাপিনঃ খগ ॥২১৭॥
পুত্রাঃ পৌত্রাঃ সহভ্রাতা সগোত্রাঃ সুহৃদস্ত যে ।
দদতি নাতুরে দানং ব্রহ্মঘ্নাস্তে ন সংশয়ঃ ॥১১৮॥
ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে আতুর দান
নিরূপণো নামাষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

অন্নয়া দান তৌরবা মীশক অহুদি করিগুম্বা উপদ্রব ( অরা অনা, অকি অথং ) কংদে, মহাক অহু নরকী লম্বীদা চৎজে, শিরবা মতমদসু করিগুমদা যমদূতশিংগী অবাবা কংদে ॥১১৬॥

হে গরুড় শিরমদাইদ্দা অমদি শিরবা মতমদা করিগুম্বা দান অমত্তা তৌজবা পাপচেনবা অরিকপা মীশক অহুদি মানা শিরবা মতমদা অরাবা নত্তনা করিসু কংদে ॥১১৭॥

শিরমদাইদা অমদি শিরবা মতমদা মচা, মত, মচিন মনাও অমদি মাগী সগোত্রশিং অমসুং মরী মত্তা নৈনংনৈনা মাগী সম্বন্ধী ওইবা ( মরী-মত্তা ওইবা ) মীশক অহুনীদমক দান তৌবিদ্রবা মীশকশিং অহুদি ব্রহ্মহত্যা ( ব্রাহ্মণ হাৎপ )গী পাপ কংই হায়বসিদা চিংনমিত্তাই নৈদ্রে ॥১১৮॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী মখুংদা আতুর-দান নিরূপন কৌবা নিপালভবা অধ্যায় লোইরে ।

# অথ নবমোঽধ্যায়ঃ

**গরুড় উবাচ ঃ—**

> কথিতং ভবতা সম্যগ্দানমাতুরকালিকম্।
> মিয়মাণস্য যৎকৃত্যং তদিদানীং বদ প্রভো ॥১॥

**শ্রীভগবানুবাচ ঃ—**

> শৃণু তার্ক্ষ্য প্রবক্ষ্যামি দেহত্যাগস্য তদ্বিধিম্।
> মৃতা যেন বিধানেন সদ্গতিং যান্তি মানবাঃ ॥২॥
> কর্ম্মযোগাত্তদা দেহী মুক্ত্যত্র নিজং বপুঃ।
> তুলসী সন্নিধৌ কুর্য্যান্মণ্ডলং গোময়েন তু ॥৩॥

---

গরুড়ন। হায় ঃ—হে প্রভো, ইমুতো নংনা নলাই ঐতোন্দা শিরমদাইনচিংবা আতুর মতমপী তোগদবা দামচিংবপী মরমদা নিংথিনা তাকপিয়ে, দৌজিক অমুক শিরবা মতনদা তোগদবা খুদিংমক অমুক তাকপিয়ো ॥১॥

বিষ্ণু ভগবাম্না হায় ঃ—হে গরুড় শিরবা মতমদা তোবা হোনবা নিয়মন্থ তোরপা মীওইবনা সদ্গতি ( অথবা লখেন ) কংনরিবা মওংপী হকচাংনচিংবা থাদোকপন্থ ঐ হায়রপে নং তাযো ॥২॥

কর্ম্মযোগপী মতুংইমা হ'য়রবদা হকচাং পামবলিংনা থবাই থাম্নবদা তুলসী প.বীপী মনাক্না শম্বিনা চিথেক মরি লাইবা ( ব্রাহ্মণপী ) ক্ষত্রিয়পীনা চিথেক অহদ লাইবা মতুন অমা থেক্লসি ॥৩॥

যাবত্তং নেতিকুং শক্তো যুক্তং পাপশতৈরপি ॥৮॥
তস্মা দলং মুখেকৃত্বা তিলদর্ভাসনে মৃতঃ।
নরো বিষ্ণুপুরং যাতি পুত্রহীনো ন সংশয়ঃ ॥৯॥
তিলাঃ পবিত্রাস্ত্রিবিধা দর্ভাশ্চ তুলসী তথা।
নরং নিবারয়ন্ত্যেতে দুর্গতিং যাতনাতুরম্ ॥১০॥
মম স্বেদসমুদ্ভূতা যতস্তেপাবনাস্তিলাঃ।
অসুরা দানবা দৈত্যা বিদ্রবন্তি তিলৈস্ততঃ ॥১১॥

---

তৌজরগা শিজন্নবা মীশক অচুদি পাপ চাযনা মশাদা লৈ
যবরাজনা মতোন্দ, মিংনা কাওবা য়েংবা নত্তমত্রে ॥৮॥

তুলসী মনা অমতংবু মরাদা উন্নগা শিজন্নবা, থোইদিংগী মথক্তা শিজন্নবা কুশগী আসন মথক্তা মথবায় থাজন্নবা মীশক অচুদি মচা পোক্তবা ওইরবসু শ্রীবিষ্ণুভগবানগী পানবু কংলে হায়রবসিদা চিংনগন্নু হে গরুড় ॥৯॥

মথল অহুমগী থোইদিং হায়রবদি অতোবা, অমুবা, নাপু মচুগী থোইদিং, কুশ মনা অমদি তুলসী হায়রবসি মাখা লেংবা পোৎশক্সি, মরম অসিদগী শিন্নবা মীশক অচুগী করামুক ওইবা কত্তবসু মাংহনবি ॥১০॥

ঐগী হকচাংদগী পোকখিবা ওইবনা থোইদিং হায়রবসি মাখা অশেংবা (পবিত্র) হায়রবনি ওই, মরম অসিদগী অসুর, দানব দৈত্যশিংনা থোইদিংদগী থাখা চেল্লোকই ॥১১॥

দর্ভা বিভূতির্মেতার্ক্ষ্য মমরোম সমুদ্ভবাঃ।
অতস্তৎ স্পর্শনাদেব স্বর্গং গচ্ছন্তি মানবাঃ ॥১২॥
কুশমূলেস্থিতোব্রহ্মা কুশমধ্যে জনার্দ্দনঃ।
কুশাগ্রেশঙ্করো দেবস্ত্রয়ো দেবাঃকুশেস্থিতাঃ ॥১৩॥
অতঃ কুশা বহ্নিমন্ত্র তুলসীবিপ্রধেনবঃ।
নৈতেনির্ম্মাল্যতাং যান্তি ক্রিয়মাণাঃ পুনঃ পুনঃ ॥১৪॥
দর্ভাঃ পিণ্ডেষু নির্ম্মাল্যা ব্রাহ্মণাঃ প্রেতভোজনে।
মন্ত্রা গোস্তুলসী নীচে চিতায়াং চ হুতাশনঃ ॥১৫॥

---

হে গরুড় কুশ হায়বসিনা ঐগী বিভূতিনি ( ঐনা ওইবনি ) ঐগী হু মকুদগী ( হকচাংদা হৌবা হুদগী ) ওইখিবনি মরম অসিদগী মহ কপু শোকলুবতদা মীওইবনা স্বর্গ য়োজবা ঙমই ॥১২॥ কুশকী মরুদা ব্রহ্মানা লৈ, কুশকী ময়াইদা জনার্দ্দন হরিনা লৈ, কুশকী মতোন্দা মহাদেব লৈ, মতৌ অসুনা লাই অহুমনা কুশকী মথাদা ডানখোইবি ॥১৩॥

মরম অসিদগী কুশ হায়বা, মৈ হায়বা, মন্ত্র হায়বা তুলসী হায়বা অমদি ব্রাহ্মণ ১মুং শল হায়বসি হয়া হয়া শিজিন্নরবসু নির্ম্মাল্য ( থোংলেনবা পোৎকুপা, অরেম অতা, শেংদবা লুথাক ) ওইদে ॥১৪॥

কুশনা পিণ্ডগী মথক্তা কুপ্লগা নির্ম্মাল্য ওই, ব্রাহ্মণা প্রেতগী মপোৎ চাক্লরগা নির্ম্মাল্য ওই, মন্ত্রনে, শনে তুলসীনে অসিনা অতোপবা জাতিদা লৈরগা ( তিররগা ) নির্ম্মাল্য ওই, মৈদি মী শিবগী চিতাগী ( মৈ থাবগা শীং ) হায়বদি মী পোৎলোইবগী শীংদা চাকপা মৈ অহুতনা অমাংবা ওই ॥১৫॥

গোময়েনো পলিপ্তে তু দর্ভাস্তরণসংস্কৃতে।
ভূতলে হ্যাতুরং কুর্য্যাদন্তরিক্ষং বিবর্জ্জয়েৎ ॥১৬॥
ব্রহ্মা বিষ্ণুশ্চ, রুদ্রশ্চ সর্ব্বে দেবা হুতাশনঃ।
মণ্ডলোপরি তিষ্ঠন্তি তস্মাৎ কুর্ব্বীতমণ্ডলম্ ॥১৭॥
সর্ব্বত্র বসুধা পুতা লেপো যত্র ন বিদ্যতে।
যত্র লেপঃকৃতস্তত্র পুনর্লেপেন শুদ্ধ্যতি ॥১৮॥
রাক্ষসাশ্চ পিশাচাশ্চ ভূতাঃ প্রেতা যমানুগাঃ।
অলিপ্তদেশে খট্টবায়ামন্তরিক্ষে বিশন্তি চ ॥১৯॥

---

শঙ্গিনা তৈরবা মকম ওইদুনমু অশিবনা হিপকম অদু কুশ থাপদবনি অমমুং মথকমু খুশনা অমুক কুম্নগা অশিংবা হকচাংবু হিপহনগনি অহাংবদা থব্দরোই ॥১৬॥

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, লাই পুরমক, অমমুং মৈ হায়বদিদি শঙ্গিগী চিথেক মরি নাইনা কোইশিনবা মণ্ডল অদুদা, কত্রিয়গীনা চিথেক অহব নাইবা মণ্ডল অদুদা লৈ, মরম অসিনা শঙ্গিগী চিথেক মরি নাইবা মণ্ডলদু য়েকদবনি ॥১৭॥

শঙ্গনা বাট তৈথোক্লবা মকম অদুদি শুদ্ধ ওইরে লৈ'লে মচুদা অমাংবা মতুবা হায়বদু ওইত্রে অদুদু শঙ্গিনা বাই তৈরবা মতুংদা ঈশিংনা (ঈচমা) অমুক তৈথোক্লবদি অদুগুবা মকমগী লৈপাক অদু শুদ্ধ (অশেংবা) হায়বদু ওইরে ॥১৮॥

রাক্ষস, পিশাচ, ভুত, প্রেত অমমুং যমদুত হায়বশিদি বাই তৈদবা লমদা, লৈপাক্কচিংবা খোগাইবা, অথোং-অকাইনা বাই চাইবা মকম, লমহাং-ভুহাংনচিংবদা লৈ, মরম অসিদগী বাই তৈদবা লম লৈপাক্কচিংবা খোগাইবা, অথোং-অকাইনা বাই

রাক্ষসাশ্চ পিশাচাশ্চ ভূতাঃ প্রেতা যমানুগাঃ ।
মণ্ডলেন বিনা ভূম্যামাতুরং নৈব কারয়েৎ ॥২০॥

লিপ্তভূম্যামতঃ কৃত্বা স্বর্ণং রত্নং মুখে ক্ষিপেৎ ।
বিষ্ণোঃ পাদোদকং দত্ত্বা শালগ্রামস্বরূপিণঃ ॥২১॥

শালগ্রামশিলা তোয়ং যঃ পিবেদ্বিন্দুমাত্রকম্ ।
স সর্ব্বপাপনির্ম্মুক্তো বৈকুণ্ঠভুবনং ব্রজেৎ ॥২২॥

ততো গঙ্গাজলং দত্ত্বা মহাপাতক নাশনম্
সর্ব্বতীর্থকৃতস্নান দানপুণ্য ফলপ্রদম্ ॥২৩॥

---

চাইরবা যকম অমদি লমহাং-তুহাংনচিংবদা শিয়বদি সদগতি (অকবা লমীদা চংপা) ওইদে ॥১৯॥

রাক্ষসশিং পিশাচশিং ভূত প্রেতশিং (অমদি যমগী দূতশিংনা হৈরমা, পাবজবা অমদি মখোইগী নৈকম ওইবা মরমনা শক্তিগী মণ্ডল তৌদবা লৈপাক্তা আতুরগী ওইবা (শিবগী মরীদা ওইবা থর্ক) অমত্তা তৌকদে ॥২০॥

মরম অসিদগী বাই তৈরবা লৈপাক্তা শিরবা হকচাংবু হীপহল্লগা মরাদা সনা রত্ন অমসুং শালগ্রামগী মণক ওইবা শ্রীবিষ্ণুভগবানগী চরণামৃত ইনবিগদি ॥২১॥

অহুত্তবা মীশক অহুনা শালগ্রাম চক্রগী চরণামৃত মরীক অমত্তং মরাদা তাজরগা শিরবদি পাপ পুমমক কোকচল্লনা শ্রীবিষ্ণুগী থাম ওইবা বৈকুণ্ঠলোক অহুবু ইবা বাদনা কংবরা ওদই ॥২২॥

অহুদগী তীর্থ খুদিংদা স্নান তৌজরবগী অমদি দান তৌজরবগী পুণ্য ফিবিক্তা যারবা ফল পীনবীরবী অমসুং অচৌ অচৌবা পাপ কয়াবু মাংহনবীরবী গঙ্গাগী জলবু অশিবা মরগা শিংদৌরিবা মী অহুগী মরাদা হাপ্লিগদবনি ॥২৩॥

গঙ্গাতস্যাং পিবেত্তস্যা জলং সংসার তারকম্ ॥২৮॥
গঙ্গা গঙ্গেতি যো ব্রূয়াৎ প্রাণৈঃ কণ্ঠগতৈরপি।
মৃতোবিষ্ণুপুরং যাতি ন পুনর্জায়তে ভুবি ॥২৯॥
উৎক্রামত্তিশ্চয়ঃ প্রাণৈঃ পুরুষঃ শ্রদ্ধয়ান্বিতঃ।
চিন্তয়েন্মনসা গঙ্গাসোপিয়াতি পরাং গতিম্ ॥৩০॥
অতোধ্যায়েন্নমেদগঙ্গাং সংস্মরেত্তজ্জলং পিবেৎ।
ততো ভাগবতং কিঞ্চিচ্ছৃণুয়ান্মোক্ষ দায়কম্ ॥৩১॥
শ্লোকংশ্লোকার্দ্ধপাদম্বা যোঽন্তে ভাগবতং পঠেৎ।
ন তস্য পুনরাবৃত্তির্ব্রহ্মলোকাৎ কদাচন ॥৩২॥

---

সংসার অসিদগী অরানবা থুবমবু কংনিংলবশিংনা গঙ্গাগী ঈশিংবু থকচগদবনি ॥২৭॥২৮॥

অহুগুবা মীশক অহুনা শিরমদাইদা "গঙ্গা গঙ্গা" হায়রবা মাগী নাম অসিদং শোঙ্গ্রবদি মহাক অদো শ্রীভগবানগী থাম বৈকুণ্ঠলোকতা চৌঁবে ১মুং অমুক হল্লকুনা পৃথীদা পোক্নদরে ॥২৯॥

মীশক অহুনা প্রাণ থাদমদাইদা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা পুকনিং থগাই য়াওনা পতিত পাবনী গঙ্গাবু নিংশিংব্রবা মীশক অদুদি পরমগতি (মোক্ষ) হায়বদ্র ফংই ॥৩০॥

মরম অসিনা গঙ্গাবু ধ্যান তৌগদবনি, খুরুমজগদবনি, মাগী ঈশিং থক্লদবনি, অদুগী তুংদা মোক্ষ পদবী পীবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণবু তাজগদবনি ॥৩১॥

অহুগুবা মীশক্না শ্রীমদ্ভাগবতপু পুকনিং থগাই হকচাং য়াওনা শিরমদাই মতমদা শ্লোক অমতং ওইরবসু, শ্লোক তঙ্গাই অমতং ওইরবসু, পাদ অমতং ওইরবসু পাঠ তৌজব্রবদি তাজব্রবদি মীশক অদুনা শিরগা ব্রহ্মলোকতগী অমুক হন্নকুনা পৃথীদা পোক্নদরে ॥৩২॥

বেদোপনিষদাং পাঠাচ্ছিববিষ্ণুস্তবাদপি।
ব্রাহ্মণক্ষত্রিয় বিশাম্মরণং মুক্তিদায়কম্ ॥৩৩॥
প্রাণ প্রয়াণ সময়ে কুর্য্যাদনশনং খগ।
দস্তাদাতুরসন্ন্যাসং বিরক্তস্তু দ্বিজন্মনঃ ॥৩৪॥
সংন্যস্তমিতি যো ব্রূয়াৎ প্রাণৈঃ কণ্ঠগতৈরপি।
মৃতো বিষ্ণুপুরং যাতি ন পুনর্জ্জায়তে ভুবি ॥৩৫॥
এবং জাতবিধানস্য ধার্ম্মিকস্য তদা খগ।
ঊর্দ্ধচ্ছিদ্রেণ গচ্ছন্তি প্রাণাস্তস্য সুখেন হি ॥৩৬॥

---

বেদ, উপনিষদপু পাঠ তৌজবা অমদি শিব অমসুং বিষ্ণুভগবানগী স্তোত্রবু পাঠ তৌজবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমদি শিরগা মুক্তি ফংই ॥৩৩॥

হে গরুড় মীওইবনা শিরমদাই মতমদা ব্রত তৌদুনা হায়থদি চাক ঈশিংনচিংবা চানবা থিবিকপু থাদোক্লগা সংসারবু বিরক্ত হায়বদি ইচা ইশু কুপী মহা পুরুষকী মাথল থাদোক্লগা আতুর সন্ন্যাস ধর্ম্মবু লৌগনি ॥৩৪॥

সন্ন্যাস হায়বসিগী মতুংদি, শিরমদাই মতমদা কনাগুম্বা মীশক্না প্রাণা কণ্ঠ য়ৌরবা মতমদা "ঐনা ঐগী হায়বা, ঐ হায়বা পুরুষক অসিবু থাদোকচরে, ইবুঙো মংগী মফমদা চংজবা "সন্ন্যাস" হায়বদুদা চংজরে হায়বা হাইহৈ অসিতং হায়জরবা ( খঙজরবা ) মীশক অদুনা শ্রীবিষ্ণুগী মাফমদা খোঙদনা মপৌজরে অমসুং পৃথী অসিদা অমুক পোক্লদরে ॥৩৫॥

হে গরুড় অদুগুম্বা ধর্ম্মদা মচংজরবদি মাগী প্রাণ অদুনা হকচাংগী মথক থংবা ছিদ্র হায়বদি চিন, নাকোন, মিৎ নানচিংবা মাম ( খোং ) শিংদা মামা মুতাইনা নপান্না থোকখি ॥৩৬॥

মুখশ্চক্ষুষীনাসে কর্ণৌদ্বারাণি সপ্ত চ ।
এভ্যঃ সুকৃতিনো যান্তি যোগিনস্তালুরন্ধ্রতঃ ॥৩৭॥
অপানান্মিলিত প্রাণৌ যদাহি ভবতঃ পৃথক্ ।
সূক্ষ্মো ভূত্বা তদাবায়ুর্বিনিষ্ক্রামতি পুদ্গলাৎ ॥৩৮॥
শরীরং পতত্যেপশ্চান্নির্গতে মরুদোশ্বরে ।
কালাহতং পতত্যেবং নিরাধারো যথাদ্রুমঃ ॥৩৯॥
নির্বিচেষ্টং শরীরন্তু প্রাণৈর্মুক্তং জুগুপ্সিতম্ ।
অস্পৃশ্যং জায়তে সত্যোদুর্গন্ধং সর্ব্বানিন্দিতম্ ॥৪০॥

---

চিনগী হিত্র অমা, মিৎকী অনি, নাতোনগী অনি, নাকোংগী অনি পুম্না থোং তরেৎ অসিনা থকী থোং কৌই, অসিগুম্বা থকী থোং তরেৎ অসিদা থবাইনা চৎপদি ধর্ম্মচেনবা মীওনা চৎপনি, অদুগা যোগীশিংগী থবাইনা তোপী অহোবা লম্বীদা চৎলি ॥৩৭॥

প্রাণবায়ু, অপানবায়ু কৌবা মুংশিৎকি নশক ওইবা থবায়না পুম্না লৈরবনগী, অয়োইবা মতম্ লাক্লবদা তোঙান তোংঙায়া য়ায়া মূম্না মওংদা হকচাংদগী মপান্দা থোকখি ॥৩৮॥

অসিগুম্বা প্রাণবায়ুনা থবায়গী মশক ওইদুনা লৈরবনগী মপান হেক থোকখিবদা হকচাং অসিনা উপালনা তুম্রবদা য়েৎকম লৈত্রবা উমীনা তৌবগুম্ লৈমাইথক্তা তাদুনা লৈহৌই ॥৩৯॥

হকচাং অসিদগী থবায়না চৎলবদা, নিংশিঙবা লৈত্রবা লৈমাইথক্তা তাদুনা মী পুমনক্কা শোক্ক-শমদিংবনা অয়োইবা মুকচবা মওংদা শবথী-হাংকৈগী নশক ওইনা লৈহৌই ॥৪০॥

পুণ্যবাসনয়াযুক্তো নির্ম্মিতেনৈব কর্ম্মণা।
প্রবিশেৎ স নবে দেহে গৃহে দগ্ধে যথা গৃহী ॥৪৫॥
তদা বিমানমাদায় কিঙ্কিণী জালমালি যৎ
আয়ান্তি দেবদূতাশ্চ লসচ্চামর শোভিতঃ ॥৪৬॥
ধর্ম্মতত্ত্ববিদঃ প্রাজ্ঞাঃ সদা ধার্ম্মিক বল্লভাঃ।
তদা এনং কৃতকৃত্যং স্বর্বিমানেন যান্তি তে ॥৪৭॥
সুদিব্যদেহো বিরাজাম্বরস্রক্ বর্ণরত্নাভরণৈরুপেতঃ।

---

অদুবা থবক তৌবনা, অদুবা লীচং চৎপনা জীব অহনা মানা তৌজবিবা কর্ম অদুনা পাবা অনৌবা অকবা হকচাং অমদা অমুক চংদে, মহুমক্তি নৈনা চাকপ্রবা যুম অমবু থাদোক্লগা অতোপ্পা অনৌবা যুম অমা শাগৎচরগা দৈনগুমই ॥৪৫।

থর্ম লৈবা মীশক্তা শিপ্রবা মতমদা শেকপিন চামরনচিংবনা লৈতেংলবা, বিষ্ণু ভগবানগী মনাই পার্ষদশিংনা কিংকিণী হায়বদি খাংগী লৈতেং শরীক মচা মচানা লৈতেংবগুম্না লৈতেংলবা লাইগী দলাই পুরক্লনা মহাকপু লৌবা লাকই ॥৪৬॥

ধর্ম্মগী তত্ত্ব থংবা, ধর্ম্ম চেনবা, মতম খুদিংমক্তা ধর্ম্মতত্ত্ব পাযজনা ধর্ম্মতত্ত্ব তৌজবিবা মীশক অদুনা শিবদনা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী মনাইশিংনা পুরকপা বিমান 'হায়বদি দলাই অদুগা তোংজনা যা মানা তৌজবিবগী মহৈ কংবা ওইনা স্বর্গ তাম্না চৎলি ।৪৭॥

অদুগুবা প্রতাপ চাওবা হায়বদি মতীক মগুণ চেন্নবা মীশক অদুনা মপানা তৌজবিব' দানগী গটন্না কাংজনবা লাইগী ওইবা

দানপ্রভাবাৎ স মহানুভাবঃ প্রাপ্নোতি না কং

সুরপূজ্যমানঃ ॥৪৮॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে ম্রিয়মাণকৃত্য
নিরূপণো নাম নবমোঽধ্যায়ঃ ॥৯॥

---

হকচাংবু কংহুনা অমকপা লৈত্রবা কিজেৎ কিয়োল, লৈ পরেং, সনা, রুপা, রত্ন ( রতন ) নচিংবনা লৈতেংহুনা, লাইমরুম্বু পুজা তৌরহুনা স্বর্গলোকপু কংই ॥৪৮॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী মমুংবা " ম্রিয়মাণকৃত্য নিরূপণ " কৌবা মাপনগুবা অধ্যায় লোইরে 2

---

লোইরবা